# বড়দিদি

( ইচেহল )

হন্দেকচবা—

রঘুমণি শর্ম্মা

মেবলা বুক স্টোর

পাউনা বাজার, মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

# বড়দিদি

( ইচেহল )

হন্দোকচবা—

রঘুমণি শর্ম্মা

কোওজবী :—

শ্রীমতী এল, সনাতনবী দেবী

ব্রহ্মপুর, নহাবম, ইম্ফাল।

১৯৯৬ ইং



কোপী মশীং : ৫০০

মমল : লুপা ৬৫/-

নম্কম :—

দেবলা প্রেস, মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ অনিদং

নুপীগী লমচৎ য়েকপদা থোইদোক্লা মমিং লৈরব সাহিত্যকার শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী উপন্যাস বড়দিদি (ইচেহল) অমদি ৱারী অশাংবা পথ-নিদেশ (লম্বী তাকপা) অনি অসি পুংশিনবনি। মশক নাইবা অইবা অমগী লাইরিকপু অত্তোপ্পা লোন্দ হন্দোকপা হায়বসিমক থোইদোক্লা অশোয়-অভাম থোক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। অহুম ওইনমক লাইরিক অসিদা পীরিবা মমল ন্নাইদ্রবা মহাওহু পামজরুবন। হন্দোক্লুনা পাবিরিবশিংগী নুংশিবা মাংদা লাপ্থোকচরিবনি।

ইডুকেসন ডাইরেক্টোরেট (এস), মণিপুর সরকারনা লাইরিক অসি নম্ননবা শেলগী তেংবাং পীবিরকপগীদমক থৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

হন্দোকচবা—

# বড়দিদিগী মরমদা খরদং

শরৎচন্দ্রনা রেঙ্গুনদা লৈরিঙৈ, খৃষ্টাব্দ ১৯০৭ তা মহাক্না "বড়দিদি" (ইচেহল) হায়রবা উপন্যাস অসি "ভারতী" কৌবা চেকোঙদা অহানবা ওইনা কোঙদোকখি।

ভারতী চেকোঙদা শরৎচন্দ্রগী বড়দিদি কোঙদোকখিবগী ৱারীচু অসিনি—

শরৎচন্দ্রনা ভাগলপুরগী খঞ্জরপুর খুঙ্গংদা লৈবা মতমদা য়ুমথংনবা বিভূতীভূষন ভট্টখোয়গী য়ুমদা লৈদুনা লাইরিক তমল্মী অমসুং মথং মথং ৱারী কয়ামরুম ইরল্মী। মাগী ৱারী ইবা খাতাশিংদু মতম অদুদা ভট্টখোয়গী য়ুমদা তাদুনা অদুম লৈরম্মী।

সাহিত্যকার সৌরিন্দ্রমোহন মুখোপাধ্যায় ভাগলপুরদা এফ: এ: তমল্মী। মহাক এফ: এ: পরীক্ষা থাগ্রবা মতুংদা ভাগলপুরদগী কলিকাতাদা মশাগী য়ুমদা লাকপা মতমদা শরৎ চন্দ্রগী অয়াবা লৌরগা বিভুতীভূষন ভট্টগী মফমদগী শবৎচন্দ্রগী ৱারী ইবা খাতা অমি পুরকখি। সৌরীন বাবুগী পান্দমদি মহাক্না কলিকাতাদা মাগী মরুপশিংবু ৱারীশিং অদু পাহন্দুনা শুকহনবনি। সৌরীনবাবুনা শরৎচন্দ্রগী ৱারী ইবা খাতা অনি অদুগী মনুংদা খাতা অমদা কোরেল, চন্দ্রনাথ, বড়দিদি, অসিনচিংবা য়াওই।

অদুগী মতুংদা সৌরীন্দ্রমোহন্না ভট্টখোয়গী মমদা শরৎচন্দ্রদা মাগী রারীগী খাত্তা অনিদু ইন্দোকখিবা মতমদা বড়দিদি কৌবা রারী অদু শিন্দোক্লনা কোপী অমা মশাদা থমলৌই। মহাক্না খল্লম্মী, মখোয়গী খুংনা ইদুনা কোঙবা 'তরণী' কৌবা চেকোঙ অদুমক্তদা বড়দিদি মথং মনাও নাইনা কোঙগনি। অদুবু মদু ওইথোকখিদে! অদুম ওইনমক বড়দিদিগী কোপীদুদি সৌরীন্দ্র মোহনগী মনাক্তা অদুমক লৈখি।

অদুগী মতুংদা সৌরীন্দ্রমোহন্না চেকশিন্না থল্লিবা বড়দিদিগী কোপীদু মতৌ কমদোনা "ভারতী" চেকোঙদা নমখিবগে হায়বা অদুগী মরমদা মহাক্না অস্মুন্না ইরম্মী, মদুদি—

খৃষ্টাব্দ ১৯০৭ কী কালেন থাদা "ভারতী" গী সম্পাদিকা সরলা দেবী লাহোরদগী কলিকাতাদা লাকই। চহী অদুগী ভারতী মতম অদু কাওবা নম্লমদে। ভারতী পুথোরনবা শিন্নবগী-দমক অমম্মুং মদুগা লোয়ননা মহাক্কী পীক্লিবা মচানুপা দীপক চউদ্ধুরীগীদমক মহাক লাকপনি। মতম অদুদা সৌরীন্দ্রমোহন বি. এ. পাস তৌরবা মতুংদা 'লো' তম্লম্মী।

নোংমা দীনেশচন্দ্র সেন্না মহাকপু ফাদুনা সরলা দেবীগী মমাক্তা পুরক্লগা মঙোন্দা হায়রম্মী, "মাগী মখুত্তা ভারতীগী ভার শিন্নখিরক্লগা অদোম লাহোরদা লেঙবিখিবা য়াগনি।

সরলা দেবীনা সৌরীন্দ্রমোহনগী মখুত্তা ভারতী চালাইনবগী ভার পুম্বা শিন্নখি অমম্মুং শজিনু থাগী চেকোঙগী থৌরাং তৌননবগী-দমক মঙোন্দা শিন্নরম্মী।

সরলা দেবীনা, "ভারতী চেকোওনা মিওলায় ওইদ্রিবা মখৈ রবীন্দ্রনাথ, জ্যোতিরিন্দ্রনাথ, সত্যেন্দ্রনাথ, কনানসু ভারতীগীদমক অইবা পীবিরক্লোই, অদুনা উপন্যাস খিজিনু।"

মতমদুদা সৌরীন্দ্রমোহনগী মপুক্লিংদা শরৎচন্দ্রগী বড়দিদিগী রাকমদু নিংশিংলকখি, অদুনা মহাক্না হায়রম্মী, "উপন্যাস লৈতে, অদুম ওইনমক ঐগী মরুপ অমনা ইবা রারী অচৌবা অমদি লৈ। রারী অদুনা থা অনি অদুমদি চৎনবা য়াগনি। অওকপা খুৎইনি! সরলা দেবীনা পাবা পাম্লম্মী। সৌরীন্দ্র বাবুনা মঙোন্দা রারী অদু পানবা পীরম্মী। মদু পাবদা মহাক্না য়াম্না হরাওদুনা হায়রম্মী, "অওকপনি। শজিবু, কালেন, ইঙা থা অদুম অসিদা হাপ্লো, শজিবু অমদি কালেনগী চেকোওদদি অইবগী মমিং থাক্রনু, ময়াম্না রবীন্দ্রনাথনা ইবনি হায়না খঙ্গরগনি। ঐখোয়গী থিন্দুখিবগী ইরাল কোল্লবনি, অদুনা অপাবা মীগী মশীংসু হেনগৎলগনি। ইঙা থাগী চেকোংদা "বড়দিদি" লোইরগনি, অদুগা চেকোঙ অদুদা অইবা শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী মমিং হাপ্নু।

মদুমক তৌরম্মী। শজিবুগী চেকোওদা বড়দিদি হাপ্লমক্তদা বঙ্গদর্শনগী সম্পাদক শৈলেশচন্দ্র মজুমদারনা রবীন্দ্রনাথকী মনাক্তা চৎলম্মী। মহাক্না রারৈদুনা হায়রম্মী, "অদোম্না উপন্যাস অমুক হন্না ইররোই তাকপীখি, অদুম ওইনমক হন্দক্তা ভারতীগীদমক উপন্যাস ইবিখি।"

য়া অসি তাবদা রবীন্দ্রনাথ চঙক্লরম্মী। মহাক্না শক্তিবু থাগী ভারতী চেফোঙদা য়াওরিবা বড়দিদি অদুখক্তং পায়র্মী। অদুগা মহাক্না হায়রম্মী, "ঐনা ইবা নত্তে, অদুবু শক্তি য়াম্না লৈবা কনাগুম্বা অইবনা ইবনি।"

অদুগী মতুংদা শৈলেশচন্দ্রনা সৌরীন্দ্রমোহন্দা কনানা ইবনো হায়বা হন্না-হন্না তক্লদুনা হংলম্মী। মতম অদুদা সৌরীন্দ্র মোহন্না হায়রম্মী, পুক্লিং তপথবিখো, অইবগী মমিং তুংদা ফোঙদোকচবক্কনি।

চহি অদুগী 'ভারতী' গী ইঙা থাগী চেফোঙ পূজা মতুংদা পুথোবকই অমস্থং মদুদা বড়দিদি উপন্যাসকী অরোইবদা অইবগী মমিং শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় হায়না তোপ তোপ্না অচৌবা ময়েক্না থারম্মী। চেফোং অদু পুথোক্লবা মতুংদা রবীন্দ্রনাথ, অবনীন্দ্রনাথ অমস্থং গগনেন্দ্রনাথনা সৌরীন্দ্র মোহনদা হন্না-হন্না হায়রম্মী, "বড়দিদি ইরিবসি কাহেন্না শক্তি লৈবা মীশক্নি, মতম লোৎতুনা লৈরিবা মহাকপু নখোয়না সাহিত্যগী জগৎতা চিংথোক্লুনা পুরকপা ওয়োইদ্রা ?"

সৌরীন্দ্রমোহন মহাকী 'শরৎচন্দ্রের জীবন রহস্য' কোবা লাইরিক্তা ভারতীদা শরৎচন্দ্রগী বড়দিদি ফোঙবগী মরমদা ইরম্লিবা অদুদগীস্থ খঙবা ঙম্মী, ভারতী মতম অদুদা রেগুলর নাইদবনা বঙ্গাব্দ ১৯১৪ গী ইঙা থাগী চেফোঙ মেয়া থাদা হায়বদি খৃষ্টাব্দ ১৯০৭গী ওক্তোবরদা পুথোকখি।

ভারতীদা বড়দিদি ফোংদোকপ্রবা চহি কয়াগী মতুংদা খৃষ্টাব্দ ১৯১৩গী সেপ্টেম্বর থাদা বড়দিদি লাইরিক ওইগা ফোঙদোরকই। অকোঙবনা যমুনাগী সম্পাদক ফনীন্দ্রনাথ পালনি।

বড়দিদি ফোঙবগী মরমদা ফনীবাবুনা বঙ্গাব্দ ১৩৩৫গী লাংবনগী তাং ৬তা হাপ্লাগী চেকোঙ 'স্বদেশী বাজার'দা থাগী 'পনের বৎসর পূর্বের শরৎচন্দ্র' ( চহি ১৫গী মমাংগী শরৎচন্দ্র) প্রবন্ধ ইরম্মী—শরৎচন্দ্রগী য়ানিংদবা অথিংবা লৈদুনসু মহাক্কী বড়দিদি ঐনা লাইবিক ওইনা ফোঙদোকখিবনি। মসিগী মমাংদা মহাক্কী করিগুম্বা খুৎই অমত্তা লাইরিক ওইনা ফোঙখিদ্রি।"

বড়দিদি লাইরিক ওইনা থোক্লক্লবা মতম অদুদা লাইরিক থরা বেঙ্গুলদা শরৎচন্দ্রগী মনাক্তা থাখি। লাইরিক ফংলবা মতুং নুমিৎ কয়ানিরোম লৈরগা শরৎচন্দ্রনা তাং ১০। ১০। ১৩ ইংদা রেঙ্গুলদগী ফণীবাবুদা চিঠি ইরকখি—নহাক্না থারকপা বড়দিদি ফংলে, পুক্লিংদা নুংঙাইতবা লৈতে। অদুম্নদি ওইরগা, মদু অঙাং ওইরিবৈগী রচনাম্মি, নম্লমদবনা ফরম্বা য়াই।"

———

# ইচেহল

## অমা

মালেম অসিদা মখল অমগী মী লৈ, মখোয়দু চরুগী মৈগুম্মী। ফুং হেক্তা চাকখংপস্থু ঙম্মী, অমুক হেক্তা ফুং মুৎপস্থু ঙম্মী। মখোয়দুগী মতুংদা মী অমা শেন্নবা চংই·— মদু দরকার ওইরক ওইরকপা মতুং ইন্না চরু-মৈ য়াংননবা।

ইমুংগী নুপীমচাশিংনা জাতিমাই থাউমৈ শেম্বা মতমদা থাউ অমস্থুং দোশি হাপ্পি— মদুগী মতোওম চৈতেক অমস্থু চংই। থাউমৈগী মৈরি পিক্লথরকপা মতমদা চৈতেক মচা অদু য়াম্না কান্নরকই— দোশি ইনখৎনৈ; মদু নত্রবদি থাউ অমস্থুং দোশি য়াওরবস্থু থাউমৈদু মৈরি খোকে।

স্থুরেঙগী স্বভাবস্থু খরমখৈ মতো অদুম্না তৌই। পাঙ্গল, লৌশিং, আশা পুম্নমক মহাক্কী লৈ, অদুম ওইনমক মতোমদনা কয়িগুম্বা খবক অমত্তা তৌজবা ঙমদে। খবক খরমখৈদি মখোনা লৈনা মহাক্না তৌই, লেমহৌরিবদু মতো অদুম্না মহাক্না মনা-মমিল নাইদনা তস্থরকপা মওংদা ভুম্মিন্না লৈথোকপা ঙম্মী। মতম অদুদা মী অমা চংই— মঙোন্দা শোগৎপিননবা।

সুরেন্দ্রগী মপাবুং থাপ্পবা নোংচুপকী লমদমদা উকীলগী থবক তৌরম্মী। বাঙ্গলাদেশ অসিগা মহাক্না থোইদোকপা মরি করিমত্তা লৈনরমদে। মকম অদুমক্তদা সুরেন্দ্র মশাগী চহি কুম গুবা মতমদা এম: এ. পাস তৌখি ; খরমখৈক্না মশাগী মগুণনা, খরমখৈনা মমা অতোম্বীগী গুণনা। মমা অতোম্বী অসিনা অম্মুম্না হনব-নাইদবা হোৎনবগা লোয়নমনা মহাক্বী মতুংদা শেন্নতুমদা লৈরম্মী, অদুনা মহাক্না অয়াম্বা মতমদা খওজবা ওয়মদে মদুদি, মহাক মশাগী নীংতম্বা লেমহৌবা খজিক-খরাক লৈরিব্রা! সুরেন্দ্র হায়বা কনাগুম্বা মনীংতম্বা জীব অমা তাইখংপান অসিদা লৈব্রা, নত্রগা মমা অতোম্বী অসিগী অপাম্বা মতুং ইন্না মী অমগী শক্তম লৌদুনা থবক-ইথাং, তুম্বা-চাবা, লাইরিক তম্বা, পাস অসিনচিংবা তৌহল-লিব্রা! মমা অতোম্বী অসিনা মশাগী মচাবু খরমখৈ থৌশা-লীশারুদ্রবম্নু সুরেন্দ্রবু শেন্নবিবগীদি ওমখৈ নাইয়মদে। মতিন শিৎপা ফাওবদা মহাক্বী মিংয়েংদগী খক নাম্হোক্তে। মথৌ খওবী নুপী অমিগী চৈয়াক মথাদা লৈদুনা সুরেন্দ্রনা মমিংদা ওইনা লাইরিক তম্বনি, অদুবু মশাময়োমদোম লেপচনবদি তন্নমদে। মহাক মশানা মশাগী মথক্তা থাজবা লৈয়মদে। করিগুম্বা থবক অমত্তা মহাক্না মওং-তানা ফজনা অদুগা মপুংফানা তৌজবা ওমগনি হায়বা মহাক্না থাজরমদে। করম্বা মতমদা মতোন্দা দয়কার করি ওইগদগে অমসুং করম্বা মতমদা মহাক্না করি তৌগদগে, মদুগীদমক মহাক্না মপুংফানা অতোপ্পা মীশক অমগী মথক্তা শিন্নথোকই। তুম্লিংবা, চাক লাম্বা মসি ফাওবা অয়াম্বা মতমদা মহাক্না তাংদাংনা

খণ্ডজবা ওল্লমদে। জ্ঞান তারকপদগী হৌনা মহাক মমা অতোম্বীনা শেন্নবিদুনা চহি তরামত্তা অসি লেল্লকখিবনি। মরম অদুনা মমা অতোম্বীনা মহাক্কীদমক থবক ম্নাম্না তৌবা তারম্মী। পুং কুনমরিগী মনুংদা পুং কুন্নিথোইদি চৈ-থাংবা, ওাংব-শকপা, থোওইদবা, নৈবা, শুকতোকপা, মসিদা নত্তনা পরীক্ষা তৌগদবা চহিদা মাংজোনবা মহাকপু অহিং চুপ্পা তুমহন্দনবদগীদমক মহাক মশাগী তুম্বগী নুংওাইবা কাওবা থাদোকপা তাবম্মী। অওকপনি, লোন্নবী মচাগীদমক কনানা কৈদৌঙৈদবু অস্নুক হাক্না তৌরমগদগে ? কৈমোই-লৈকাইগী মীশিংনা রায়গী য়ুম্নুবেনবীবু থাগৎনদনা লৈবা ওল্লমদে।

সুরেন্দ্রগীদমক মহাক্না থম্মোয় য়াওনা হোৎনবিবদা অশোয়বা করিমত্তা লৈরমদে—চৈ-থাংখিবা মতুংগী মিংকুপ্তা করিগুম্বা মহাক্কী মমিত্তা ঈরা চেল্লকপা থোক্লবদি রায়গী য়ুম্নুরেমবীনা মতুবু নারককদবগী মাংজোনবা খুদম্নি হায়না শেংনা লৌতুমা নুমিৎ হুম্নিদি মহাক্কীদমক সাগুনচিংবা থৌরাং তৌবি। লৌশিং লৈনবা অমস্তুং লাইবিক হৈনবা মাইকৈদা মহাক্কী মিংয়েং অমুকস্তু হেন্না কুপশিল্লম্মী। সুরেন্দ্রনা মশা নান্নিংলকপা নত্রগা মতমগী চৎনবকপা ক্বিজেৎনচিংবা উবদা শেৎনিং-ইনিংলকপা অমস্তুং বাবু শানিংলকপগী অথুপ্পা অপাম্বা মহাক্কী মিৎয়েংদা মম্নেক শেংনা হেক্তা তাবম্মী, অদুগা মিংকুপ অতুমক্তদগী চয়োল অনি-অহুম সুরেন্দ্রগী মকিমরোল থোকীদা থাবা থিংলম্মী।

মতৌ অস্নুম্না সুরেন্দ্রগী মতম লেল্লকই। মতৌ অস্নুম্না নুংশিচানবিবা চেকশিনবিবা মরক্তা মহাক্না করি করিগুম্বদস্তু খল্লম্মী,

পূন্সি অসি হিংক্ষম থোকপা মওংদা হিংবা নম্রে ; কবিগুম্বদনা মহাক্না খল্লম্মী, খঙলে মতৌ অস্তুম্না তৌহুনদা মী পুন্নমক্কী পূন্সিগী অথুক লেন্নরিবনি। অদুবু করি কবিগুম্বা নুমিৎতনা অতুরায়গী মীশিংনা ফারগা মহাক্কী মকোক্তা তোঙান তোঙানবা রাখল্লোন হৈজিল্লে।

নোংমা মতুমক তৌররে। মরুপ অমনা মঙোন্দা পাউতাক পীরম্মী, নহাকুম্বা বুদ্ধি লৈবা মচানা বিলাত চৎপা ফংলবদি তুংদা য়াম্না চাওখৎলকপগী আশা লৈ। নবৈবাক্তা হল্লক্লগা নহাক্না মীয়ামগী কান্নবা পীরবা ঙমগনি। রাফমহু সুবেন্দ্রনাথকী মক্ষমদা য়ানিংদনা থোক্লমদে। উমংগী উচেক্তগী পিঞ্জবাগী উচেক্না হেন্না মশা ফব-ফর খল্লি। সুরেন্দ্রনা কল্পনাগী মিৎয়েংদা নুংশিৎ খজিক্লং, নীংতম্বা খরদংগী মঙাল উবা ফংবগুম্মী, অদুনা মহাক্কী মীখাপোনবা থরায়দু অঙাঙ-অফৈগী মতৌগুম মাইকৈ মরিদা কোইচেন চেন্দুনা খাংলকই।

মহাক্না মপাবুংগী মনাক্তা লাক্লগা হায়বৈ মতুদি, মহাক বিলাত্তা চৎননবা উপায় তৌবিগদবনি। মতুদা চাওখৎপগী আশা কয়া লৈবা অতুস্তু মহাক্না পল্লম্মী। মপাবুংনা হায়রকই, "খল্লুনা য়েংখিগে।"

অতুবু য়ুম্বুরেনবীগী অপাম্বদি তশেংনা মায়োক্তনি। মহাক্না মপা-মচাগী মরক্তা নুংশিৎকুম পাইশিল্লক্লগা অস্তুম্না কংনোক নোক্লরে মতুদি, মখোয় অনি নুংবংনগ্রে।

সুম্বুবেম্নবীনা হায়বকই, "অদুদি ঐবুস্ত বিলাত্তা থারো— মহ্ নল্লবদি স্থরেনগী ঙাক্লৌ কনান। ওইবিগদগে ? করম্বা মতমদা কবি চাগদগে হায়বা খণ্ডবা, করম্বা মতমদা কবি পাগদগে হায়বা খণ্ডবা মাবু মতোমদা বিলাত্তা থাগদৌরিব্রা ? মমগী শগোলবু মফম অমদা থাবগা মাবু থাবগা অমহানি। শা-বণনা ফাওবা মশাগী অবাম-খৌরাংবা, তুম্নিংবা মশক খঙই— নহাক্কী স্থরেন্দি মদুস্ত খঙদে। অদুদনি অমুক হেন্না নোক্লিংলিবসি।"

ভেঙ্গিনা নোক্নরকপা উবদা বায় মহাশয় থোইদোক্লা ঈকাইবে। সুরেন্দ্রনাথনস্তু খল্লকই, অসিগুম্বা কব্রিংঙাই লৈত্রবা রাফম অসিগী মাগোক্তা কবিশংদা মখলগী য়ানিংদবা অমত্তা ফোংদোকউবা য়াবা নত্তে। বিলাত চংনিংবগী আশা মহাক্না থাদোকপ্রে। মহাক্কী মরুপ্না ব। অসি তাবদা থোইদোক্লা মথরায় নুংঙাইরমদে। অদুবু বিলাত চংননবা উপায় কবি লৈবিবগে হায়বস্থ মহাক্না হায়বা ঙম্নমদে। অদুবু মমৈথংদা হায়বগী মদুদি, মতৌ অম্নমা মীখাপোন্না লৈগদবগী শরুকপুদি ভিক্ষা নিদুনা চাবনা কৈ। অদুগা মসিস্থু অচুম্বনি, অম্নমা সম্মানগা লোয়নননা এম. এ. পাস তৌবা ঙম্নিবা মহাক্না পুকচাক্কীদমক ঙাওচংনবোই।

স্থরেন্দ্রনা ময়ুমদা হল্লক্লগা ফমদুনা রাফম অদু খল্লকই। অদুক্কী মতিক খল্লিবমখৈ মরুপকী রাজু অচুম্বনি হায়বা উবকই— ভিক্ষা নিদুনা চাবনা কৈ। মী খুদিংমক বিলাত্তা চংপা ফংনবা নত্তে, অদুবু মতৌ অম্নমা হিংবা অমদি শিবগী মবক্তা মী পূম্নমক মপূন্সি লেনবস্থ নত্তে।

নোংমা অথেংবা অহিংদা মহাক্না স্টেশন্দা লাক্লুনা কলিকাতাগী টিকেট লৌরগা গাড়ীদা কল্লরে, অমস্তুং ডাক্কী মতেংনা মপাবুংদা চিঠি ইথ্রে, মতম খরগী ওইনা মহাক ঘুম থাদোরক্লবনি, অরেম্বদা থিরকপগী কান্নবা থোইনা কংলোই, অমস্তুং থিবা কংলবস্তু মহাক ঘুমদা হল্লক্কনি হায়বগী থাজবা অতুঙ্ঘস্তু লৈতে।

রায় মহাশয়না য়ুম্বুরেনবীদা চিঠি অতু উৎলকই। মহাক্না হায়রকই, "স্নুরো হৌজিক মী ওইরে— লাইরিক হেরে— মশা থিন্দোবক্লে— হৌজিক পাইথিদ্রবদি কৈদোংদৈ পাইগনি।"

অতুম ওইনমক মহাক্না থিরম্মী— কলিকাতাদা লৈবা খওন-চান্নবশিংদা চিঠি থারম্মী; অতুবু করিগুম্বা উপায় অমত্তা ওইবমদে। সুরেন্দ্রগী করিগুম্বা মরা-মপাউ অমত্তা কংবা ঙমখিদ্রে।

# অনি

কলিকাতাগী মীয়াম্না চরাংনবনা থল্লবা সভক্তা কুমথবদা পদা সুরেন্দ্রনাথ মীপাইরক্লে। মফম অসিদা ঙাংবি-চৈবিনবস্তু কনা লৈতে, অহিং-নুংথিল অনিমক্তা রায়ক-রাভেম্বিহুনা থম্বিন্দবস্তু কনা লৈতে। মাইথোং মকশিনবদা কনানস্তু হন্না য়েংবিদে, অশাওবা শককমস্তু কনানা উবিদে। মফম অসিদদি মশানা মশাবু য়েংজগদবনি। মফম অসিদা ঙিদ্রবস্তু ভিক্ষা কংই, মীনুংশিগী মফমস্তু লৈ, চংজফমস্তু ফংই,— অতুবু মশাগী মী ওইননবগী হোৎনবদি লৈতে; মশানা পাম্মা কনাস্তু নখোয়গী মরক্তা চোংশিল্লক্লোই।

চাননবা মশানা শিঙ্গবা তাবনি, চংজফম মফমদু মশানা থিজবা তাবনি, নত্রগা তুম্নিংবা অমদি চাক লাম্বগী মরক্তা খেন্নবা লৈ— মফম অসিদা লাকপদা মহাক্না হন্দক্না অহানবা ওইনা খঙজবা ওয়ে।

নুমিৎ করানি শুজিল্লক্লে মহাক্না মযুম থাদোক্কুনা লাকপা, লম্বীগা দোইছুনদা লৈবকপনা মশাদুস্তু শাগীনা চোকথরে, শেলম্ম্ম লোইশিল্লক্লে, মফি মরোলস্তু মোংশিল্লক্লে অমস্তুং শেগায়রক্লে, অতিংদা তুন্ননবা লম মচেৎ অদু কাওবগীস্তু করিগুম্বা অরেপ্পা মফম অমত্তা লৈতে— স্তুরেন্দ্রগী মমিত্তা ঈরা চেল্লক্লে। মযুমদা চিঠি ইখিবস্তু পামদে—য়াম্না ঈকাই অমস্তুং পুম্নমক্কী মথক্তা মহাক্কী মমা অতোম্বীগী নুংশিনা কন্থা-করুম্নবা শক্তম অদু হেক নিংশিংলকপা মতম অদুদা মযুমদা হুন্নিংবগী অপাম্বদু তশেংনা লেন্না নুংশা মঙালদা তুমখিবগুম তুমখি। মহাক মফম অদুদা করিগুম্বদা লৈরম্মী হায়বা খল্লুবদদস্তু মহাক্কী থম্মোয়দা অকীবা পোল্লকই।

নোংমা মহাক্কী মতৌগুম্বা লাইরবা নুপা অমা থেংনবদা হায়রকই, "ভাই, নখোয়বু লম অসিদা করি তৌবগা চাবগে?"

নুপাদু খরমখৈ পঙদ-চুদানবা মখলগীনি— ফংদ্রবদি চরা হেল্লিবনি। মহাক্না হায়রকই, "মীগীদা থবক শুরগা চাই। কলিকাত্তাদা শু-নোক্ষমগী রারুনিংঙাই করি লৈ?"

সুরেন্দ্রনা হায়বকই, "ঐঙোন্দা থবক অমত্তা পীবা ঙমগদ্রা?"

মহাক্না হায়রকই, "নহাকপু করি থবক হৈবগে?"

সুবেন্দ্রনাথদি কম্নিগুম্বা থবক অমত্তা হৈতে, অহুনা ম'াক্লা তুম্মিন্না চিন্তা তৌরকই।

"নহাকপু ভদ্রলোক্লা ?"

সুবেন্দ্রনা মঙক নোৱ্নকই।

"অদুদি লাইবিক তমন্ত্রিবা কবিগীনো ?"

"তম্মী।"

মুপাহুনা হাইক্কেৎ খল্লগা হায়বকই, "অদুদি আদগী যুমসিদা চংলুচো। মসিদা অচৌবা জমিদার লৈবনি— কবিনো থবক অমা নত্রগা অমদি পীবিবক্কনি।" অসি হায়বম্লগা মহাক চৎখ্রে।

সুরেন্দ্রনাথ গেট ময়াদা চংলক্লে। অমুক্তং লেপ্পি, অমুক তুং হন্দুনা চৎপ্রে, অমুক হল্লকই— অমুক হনখি। মুমিৎ অদু কবিসু তৌদ্রে। মথংগী মুমিৎসু মতৌ অদুম্না লেপ্লে। মুমিৎ নিনি মহাক গেট ময়াদা হন্দোক-হুঞ্জিন চৎতুনা লৈবগা ছুম্নিশুবা মুমিত্তা হান্নদগী হেন্না থৌনা হাপতুনা মমুংদা চংলকই। মমাংদা মীনাই অমা লেপতুনা লৈরম্মী। মহাক্না হংলকই, "কবি পায়গে ?"

"বাবুবু—"

"বাবু যুমদা লৈতে।"

সুবেন্দ্র মুংঙাইজবনা থম্মোয় থমগৎলক্লে— থোইদোক্লা মুবা থবক অমদগী মহাক নাম্বোকপা কংলে। বাবু যুমদা লৈতে। থবক্কী রাকপ্লি, লৈত-লাইবগী রাখী তম্মুবা তাবনি, মসিননি মহাক্না মুংঙাইজরিবগী মবম। মতম অদুদা মথৌনা শরুক অনি হেনগৎ-লক্লে, তুকাদ্দা কমদুনা মপুক থন্না অচাপোৎ চাবগা ঙাইহাক

মপুক্কি সু ভাইবদা তাওনা লৈ উংলানবা, মতম্তু মপুক্কিংদা সু যেনা থক্লকই, মথংগী নুমিত্তা মঙ অমা পানা শাক্না ছন্নবদি শাকদবা মার্বল অম সনি।

অদুব মথংগী নুমিত্তা অদুক তাক্না ইচং খেকনা চৎমদে। মম অমগী সয অদুবী মতিক নংশিনক্লিবমথৈ মথাক হুগিংলবই। অসুম অদুম নাকুনা গেট মদু লৌশিনকপদা তশেন মথাক চপ লেপথ্রে— কবিগুম্বা মওংদসু মনংদা চংমুবা অমুক পাম্নক্লে। মথাক মথংগী থবলৈগীদমক মখোঙনা থোংনা লাক্লিবনি হায়বা মথারা কশিগুম্বা মওংদসু নিশিং শিংদ্র— তশেংনা মপুক্কিংদা নিংলনই, নমচুনা কওয়নি। অমনা মহাবপু থাক্লিক্লগুম। অদুবু এপ্রিট মথাদা মথাক অমুক্‌মক লোম-হৌরিন তৌদুনা লৈরবোই, অদুনা মনুংদা চলক্লে। মীনাই অদুগা উনবে। মহাক্না হায়রকই, "বাবু যুমদা লৈ, উনবিগদৌবিব্রা ?"

"হোয।"

"অদুদি লাকপিবো।"

মসিনা অমুকস্তু হেন্না নুই। জমিদারবাবুগী যুম্ন চাওবা বিল্ডিংনি। মওং তানা সাহেবকী মওংদা লৈতেবা পোৎ-চৈ চাক্তনি। কা অমগী মথংদা কা অমা, মার্বল থাবা নুংগী সিংজিগী থাক্কশিং, ফি অতাংবনা কুপ্পা মলোং মরোং লোংবা থাউমৈ কা খুদিংমক্তা যান্দুনা লৈতেংলি, দেরালদা পেংলিবা অচৌবা নুংশেল, অমেকপা লাই, ফোটোগ্রাফ কযানি। পূন্নমক অসি অতোপ্পগী মকমদা ফনা ওক্লসু থোকসনু, সুবেন্দ্রগী মকমদদি অনৌবা নত্তে।

মমমদি. মহাক্কী মপাবুংগী য়ুমস্থু লাইরবগী খাংপোক নত্তে ; অদুগা ওইনিংবা ওইসন্থু, মহাক লাইরবা মপানা য়োক্তুনা অস্থুক চাওরকপা নত্তে। সুরেন্দ্রনা খল্লকই— উনরুগদৌহ্নিবা, চাংজ-মোঞ্জরুপদোহ্নিবা নুপা অদুগী রা,—মহাক্কা করি হংলকদগে, অমসুং মহাক্কা করি পাউখুম পীবা ত্তাবগে ।

অদুবু অদুক হাক্না খল্লুনবা তাঙা কংদ্রে— য়ুম্বুবেন মা দা ফমদুনা লৈরম্মী ; সুরেন্দ্রনাথনা হংলকই,"কবি দনকাব লৈবগে ?"

ঙসি নুমিৎ হুন্নি চুপ্পসি সুরেন্দ্রনা রাকম অসিমক খল্লকখ্রবনি, অদুবু হৌজিক পূন্নমক কাওপ্লে, হায়বকই, "ঐ—ঐ—"

ব্রজবাজ লাহিড়ী নোংপোক বঙ্গগী জমিদারনি। মহাক্কী শমদা পোক মবি-মঙাস্থু কাপ্লে, লায়নানা নাত্তে, ভশে না চহি মত্তাং চারদুনা কাপ্লকপনি। অচৌবনি—কযা খেংনবরুবনি ; অদু সুরেন্দ্রনাথবু উবদা অয়াম্বা শক্কক শৎ হেক্তা খঙবা ঙম্লম্মী, হায়নকই, "হাঁনে ইবুংঙো, নহাক করি পাম্বগে ?"

"করিনো অমত্তা—"

"করি অমনো ?"

"থবক –"

ব্রজবাবুনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "ঐনা থবক পীবা ঙম্মী হায়বা পাউসি নঙোন্দা কনানা পীবগে ?"

"লম্বীদা নুপা অমগা থেংনবদা ঐনা হংলুবদা মহাক্না অদোমগী রা—"

"ফৈ। নহাক্কী য়ুম কদায়দনো ?"

"নোংচুপ্পা।"

"মক্কম অদুদা কনা লৈ ?"

সুরেন্দ্রনাথনা য়া পুন্নমক তয়ে।

"নহাক্কী নপাবু নপি থবক তৌবগে ?"

রুক্মিণী চেংথেনা। সুরেন্দ্র অনৌবা পাম্না তম্লক্লবনি— খবা শমজিন শাজিন্দুনা হায়বকই, "ইচম চম্বা থবক তৌই।"

"মদুনা চৎনব য়াদ্রে, অদুনা নহাক শেল তানবা পাম্লিব্রা ?"

"অহোয়।"

"সিদদি কদায়দা লৈবগে ?"

"অবেপ্পা মক্কম অমত্তা লৈতে— থোকউ থোকউবা মক্কমদা।"

ব্রজবাবুনা নুংশিবিরে। সুরেন্দ্রনাথবু মনাক্তা কমহল্লগা মতাক্তা হায়বকই, "নহাক্কি হৌজিকসু অঙাং ওইরি। চহি মতাং অসিদা যুম থাদোক্কুনা লাকপা তাবদা নথরায় নুংঙাইবস্লোই। ঐ ইশানদি কবিগুম্বা থবক অমত্তা পীবা ঙমদ্রবসু শেল খরা তাঞ্জবা ঙম্নবা নহাক্কী উপায় শিনবিবা ঙমগনি।"

"কনি।" হায়রগা সুবেন্দ্রনাথ চৎখিবা উবদা ব্রজবাবুনা মহাকপু কৌশিল্লগা হায়বকই, "নহাক্কী হায়নি-খোংনিংবা অতৈ কবিমত্তা লৈত্রব্রা ?"

"লৈত্রে।"

"মদুদনবু নহাক্কী থবক ওইরগদ্রা ? কবি উপায় শিনবা ঙমগদগে, কৈদৌঙৈ ঙমগদগে,—কবিগুম্বা খরা খঙনিংবা রাখল পোক্লা ?"

সুরেন্দ্র ... ইনা হঞ্জিল্লকুনা লৈপ্ল... ... হায়রবই, "হৌজিক কলাযদা চৎকদগে ?"

"হুকান অমদা হেক্তা।"

"মফম অদুদা চাক্লগদৌবিত্রা ?"

"নুমিৎ খুদিংগী অদুম্না তৌই।"

"নহাকপু লাইবিক কয়া য়াম্না তম্লকপগে ?"

"খরা তম্লকই।"

"ঐগী ইচানুপাবু লাইরিক তাকপিবা ঙমগদ্রা ?"

সুরেন্দ্রনা হরাওদুনা হায়কই, "ঙমগনি।"

ব্রজবাবু অমুক নোক্লক্লে। মহাক্কী মপুন্নিংদা খল্লকই, অরাবা তাবদনা অদুগা লাইববনা মহাক্কী মাথা ঠিক নাইদ্রে, কবিগীনা হায়ববু, কনাবু তম্বিগদৌবিবনো অমসুং কবি তম্বিগদৌবিবনো, রাক্কম অসিগুদম্না অদুক হাক্লা হবাওবা উবদা মহাক্কী মকমদা অঙাওবা চুবা মাল্লকই। হায়রকই, "কবিগুরুগা মহাক্লা 'ঐ বি. এ. পাসতা হুদ্রি' হায়বক্লবদি নহাক্লা কমদৌনা তম্বিগদগে ?"

সুরেন্দ্রনা হাইক্কেং শকফম হঞ্জিল্লগা হায়রকই, "মদু মওং অমদা য়াগনি—"

ব্রজবাবুনা অমুক হন্না কবিগুরুগা রা অমম্ভা চংদ্রে। মীনাই কৌশিল্লগা হায়রকই, "বন্ধু, বাবু অসিগী লৈফম শিল্লু, অদুগা চাকঈশিংগী খৌবাং তৌ।" অদুগী মতুংদা সুরেন্দ্রদা য়েংদুনা হায়রকই, "সন্ধ্যা মতুংদা অমুক কৌহল্লগনি। নহাক ঐগী য়ুমদা সুম লৈখো। করিনো থবক অমা কংদ্রিবমখে ননীং তৌনা সিদা লৈবা য়াই।"

মুমিৎ মুংবগী চাক চাবা চংবদ। মহাক্না মচানুপী অহল মাধবী কৌশিল্লগা হায়ৰকই,"নুপীমচা, লাইরবা নুপা অমবু যুমদা চংজক্ম ণীববনি।"

"কনানো, বাবা?"

"অনংবা মীনি, মসি নত্তনা অতৈ করিমত্তা খঙদে। লাইরিক খরমখৈ হৈমাল্লে, করিগীনো হায়বদা, নঙগী দাদাবু লাইরিক তম্বিনবা হায়রুবদা য়াবকই। বি. এ. ক্লাসকী অঙাংবু তম্বিনবগী মথৌনা ক্ষবা ঙম্লিবা মহাক অদুনা নঙগী ননাওনুপীবুদি তম্বিবা ঙমগনি। খল্লিবনি, মহাকমক প্রমীলাগী ওঝা ওইনা লৈজরসনু।"

মাধবীনা য়ানিংদবা তৌদ্রে।

সন্ধ্যা মতুংদা মহাকপু কৌহনুবগা ব্রজবাবুনা মদুমক হায়রম্মী। মথংগী নুমিত্তগী সুবেন্দ্রনাথনা প্রমীলাবু লাইরিক তম্বিবা হৌরকই।

প্রমীলাগী মশাগী চহি তবেংনি। মহাক বোধোদয় তম্লি। মচেহল মাধবীগী মক্মদা ফাস্ট বুক্কী হঙোইগী পারা ফাওবা তমথ্রবনি। মহাক্না বই-নুং, লাইরিক, শ্লেট, কাংগ্রু, পিকচর বুক, লোজেঞ্জ অসিনচিংবা পুরক্তুনা লাইরিক তম্বা ক্ষম্লরে।

"Do not move—" সুবেন্দ্রনাথনা হায়রকই, "Do not move—লেংগনু।"

প্রমীলানা হায়রকই, "Do not move— লেংগনু।"

অদুগী মতুংদা সুরেন্দ্রনাথনা রাখল অমদা তাওনা শ্লেট চিংশিন্দুনা লৌরে— মথুত্তা কাংগ্রু পায়দুনা শংত্রিক য়েংদুনা

ফমদুনা লৈ। প্রোরেমগী মথংদা প্রোগ্রেম সোল্ড ওইরকই— ঘড়িদা পুং তরেংকী মতুংদা নিপাল তাগ্রে, অদুগী মতুংদা মাপল তাশিল্লক্লে। প্রমীলানা করিগুম্বদনা নাকল অমদা অমুক ওন অমদা অমুক ওন, অমুক চেনা ফাক্তুনা লাই য়েংদুনা হিপতুনা ফমদুনা লোজেঞ্জ মচিন্দা উমশিন্দুনা মরাল লৈতবা হাংহোইদ মুক হৈজিন্দুনা পারি, **Do not move**- লেংগনু।

"ওঝা, মমদা চৎলগে ?"

"চৎলো।"

অমুক অদু মহাক মতৌ অসুম্না লেল্লি। অদুবু, মুথিলগী থবক্না খবমখৈ অতোপ্পা মওংগীনি। থবক ফংননবগীদমক ব্রজবাবুনা চানবিদুনা ভদ্রলোক অম-অনিগী মিংদা চিঠি খরা ইবি। সুরেন্দ্র-নাথনা, মদুশিংদু ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লগা মপালদা থোনখি। মমুম থিরগা মখোয়গী মুম মমাংদা চংশিন্দুনা লেপ্লুই। কয় য়াম্না চাওবা মুম্নো, থোঙনাও কয়া পানবগে, মপালদা কা কয়া যান্না লৈবগে, মরোল অনিরা অহুম্না, মমাংদা লেম্প-পোষ্ট লৈত্রা লৈত্রা য়েংই, অদুগী মতুংদা সন্ধ্যা মমাংদা হল্লকই।

কলিকাতাদা লাকপগা সাইরিক কয়ামরুম লৈখি, মমুম-দগীসু কয়ামরুম পুরকই। হৌজিক মদুশিংদু মহাক্না গ্যাসগী মঙালদা পাদুনা লৈ। ব্রজবাবুনা থবক-ইম্মাংগী রা হংলক্লবদি তুম্মিন্না লৈশিনবা, মদু নত্রগনা ভদ্রলোকশিংদুগা উনবা ফংলক্লে হায়না খুম্মী।

ঙসি চহি মরি ক্যারে ব্রজরাজগী নুপী কায়নখিবা— অহল ওইবকপা চহি মত্রাংগী অরাবা অসি অহল ওইরবদদা খডবা ঙম্মী। অদুবু রা অদু থমখিসি— মহাক্কী লুনা তৌজবী মাধবী দেবীনা মশাগী চহি তরাতরুক শুবদা মপুবোইবা কায়নখি---মদুমক্কা ব্রজরাজগী হকচাংগী ঈ তঙ্খায় অমা চুপথোকখি। মহাক্কা পাম্ফজনা য়াম্না চাওনা মচানুপীবু লুহোংবিখিবনি। মশাগী শেল য়াম্না লৈ,— অদুনা শেলগী মাইকৈদা মিৎয়েং চংখিদে, নুপামচাদু লাইরিক তম্লি, মশক ফজে, অচুম্বা চৎলি, লমচৎ ফজে— মদুমক য়েংহনা মাধবীবু লুহোংবিখিবনি।

মশাগী চহি তরামাপোইদা মাধবী লুহোংখিবনি। মাধবীগী পূন্সি অসিগী পামজবা খিবিক মুথৎলম্লগা, ব্রজরাজগী থম্মোয়দা তাশোন্না য়ুংলম্লগা মহাক নোঙ্গাখি। শিবমদায়দা মাধবীনা য়াম্না কপখৎলকপা মতম অদুদা মহারা খোঞ্জেল পিরা হায়রম্মী, “মাধবী, নহাকপু থাদোক্তুনা চৎকদবা অসিনি ঐনা খ্বাইদগী ৱারিবদি। শিবা, মদুদা অকায়বা লৈতে, অদুবু নহাক নপূন্সি চুপ্পা ৱাহৌরগনি হায়বসিনা ঐবু থোইদোক্লা লৈতাক্ম খঙহন্দ্রে। নহাকপু লুনা তৌবা ফ লমদ্রে—”

তপ্পা তপ্পা শিন্থবকপা পীরাংনা যোগেন্দ্রগী কংলবা থবাক্তা চেম্থরকই। মাধবীনা মদু তৈথোকপিরগা হায়রম্মী, “নহাক্কী নখোঙদা অমুক হন্না তুজরবা মতম অদুদা লুনা তৌবিয়ু?”

যোগেন্দ্রনা হায়বস্মী, "মাধবী, ঐগী মুংঙাইনবগীদমক কখোরক্লিবা নহাক্কী পূন্সি অদু মীরামগী য়াইফনবদা কাথোকউ। কনাগুম্বগী মাইথোং মকশিনবা উবদা মহাক অদুগী মাইথোং মকালামহন্নবা হোৎনৌ—অমুক কবি হায়ৎমখিগদগে মাধবী—" থিংঙমদ্রবা পী অমুক শিন্থবকই— মাধবীনা মদু তৈথোকই।

"অচুম্বা লম্বীদা চৎলুকো— নহাক্কী পূণ্যনা নহাকপু অমুক হন্না ফঙ্গনি।"

মদুদগী হৌনা মাধবী তশেংনা শাজৎ হোংলকখি। অশাওবা, হিংসা, য়েংথিবা অসিনচিংবা লৈরম্বা খিবিক মপুবোইবগী চিতা তুমখিবগা লোযননা পূন্নমক অদু মপোক অসিমগী ওইনা গঙ্গাগী ঈপাক্তা তাওথহনখি। পূন্সি অসিগী পামজবা কযানি, নিংজবা কয়ানি। লুখ্রাবী ওইববদি পূন্নমক অদু কব্রিমক্তা কান্নবা লৈত্রে—

মাধবীনা মতম অদুদা মপুবোইবনা হায়বম্বদু নিংশিংলকই। মহাক লৈত্রবা মতমদা অতৈ কৈদৌনগদগে? কনাগীদমক মীঙোন্দা হিংসা তৌকগদগে! কনাগীদমক অতোপ্পগী মমিত্তগী মপী অমুক তাহল্লুগদগে! অদুগা অতোনবা রাখল্লোন অসিদি কবিগুম্বা মতমদসু মঙোন্দা লৈবমদে, অচৌবা ইমুংগী নিঙোলনি—কবিগুম্বা অপাম্বা, কক্লিগুম্বা অনিংবা অমত্তগী পেন্দবা মঙোন্দা লৈবকখিদে—হিংসা অমদি য়েংখিবা কবিগুম্বা নুমিত্তসু তম্লকখিদে।

মহাক মশাগী থম্মোয়দা লৈরাং কয়া লৈশাং তম্লি, হান্নদি লৈরাং অদুনা মালা লেংলগা মহাক্না মপুরোইবগী ঙকশমদা হুকচ-রম্বনি। হৌজিক্তি মপুরোইবা লৈত্রে, অদুনি হায়দুনা পাম্বীদুং

মহারা ককথৎতুনা লংথোকখিদে। হৌজিকস্থ মহুদা অহুম্না অহুম লৈরাং লৈশাৎ তম্লি, কেন্দুনা লৈমায়দা তাখি। হৌজিক মহাক্লা মালা লেংলুদে অচুম্বনি, নাচোম শেম্লগা, ফিগাও থন্না হেক্লগা লাইর-অনংবশিংদা য়েঙ্থোকই। লৈজদবা মঙোন্দমক পীবি, খিত্তা লিকশিল্লুবা লৈতে, খিত্তস্থ মমাই শুকউবা লৈতে।

ব্রজবাবুগী য়ুম্বুবেনবী নোঙ্গাখিবা নুমিৎ অহুদগী ইমুং অসিদা লীপূন অমুক লৈখিদে, ময়াম পূম্নমক মশাদগী য়েংনবম্মী; কনানা কনাবু হন্না য়েংলমদে, কনানা কনাদস্থ ওনশিল্লমদে। ময়াম পূম্নমক্কী মীনাই অমমম থন্নরম্মী, মখোয়না মশা মশাগী মপুদগী থবক ভৌরম্মী। চাকশঙদা চাকথোংবনা চাক থোংলম্মী, অতিথিগী চাকচাফম অচৌবগী মতৌঙ্গম মখোয়না চাকলুক থা থাহুনা ফমহুনা চারম্মী। কনানা চাবা ফংলম্মী, কনানা চাবা ফংলমদে। অরাবা অহু কনানস্থ হন্না ফাওবা য়েংলমদে।

অহুবু মাধবীনা মহাক্কী থৱান থাগী ঈমাই চোনবা গঙ্গাগী মতৌগুম্বা শক, মীনুংশি, মমতা পুহুনা মপামদা হল্লকখিবা নুমিৎ অহুদগী ইমুং 'পূম্বদা বসন্ত হল্লক্লবগুম্নকই। হৌজিক ময়াম্না 'ইচেহল' হায়না কৌই, ময়াম্না মাধবী হায়নস্থ কৌই। য়ুমদা লোইবা হুই ফাওবনা নুমিৎ ভারকপদা অমুক্তং 'ইচেহল'বু য়েংবা পামজে। অস্থক য়াম্বা মীয়াম অসিগী মরক্তা মহাক্সু মী অমবু নুংশি-হৈবীনি পূম্নমক খঙবীনি হায়না খন্দোক্লুনা থম্বগুম্মী। য়ুমগী য়ুম্বুরেন্দগীনা কর্ম্মচারী, গোমস্তা, মীনাই নুপা-নুপী পূম্নমক্না ইচেহলগী ৱা খল্লি, পূম্নমক্না মঙোন্দা থাজবা থম্মী; ময়াম্মক্কী মপুক্লিং মপুক্লিংদা

থাজজবা অমা লৈ মতুদি, মরম অমগীস্থু ওইসনু, ইচেহল অসিগী মথক্তা মখোয়গী থোইদোকপা দাবী খবা লৈ।

স্বর্গগী কল্পতরু কৈদৌঙৈদস্থু উখিদ্রি, উবা ফংলকখিগদ্রা হায়বস্থু খঙদে, মবম অদুনা মদুগী রা হায়রুবস্থু ঙমদে। অদুবু ব্রজবাবু অসিগী ইমুংগী মনুং চনবা মীশিংনা কল্পতরু অমা ফংলম্মী। মখাদা চংলগা মখুৎ য়াকই, অদুগা মাইথোং মকালাম্না হল্লকই।

অসিগুম্বা পরিবার মবক্তা স্থরেন্দ্রনাথনা অনৌবা মওং অমগী পূল্সি লেন্ননবা উপায় উবা ফংলে। ময়াম্না মীশক অমগী মথক্তা ভাব পূম্নমক ননশিল্লিবা মতম অদুদা মহারস্থু মখোয়গী মতৌ তম্লকই। অদুবু, অতোপ্পদগী হেন্না মহাক্কী রাখল্লোন্না খরা তোপ্তোপ্পগুম তৌই। মহাক্না খলম্মী, 'ইচেহল' কৌবা অহিংবা জীব অমা যুম অসিদা লৈ, সডক্তা কোইচৎ চৎলুবদগী মশাগীদমক মশানা খন্থজবগী দরকার ওইবদু মহাক্না খবমখৈ খঙজগ্রবনি, অদুবু মফম অসিদা লাকপদগী হৌনা মহাক্না তশেংনা বাউ-হোন্দ্রে মতুদি, মশাগীদমক মহাক্না হৌখিবা পূল্সিদা নোংম্বা ফাদোক ফাওবা খঞ্জরুবা তাখি, নত্রগা খল্লবা তাবগনি।

ফি-বোল, খোঙউপ, ছাতিন, লীচৈ—দরকার ওইবা পূম্নমক মহাক্কী কাদা রাৎতনা লৈ। রুমালদু ফাওবা মহাক্না শিজিন্নবা য়াম্না যতন তৌনা কনাননো শেমজিন-শাজিন্দুনা থনম্লি। অহান-বদদি খঙনিংবনা লাংতক্লরম্মী, মহাক্না হংলম্মী, পূম্নমক অসি কদায়দগী লাক্লিবনো ? পাউখুম ফংলম্মী, ইচেহলনা থারকপনি। চা থকপগী অচাপোং হাপ্পা পুখমদু ফাওবা উবদা মহাক্না

হন্দক-মরক্তি খঙজবা ঙল্লে, মহুদা ইচেহলগী লুনা তৌবিবা খুৎমা শোকপিবে হাযবা।

অক্ক হোৎপা কম্বদা নোংমা মহাক্কী কোম্পাসকী রা নিংশিং-লকই ; প্রমীলাদা হায়কই, "প্রমীলা! ইচেহলদগী কোম্পাস লৌকচো।"

কোম্পাস কান্দুনা ইচেহলনা থবক তৌবা নত্তে, মহু মহাক্কী নাক্তা লৈরমদে ; অহুনু বাজারদা খুদক অহুমক্তদা মহাক্কা মী থাখি। সন্ধ্যা মতমদা কোইথোংউবগা হজিল্লকপদা সুরেন্দ্রনাথনা উবমী, মহাক্কী টেবিল মথক্তা পীয়ু হায়হনা তাল্লিবা পোৎতু তাহনা লৈরম্বা।

মথং খুদিংগী অমুক্তা প্রমীলানা হায়রকই, "ঙরাং ইচেনা মহু থারকপনি।"

অহুগী মতুংদা মরক মবক্তা মহাক্কা অসিগুম্বা পোৎ অম-অনি তাল্লম্মী মহুদি, মাধবী মহুগীদমক খুদোংথীবদা তারম্মী। য়াম্না থিন-খোৎনরবা অহুদদা ভাল্লক্লিবহু মনীং থুংহনবা তারম্মী। অহুবু কয়িগুম্বদসু মহাক্কা পীবা ঙম্মোই খক হায়দে।

মহু নত্রগনা কয়িগুম্বদনা মহাক্কা প্রমীলাদা খঙহৌদনা হায়বসু য়াওই,"ইচেহলদগী ফিমন মডাদা লৌরুচো ; চারিবশিংদা পীখিবা তারি।" অহনবা অমনবা খন্দোক্লনবা মতম মাধবীগী লৈরমদে ; মহাক্কা মশাগী ফি মডা থাগ্রগা, মথক্তা থোডনাওদগী য়েংই—লাইরবা নুপা মনি-মডা চরাংননা হনখ্রি— মখোয়মক্না ফি ফংখ্রিবনি।

সুরেন্দ্রনাথনা মচা-মশুসি তাল্লকপগী অত্যাচাব মাধবীনা তত্তনা খাংবা তারম্মী। অসুম অসুম পূম্নমক অসি মতৌ অসুম্না হৈনবী ওইগ্রে, অনৌবা জীব অমা চংলক্কুনা ন্নংতিগী ওইবা শিম্থা মরক্তা অনৌবা মখলগী উপদ্রব মচা মচা তৌররে হায়বা মাধবীনা অমুক মপুক্লিংদা খনখিদ্রে।

শুপ্নগী মতুদা নত্তে। অনৌবা জীব অসিগীদমক মাধবীনা হন্দক-মরক য়াম্না মিৎ-না শিংনা লৈবা তাই, য়াম্না হেন্না থিজিনবা তাই। মহাক্না করিগুম্বা পোৎ পূম্নমক তাল্লক্কুনা লৌখিবা তারবদি মাধবীগী শিম্থা তঙ্খায় হন্তন। তারমগদবনি; মহাক্না মশাগী করিগুম্বা পোৎ অমত্তা তাল্লক্তে—মসিমক্তি য়াম্না খন্ননিংঙাই ওইরিবা রাকমদি। সুরেন্দ্রনাথ থোইদোক্না রাখল অমদা তাওবা মখলগী মীওইনি হায়বা মহাক্না অহানবদদি খঙলুবা ঙম্লমদে। অম্বুক্তা চা ঈংতুনা লৈরম্মী, মহাক্না থক্লমদবা য়াই। অচাপোৎ শোকপা ফাওবা মহাক্না কাওরম্বা য়াই, নত্রগা হুইদা পীজথোক্লম্লগা মহাক চৎখিরম্বা য়াই। চাক চাবা ফম্বদা চাক-ইঙ্গাংগী করিগুম্বা ঈকাই-খুম্নবা মচেং অমত্তা ঙাক্তে, নাকলদা ইম্মোক্কুনা চায়খায়তুনা থনম্মী; করিগুম্বা পোৎশক অমত্তদা মপুক্লিং তাদবগুম্মী। মীনাই-শিংনা লাক্কুনা তম্লে, "মাস্টরবাবু ঙাওই, করিমত্তা উদে, করিমত্তা খঙদে— লাইরিক কোন্দুনদা ফমতুনা লৈ।"

ব্রজবাবুনা মরক মরক্তা হংলম্মী, থবক্কী করিগুম্বা মখলগী খুদোংচাবা অমত্তা ফংদ্রিব্রা হায়না। সুরেন্দ্রনা রাকম অতুদা শেমজিন-শাজিন্দুনা পাউখুম পী। মাধবীনা মপাবুংগী মফমদগী

পূন্নমক অদু তাবম্মী, মতুক্লো মসিখক্তি খঙজবা ঙম্লম্মী, থবক্নীদমক মাস্টরবাবুনা হোৎনরুবা থোইদিং মখায় অমা ফাওবা লৈতে, অপাম্বস্থ লৈতে। লৈবিবা ফিভম অসিদা মহাক থোইদোক্লা পেইগ্লে।।

অম্মুক্কী পুং তরা তাবমক্তদা ইচেহলগী মফমদগী ঈরুজনবা চাক-ঈশিং চানবা তকশিল্লকপা লাকই। নিংথিনা চাক চাদ্রবদি ইচেহলনা ব্রারোই। অহিং অথেংবা ফাওবা লাইরিক কোন্দুনা ফমতুনা লৈরবদি মীনাইশিংনা গ্যাসকী শো লোল্লে, খাম্মুবদা তাবিদে— ইচেহলগী য়াথংনি।

নোংমা মাগ্নবীনা মপাবুংগী নাক্তা লাক্লগা হায়রকই, "বাবা, প্রমীলাগা মাস্টবগা খেন্নবা শুপ্লে লৈতে।"

"কমদোনা নুপীমচা ?"

"মখোয় অনিমক অঙাংনি। প্রমীলানা করম্বা মতমদা মাগী কবি দরকার ওইবগে, করম্বা মতমদা করি চাগদগে, কবম্বা মতমদা তুমগদগে, কবম্বা মতমদা করি তৌবা চুম্বগে হায়বা খঙদবগুম মাস্টরস্থ মওং অতুমক্লি, মশাগী করিমত্তা খঙজবা ঙমদে— অতুম ওইনমক, মতম চাদনা অসিগুম্বা পোৎ তাল্লকই মতুদি, জ্ঞান লৈরম্নবদি মদু কনানস্থ অমুক তাল্লক্লোই।"

ব্রজবাবুনা ভাব তাবা ঙম্লমদে, মাইথোংদা য়েংতুনা লৈ।

মাধব নোক্তুনা হায়রকই, "নচানুপীসিবু করম্বা কালদা করি দরকার ওইবগে হায়বা খঙব্রা ?"

"মদু খঙদব্রা ?"

"মহুগী মথক্তা মতম চাদনা নৈরৈদনা ?"

"মহু তৌরিবনি ।"

"মাস্টরবাবুস্সু মহুমক তৌই।"

ব্রজবাবুনা নোক্কুনা হায়রকই, "নুপামচাহু খরা ঙাওচৎনবা মাল্লি।"

"ঙাওচৎনবা নত্তে। মহাক অচৌবা ইমুংগী মচা মাল্লি।"

ব্রজবাবুনা ঙক্কুনা হায়রকই, "কমদৌনা খঙবগে ?"

মাধবীনা খঙলুদে, অহুবু অহুম ভাব তাবম্মী। সুরেন্দ্রনা মশাগী থবক অমত্তস্সু মশানা তৌজবা ঙমদে, মীনা তৌবিবা ঙাইহুনা লৈ, মীনা তৌবিরবদি তৌবে, তৌবিদ্রবদি তৌদ্রে—খঙদ-হৈতবা অসিমক্কুনা মহাকপু মাধবীগী মফমদা ফাহঞ্জখিবনি। মহাক্না খল্লম্মী, মসি মহাক্কী মহৌশাগী হৈনবীনি। থোইদোক্না অনৌবা মখল্লগী চাকচা-য়ুথক মওংসিনা মাধবীবু অমুক হেন্না চঙবহল্লি। করিগুম্বা অচাপোৎ অমত্তদা মহাক্কী মপুরিং চি শিনবা লৈতে, মহাক মপুক থল্লা চাক শুপচা চাদে— করিমত্তদস্সু অপাম-মীহোবা লৈতে, অহলগী মতৌগুম বৈরাগ্য ওই, অহুম ওইনমক অঙাংগী মতৌগুম চম্মী, অঙাওবগী মতৌগুম থৌওইদে,— চানবা পীরগা চাই, পীদ্রগা চাদে— পূম্নমক অসি মহাক্কী মফমদা অচৌবা রহস্যগী মতৌগুম থোকই। মশক উদবা মীনুংশিগী মিৎয়েং অমনা মহুগীদমক মশক উদবা মাস্টববাবুদা য়েংলম্মী। মহাক্না ঈকাইহুনা পীয়ু হায়রদবনি, মহু নত্তে, মহুগী দরকাব ওইরমদে, অহুনা মহাক্না পীয়ু হায়বদবনি। দরকার ওইবা মতমদদি অহুম ওইনমক অমুক

মতম চাব-চাদবা থিদে—শং হেক্তা ইচেহলগী মফমদা হায়জবা থুংলৈ। মাধবীনা খোইরুম মোমোন তৌই, মপুক্লিংদা খল্লি, নুপা অসি থোইদোক্না অঙাংগী মতৌগুম চম্মী।

# মরি

মনোরমা মাধবীগী অঙাং ওইরিঙৈগী মতাবোইনি, মঙোন্দা চিঠি ইখিদবা কুইরে, পাউখুম ফংদত্রনা মহাক শাগীনা শাউব্রবনি। ঙসি নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা মতম খবা কায়থোক্কুনা মাধবীনা মঙোন্দা চিঠি ইবা ফম্লম্মী। অসিগুম্বা মতম অসিদা প্রমীলানা চংলক্লগা কৌরকই, "ইচেহল!"

মাধবীনা মমাই থাঙ্গৎতুগা য়েংলগা হংলকই, "করিনো?"

"ওঝাগী আনোক মফম খঙদনা মাংব্রে— আনোক অমত্তা পীয়ু।"

মাধবী নোকথোরক্লে। হায়রকই, "নঙগী মাস্টরবাবুদা হায়রুচোদনা, ঐবু আনোক্কী তুকান ফম্বরা?"

প্রমীলা চেন্দুনা চৎখিবা উবদা মাধবীনা মহাকপু কৌশিললকই, "কদায়দা চৎলিবনো?"

"হায়রুবা।"

"মহুগী শরুকপুদি সবকাব মহাশয় কৌরকউ।"

প্রমীলানা সরকাব মহাশয় কৌরুহনা পুবরুবদা মাধবীনা হায়রকই, "মাস্টরবাবুগী আনোক মাংব্রে, অফবা য়েংহনা অমত্তা লৈবিরুচো।"

সরকার চৎখ্রবদা মহারা মনোরমাদা চিঠি ইরকই—

প্রমীলাগীদমক বাবানা ওঝা অমা থল্লি— মহাকপু মীনি হায়বসু য়াই, পিক্লিবা অঙাংনি হায়বসু য়াই। মসিগী মমাংদা মহাক করিগুম্বদসু মমুমদগী মপালদা থোক্লিবা নিংই— সংসাবগী করিসু খঙদে। মহাকপু য়েংশিনবিদ্রবা, মরা-মপাউ লৌবিদ্রবা, অদু ওইরবদি মহাক মিৎকুপ অমা ফাওবা হিংজবা ঙমদে! ঐগী মতম তঙ্খায় অমদি মহাক্না মুনগ্রে,—নঙোন্দা চিঠি করম্বা মতমদা অমুক ইগদগে? হৌজিক কবিগুম্বা নহাক য়াম্না থুনা লাকপা থোক্লবনি চন্নদবা নুপা অদু য়েংহনগনি। অসুম্না থবক্তা চন্নদবা, অপুনবা অমনা পুবা নুপা, নহাক্না পোকপদগী উবমখিবোই। চাক চাও হায়রগা চাই, হায়দ্রবদি তুম্মিন্না চবা হেল্লি। মহাক চাক চাদ্রি হায়বা মপুক্লিংদা নুমিৎ চুপ্পা নিংশিংলমদবা য়াই। নোংমত্তা ফাওবা মহাক্না মশাগী মবুদ্ধি-মবৌশিং শিজিন্নজবা ঙমদে। অদুনা খল্লিবনি, অসিগুম্বা মীশক্না সংসারদা মপালদা থোবক্লিবা করিগীনো? মহাক্কী মমা-মপা লৈরি হায়না তাই, অদুবু মখোয়গী থম্মোয়দু নুংগুম কল্লমগদ্রা নিংই। অসিগুম্বা মীবু মিৎয়েং-রাংমদা থম্বা ঙম্লোইদবোই ঐদি নিংলিবনি।

মনোরমানা লক্কুহনা চিঠি ইবকই,—নহাক্কী চিঠিদা অতোপ অতোপ্পা পাউশিংগী মরক্তগী খঙলে, নহাক্না য়ুমদা য়োং অমা য়ৌল্লি, অদুগা নহাক্না মাগী সিতাদেবী শারি। অদুবু খরমখৈ চৈকশিলহলহৌরিবসিনি। ইতি—মনোরমা।

চিঠি পাবদা মধবীগী মমাই হাইফেৎ ঙাংলকই। মহাক্না পাউথুম ইরকই,— নহাক্তি ঈকাই-নাইদবীনি, অদুনা কনাদা করি হায়না ফাগী তৌগদগে হায়বা খঙদে।

মাধবীনা হংলকই, "প্রমীলা, নহাকী মাস্টরবাবুগী আনোক্তু কমদৌবগে ?"

প্রমীলানা হায়রকই, "ফৈ।"

"কমদৌনা খঙবগে ?"

"ওঝানা আনোক্তু উপতুনা লাইরিক কন্না পাই— অদুনা খঙলিবনি।"

মাধবীনা হায়রকই, "মহাক মশানদি করিমত্তা হায়দ্রা ?"

"হায়দে, করিমত্তা হায়দে।"

মাধবীগী মতম চুপ্পদা মকালাম্বা মাইথোংদু মিৎকুপমুক্তি মকশিল্ললকই ; অদুবু খুদক্তা নোক্তুনা হায়রকই, "নহাক্কী মাস্টরদা হায়গু, মহাক্না অমুক হন্না মাংহন্দনবা।"

"হোয়, হায়রুগে।"

"অঙাওবীসিদি, মদুবু হায়রুবা হৌনদ্রা ? মহাক্না লান্না করিনো খনখিবা য়াই।"

"অদু ওইরবদি হায়রুরনুরা ?"

"হায়রুনু।"

শিবচন্দ্র মাধবীগী মবুংনি। মাধবীনা নোংমা মহাকপু ফাদুনা হায়রকই, "দাদা, প্রমীলাগী মাস্টরনা অহিং-নুংথিল করি পারিবনো, খঙব্রা ?"

শিবচন্দ্র বি. এ. ক্লাসতা তক্লিবনি। পিক্লিবা প্রমীলাগী ওঝা কাংলুপশিংবু মহাক্না থোওইরুবগী মন্নুং চন্দে। থোশাদনা হায়বকই, "নাটক-নোভেল পাবনি, অমুক করি পাগদগে?"

মাধবীনা থাজবা ঙম্লমদে। প্রমীলাবু লাইব্রিক অমা লোন্না লৌহল্লুবগ। মবুংগী মথুক্তা পীদুনা হায়রকই, "নাটক-নোভেল্ল ওইবমগনি হায়নদি নিংদেনা।"

শিবচন্দ্রনা হৌবদগী লোইবা ফাওবা কবিমক্তা ভাব তাদ্রে, শুপ্নগী অসিমক্তুংদি খঙজবা ঙম্মী, মতুগী মরিক অমা ফাওবা মহাক্না খঙদে অমস্তুং মতু গনিতকী লাইবিক্লি।

মচল্লুপীগী মক্ষমদা ইজ্জৎ মাংবা মহাক পামদে। হায়বকই, "মসি অঙ্কগী লাইবিক্লি, স্কুলগী মথাগী ক্লাসতা তন্নে।"

মাইথোং মকশিন্না মাধবীনা হংলকই, "অরাংবা থাক্তা তম্মনবা নত্তবা; কলেজগী লাইব্রিক নত্তবা?"

কংনোক নোক্তুনা শিবচন্দ্রনা হায়রকই, "নত্তে, শুপ্নৎ নত্তে।"

অদুবু নুমিৎ অতুদগী শিবচন্দ্রনা মশানা পাম্না কবিগুম্বদস্তু স্নুরেন্দ্রগী মাংদা থোকউদে। মপুক্লিংদা কীথি-কীরুম্মে, তুংদা মহাক্না কবিগুম্বা খবা হংলকপা থোক্লবদি, তুংদা রা পুন্নমক ফোংদোবক্লবদি, অমস্তুং মপাবুংগী য়াথংনা মহাক অম্লুক অঙনবদা প্রমীলাগা লোয়ননা মাস্টব অতুগী মনাক্তা খাতা-পেন্সিল পায়দুনা ফম্মিন্নক্লবা তারবদি হায়বগী।

নুমিৎ খরনিগী তুংদা মাধবীনা মপাবুংদা হায়বকই, "বাবা, ঐ মতম খরগী ওইনা কাশীদা চৎলুগে।"

ব্রজবাবুনা চিন্তা তৌরকই,— "মদু করি রানো নুপীমচা? নহাক্লা কাশীদা চৎথ্রবদি যুম অসি কমানা য়েংবিগদগে?"

মাধবীনা নোক্লুনা হায়রকই, "ঐ অমুক হল্লককনিদনা, পুবা চৎখিগদবদি নক্তেদনা।"

মাধবী নোক্লকই। মপাবুংগী মিৎভদি অদুম ওইনমক পী শিন্থবক্লে। মাধবীনা শঙজবা ওয়ে, অসিগুম্বা রা ঙাংলুবসি চুমদবনি। মপুক্লিং কাথহল্লনবগীদমক হায়রকই, "শুপ্পগী নুমিৎ খরনিদং কোইরুবগা লাক্পা লৌরিবনি।"

"চৎলু:—অদুদু নুপীমচা. ইমুংদি কা-.খাং চায়রগনি।"

"ঐ হৈ ব্রগা ইনুং কা-খো. চায়গদবা?"

"কৈদৌনা চায়গদগে নুপীমচা, চায়বোই! নৌ ভেক্লবদা ইচেলগী মতুং ইন্না হি চেন্থবা অদুগুম— মসিস্থ অদুম চৎকনি।"

অদুবু মহাক কাশী চৎপা থোইদোক্লা দরকাব ওই। মকম অদুদা মহাক্কী লুথ্রাবী মচলনুপী মচানুপা অমগা লৈ, মখোয়বু অমুক্কং য়েংলুবা তাবি।

কাশীদা চংপা নুমিত্তা মহাক্লা মী খুদিংমকপু কৌশিন্দুনা ইমুংগী ভাব শিন্নয়ল্লগা চংখি। হন্নবী মীনাই নুপীবু কৌশিল্লগা মপাবুং, মবুং অমদি প্রমীলাবু থোইদোকপা মওংদা য়েংশিনবিনবা শিন্নরম্মী অমস্তুং পাউতাক পীরম্মী; অদুবু মাস্টরগী বাদি কনাদস্থু পল্লমদে। কাউথোকখিবা নক্তে— পরিংদদুনা পল্লমদবনি। হন্দক্তা মঙোন্দা তাইফেৎ রাপৌখি। মাধবীনা মহাক্কীদমক অদুক হাক্লা তৌবিরি, অদুবু মহাক্লা তৌবিমল খঙবা উৎপা রাহৈ

অমা ফাওবা পল্লক্তে। অদুনা মাধবীনা মীবৈবাক্তা চৎতুনা মীবেম, সংসারগী চৎনরোল খণ্ডবা, অপাম-মীহৌ চেন্দবা মহাক্কী মফমদা মহাকসু মী অমনি হায়বা খঙহনবা পাম্মী। চাংয়েংনিংবা অমা পোল্লকপদা দোষ করি লৈবগে? মহাক লৈতবদা মহাক মতৌ কমদৌনা মতম লেনবগে, মদু যেংবদা মাংনিংঙাই করি লৈবগে? অদুনা মহাক্না সুরেন্দ্রগী মবমদা কনাদসু কবিমত্তা হায়রমদনা চৎখ্রিবনি।

সুরেন্দ্রনাথ প্রোব্লেম সোল্‌ভ তৌবি। প্রমীলানা হায়বকই, "ঙরাং অহিং ইচে কাশীদা চৎখ্রে।"

রাদু মহাক্কী নাকোংদা চংখিদ্রে। অদুবু নুমিৎ নিনি-হুম্নিগী মতুংদা মহাক্না উরক্লে, পুং তরা তাবা মতমদা চাক চাননবা অমুক তক্লদ্রে,— করিগুম্বা নুমিৎতনা পুং অম-অনি তাখি। ঈরুজরগা মফি-হোংবা চংবদা মতুশিংদু অমুক মহৌশাগুম লূ-নাদ্রে হায়বা উই, অচাপোৎ হাপ্পা পুখমদু অদুম্না চেকশিন-খমজিন্দ্রে। অহিংদা গ্যাস-থাউমৈ মুখৎপা কনাসু চংলক্রে, লাইব্রিক পাবদা মপুক্লিং লুপখিদুনা পুং অনি-অহুম তাখি। অমুক ঙম্না মিৎকপ থোক্তে, হৌগৎপদা নুমিৎ য়াম্না কারম্মী, নুমিৎ চুপ্পা মমিৎ ইকা ফাজিন্দুনা তুম্লিংবা শুপকোক কোক্তে। হকচাং য়াম্না চোকথর-বগুম্মী, মতম অদুদা সুরেন্দ্রনাথকী মপুক্লিংদা ফাওরকই, ইমুং অসিদা অওনবা খরা লৈরে। শাবা ফাওবক্লবা মতমদদা মীনা হুমাই থিনৈ। সুরেন্দ্রনা লাইব্রিক্তগী মমাই থাঙ্গৎলক্লগা হায়রকই, "প্রমীলা, ইচেহল সিদা লৈতে, নত্রা?"

মহাক্না হায়বকই, "ইচে কাশী চৎখি।"

"অদুনিনে।"

নম্বিৎ নিনিগী মতুংদা খঙহৌদনা প্রমীলাদা য়েংদুনা হায়রকই, "ইচেহল কৈদৌঙৈ লাক্কদগে ?"

"থা অমগী মতংদা।"

সুরেন্দ্রনাথ লাইবিক্তা মপুক্কিং চংখ্রে। অমুক্কসু নুমিৎ মঙানি হৌখ্রে। সুরেন্দ্রনাথনা পেন্সিলদু লাইবিক মথক্তা থল্লগা হায়রকই, "প্রমীলা, থা ফাগদ্রে ঙসি যা যান্না রাৎলিবগে ?"

পেন্সিল পাষখৎলগা সুরেন্দ্রনাথনা আনোক লৌথোক্লগা নুংশেল অনিদু শেংদোবকই। অদুগী তুংদা উপশিল্লগা লাইরিক্তা হৈ হুনা লৈখ্রে।

মথংগী নুমিত্তা হাযবকই, "নহাকপু ইচেহলদা চিঠি ইদত্রা ?"

"কৈদৌনা ইদনি !"

"থুনা লাকউ হাযনদি ইখিদ্রা ?"

"ইখিদে।"

সুরেন্দ্রনা নুংশামপী হোন্দোক্লগা তপ্পা হায়রকই, "মদুনিনে।"

প্রমীলানা হায়বকই, "ওঝা, ইচেহল লাক্লবদি নুংঙাইগনি, নত্রা ?"

"নুংঙাইগনি।"

"লাকও হায়দুনা ইখোবা ?"

সুরেন্দ্রনাথনা মাইথোং মকালান্না হায়রকই, "ইখো।"

"ওঝাগী রা ইখিগে ?"

"ইখো।"

'ইখো' হায়বদা মঙোন্দা কবিগুম্বা মথলগী হঙ্গানবা অমত্তা লৈতে। করিগীনো হায়বদা জগৎকী করিগুম্বা চৎনরোল অমত্তা মহাক্না খঙলমদে। ইচেহলবু লাকহন্নবগীদমক হায়জরুবদা মঙোন্দা লেমজরোই, তাবদা ফজবোই হায়বসি মহাক্না ভাব গুপ্তা তাবমদে। লৈত্তবদা মঙোন্দা নুংঙাইতনা থোক্লিবা, লৈতবদা মঙোন্দা চৎনবা য়াদ্রিবা—মহাক অদু লাকউ হায়রুবদা মঙোন্দা ফজদবা ওইমা থোক্কনি হায়না খল্লমদে।

জগৎ অসিদা খঙনিং-উনিংলুবা থোইনা লৈত্তবা মহাক অদু মীওইব-সমাজগী চৎনবোলদগী খবমখৈ মপাল থোকই। সাধাবণগী মতামতকা মহাক্কী মতামতকা চানদে। খঙনিং-উনিংগনবা সুরেন্দ্রগী স্বভাব নত্তে। মঙোন্দা দবকাব ওইবিবা মদুমখৈদা মহাক্না খঙজবা পাম্মী, মদুগী মপালদা মশানা পাম্না খোঙফম অমত্তসু মহাক্কী অপাম্ব। লৈরমদে, মতমসু ফংলমদে। অদুনা ইচেহলগী মরমদা মহাক্না থোইদোক্না কবিমত্তা খঙলমদে। অস্নুক কুইবসি মহাক ইমুং অসিদা লৈরক্লবনি, থা অহুম অসি মহাক্না ইচেহলগী মথক্তা ভার পূম্নমক ননশিন্দুনা য়াম্না নুংঙাইনা লেল্লকখিবনি; অদুবু জীব অসি কমদোবগে হায়বা হংলুদে। কয়া য়াম্না চাওরবগে, উবদা কমদৌবগে, গুণ কয়া য়াম্না লৈবগে, মহাক্না করিমত্তা খঙলমদে, খঙনিংলুবগী অপাম্বসু পোকলুদে, মপুক্লিংদা অমুক ফাওবা খল্লুদে। মসিগী মরমদা রাকম অমত্তং ওইরবসু হংলুবদি মীনা পাম্নরিবনি!

ময়াম্না কৌনৈ, ইচেহল ; মহাক্নস্থ কৌই, ইচেহল। ময়াম পূম্নমক মহাক্কী মফমদগী নুংশিবিবা চানবিবা ফংই, মহাকস্থ ফংই। তাইবংপানগী লনৈগ মঙোন্দা পৈদুনা লে, অপাম-অপাম্বদু ফংই— সুরেন্দ্রনাথনস্থ ফংই, মসিদা ঙক্লিংঙাই রাক্ষম করি অমুক লৈরিবগে ? লৈচিলগী মথৌ— নোং তাবনি, ইচেহলগী মতৌ— লুনা-চান্না তৌবনি। নোং তাবকপদা মখুৎ তিংথোকপা মহাক অদুনা ঈশিং ফংই। ইচেহলগী মফমদা খুৎ তিংথোকলুরবদি অপাম্বা পোৎ ফংই। খঙলে মহাক লৈচিলগী মতৌগুম মমিৎ তাংই, অপাম্বা অমস্থং নিংজবা আশা লৈতে। চাউবাক্না হায়রবদা মহাক্না অস্থম্না অমা খন্দুনা থনম্মী। লাকপদগী মহাক্না রাখল্লোন অমা শাগৎতুনা প্রয়ক্লিবদু ঙসিস্থ অদুম্না অদুম লৈবি। শুপ্নগী কাশীদা চৎখিবগী থোদোক অসিগী মতুংদগী খজিক্কুং অসিদা মহাক্না খঙগ্রে মদুদি, ইচেহল লৈতনা মহাক মিৎকুপ অমা ফাওবা চৎনবা য়ারোই হায়বা।

মহাক্না ময়ুমদা লৈবিঙৈ মতম অদুদা মহাক্কী মপাবুংবু খঙলকই, মমা অতোম্বীবু খঙলকই। মখোয়গী থৌদাং কবিনো হায়বা খঙলকই, অদুবু ইচেহল হায়বা কনাগস্থ শকখঙনবক্তে— পরিচয় ফংবা মতম অদুদা মহাক্না মওং অস্থম্নদমক খঙলি। অদুবু মীশক অদুবুদি মহাক্না মশক উদ্রি, মশক খঙদ্রি, মমিংদুদং খঙই, মমিংদুগদা শকখঙনৈ, মীশক্কুদি মহাক্কী কনাস্থ নত্তে। মমিংদুদনা পূম্নমক্নি।

নিংজক্লিবা ঈশ্বরবু মীনা মশক উবা ফংদে, শুপ্নগী মমিংদুদা খঙজিন্দুনা থম্মী, অরা-অনাদা মিং অদুগী মাংদা থম্মোম 'পূম্বা

হাংদোকই— কবিস্থু উবা ফংদে ; ময়েক শেংনা উদবা লৈয়েংনা শেংফাত্তবা খোম্থোক্তদা রাষ্টৈ অনিদং পাঙ্গা লেপখি। তরাবা ফংলবা অদুনা সুরেন্দ্রনাথনস্থু শেংফাত্তনা উত্তাবণ তৌই, 'ইচেহল।'

## মাচা

মতম অদুদস্থু নুমিৎ থোক্লি, নোংপোক মাইকৈদা ভাঙ্গানবা মচুনা লৈতেংলকপদা মঙাইরি। প্রমীলানা চনক্লগা তুম্লিবা সুরেন্দ্রনাথকী ডকশমদা কোল্লরে— "ওঝা!"

সুরেন্দ্রনাথগী পাংডমদ্রবা মমিৎ অনি খিঙং পাংখোরকই— "করিনো প্রমীলা?"

"ইচেহল লাক্লে।"

সুরেন্দ্রনাথ হৌগৎতুনা ফম্লে। প্রমীলাগী মখুৎ পায়দুনা হায়রকই, "চৎসি, উনরুসি।"

উননিংবগী অপাম্বসি মহাক্কী মপুক্লিংদা কমদোনা ফাওরক্লি-বনো হায়বা ডমদে, অমস্থুং অস্থুক কুইরবগী তুংদা কবিগীনো খঙদে মহাক্না প্রমীলাগী মখুৎ পায়দুনা মমিৎ নোইর-নোইরদুনা মনুং-লোমদা চংলকই, মদুস্থু ভাব তাবা ডমদে; অদুব মহাক মনুংদা চংলত্তুনা থুংলরে। অদুগী মতুংদা সিঁড়ি কাপনা মথক্তা কাখৎ-লকই। মাধবীগী কা মমাংদা লেপতুনা প্রমীলানা কৌরকই, "ইচেহল!"

ইচেহল রাখল অমদা ভাওনা করিনো থবক অমা তৌহুনা লৈরম্মী, হায়রকই, "করিনো ইবেম্মা !"

"ওঝা—"

মখোয় অনিমক মতম অদুদদি মনুংদা চংলক্লে। মাধবীনা তৌকম খওদনা লেপখংলক্লে ; মকোক্কী কি মমাইদা চিংথরগা মচি অমদা থৈদোক্লুনা লেপতুনা লৈব্রে। সুরেন্দ্রনাথনা হায়রকই, "ইচেহল, নহাক লৈত্তবদা ঐ য়াম্মা রানা—"

মাধবীনা মাইখুম মনুংদা শাথীনা ঈকাইদুনা মরৈ চিক্লুনা মপুক্কিংদা হায়জরকই, অচ্চা !

"নহাক চৎপ্রবদা—"

মাধবীনা মপুক্কিংদা হায়জরকই, কয়াদা ঈকাইনিংঙাইনো !

মাধবীনা খোঙ্গেল পিরা হায়রকই, "প্রমীলা, মাস্টরবাবুদা মপালদা থোকপিখো হায়মু।"

অঙাং ওইরবসু প্রমীলামা মচেগী মওং-মতৌ উবদা থবক্তু চুমদে হায়বা ভাব তারে। হায়রকই, "লেঙথোক্রসি ওঝা—"

ঈকাইবা নংবগী মতাগুম মহাক ঙাইহাক লেপতুনা লৈ, অদুগী মতুংদা হায়রকই, "চৎলসি।"

রা য়াম্মা ঙাংবা মহাক হৈনরক্তে, রা য়াম্মা ঙাংখা পামদে, অদুদি ওইরগা নুমিৎ চুপ্পা নোং মংলুববা মতুংদা নমিৎ থোরক্লবদি খঙহৌদনা মীন। মাইকৈছুদা য়েংনিংবগুম থা অমা নোংনা শিল-থুংনা মংলম্বা অতিয়া মথাদা লৈরুরগা অহানবা নুমিৎ থোবকপগা লোয়ননা সুরেন্দ্রনাথনা য়াম্মা মপুক্কিং হয়াওনা য়েংবা চৎলুবনি, অদুবু কল অসি ওইরকনি হায়বদি মহাক্না খঙলমদে।

নুমিৎ অহুদগী হৌনা মহাকপু লুনা তৌবা খরা হন্মুগ্রে। মাধবী হাইফেৎ ঈকাইখিবগুম্মী। মীনাই নুপী বিন্দুনা রাক্ষমহু পন্দুনা খরা নোক্নখিমাল্লে। সুরেন্দ্রনাথসু হাইফেৎ খৌদক তৌখি। হন্দক মরক মহাক্না উবা ফংবগুম্মী, মহাকী ইচেহলগী লোইবা নাইদবা পুকৈ ময়েং তারক্লে হায়বা মচল-মচেনা লুনা তৌবিবা, মমানা নুংশি-চানবিবনা মহাকী মশাদা শোকপা কংলক্তবগুম্মী, খরা লাপ্তক খৈদোক্লুনা চৎখিবগুম্মী।

নোংমা মহাক্না প্রমীলাদা হায়রকই, "ইচেহলনা ঐ ভৌন্দা শাওখিবা নত্রা?"

প্রমীলানা হায়রকই, "হোয়।"

"করিগীনোনে?

"ওঝানা অহুম্মা ইমুংদা চংলুরিবা করিগীনো?'

"চংলুনা য়াদে. নত্রা?"

"মহুদা চংলুবা য়ুব্রনে? ইচে য়াম্না শাওরি।"

সুরেন্দ্রনা লাইরিক খুমজিল্লগা হায়রকই, "মহুনিনে—"

অহুগী মতুংদা নোংমা মুংখিল্লদা নোং মংলক্লুনা নোং তারক্লে। ব্রজবাবু ওসি নিনি, মহুক য়ুমদা চৈক্তবা; জুমিদাঙ্কি য়েংশিনবা চৎখি। মাধবীগী মথুক্তো থরক করিমত্তা লৈরমদে, প্রমীলাসু য়াম্না শাওখিবগুম্মী, মাধবীনা মাবু ফাজিল্লগা হায়রকই, "প্রমীলা, নঙগী লাইরিক লোথোকউরো কয়া য়াম্না তম্মরগে, য়েংগে।"

প্রমীলা তশেংনা নুংরংনত্রে। মাধবীনা হায়রকই, "লোথোক-উরো।"

"ইচেহল, অহিংদা পুরক্কে।"

"য়াদে, হৌর্জিকমক পুরকউ

থোইদোক্না মথবায় রান্না মতম অহুদা মহাক লাইরিক লৌবা চংখি। পুরক্লগা হায়রকই, "ওঝান্না করিমত্তা তম্বিদে— মশাগী লাইরিক পাহুনদা লৈ।"

মাধবীনা হংবা হৌরকই। মকোক্কগীনা লৌয়বা ফাওবা চাউরাক্লা হংবদগী খঙলে, তশেংনমক মাস্টরবাবুনা করিমত্তা তম্বিরমদ্রে; থোইদোকচুম খরমখৈ হৈদ্রবনি, অহুবু ওঝা থদ্রবা মতুং থা অহুম-মরি অসিদা তপ্পা তপ্পা পুম্নমক অহুম্মু পুমকাও কাও-থোকখ্রে। মাধবীনা শাওরক্লুনা বিন্দুবু কৌরগা হায়রকই, "বিন্দু, ওঝাদা অমুক্লা হংলুচো, অম্মুক কুইবসি প্রমীলাবু লাইরিক তম্বিদ্রিবা করিগীনো ?"

বিন্দুনা হংলবা মতম অহুদা মাস্টরব্যবুদি পোল্লেম খন্দুনা লৈরম্মী। বিন্দুনা হায়রকই, "মাস্টরবাবু, ইচেহলনা হংলকই, অদোম্না ইবেম্মা মচাবু লাইরিক তম্বিদ্রিবা করিগীনো ?"

মাস্টরব্রাবুনা মতু তারমদে। হন্দক্কি বিন্দুনা লাওনা হায়রকই, "মাস্টরবাবু ?"

"করিনো ?"

"ইচেহলনা হায়রকই—"

"করি হায়রকপগে ?"

"ইবেম্মা মচাবু লাইরিক তম্বিদ্রিবা করিগীনো ?"

রাখল অমদা তাওনা মহাক্না খুম্নকই,— "হৈনদে।"

বিন্দুনা খল্লকই, ফত্তবা নত্তে ! রাকম অদু মহাক্না মাধবীদা খঙহল্লরে। মাধবী শাওরক্লে, মহাক্না মখাদা কুমথহুনা থোঙজিন মরাদা লৈরগা বিন্দুবু হায়হল্লকই, "ইবেম্মা মচাবু লাইরিক শুপুম তম্বিদ্রিবা করিগীনো ?"

রী অসি অনি-অহুম্লক হন্না হংলবা মতুংদা সুরেন্দ্রনাথনা হায়রকই, "ঐ ঙম্মরোই।"

মাধবীনা খল্লকই, মসিবু করি রানো !

বিন্দুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি অদোম্বু কৈদৌবা লৈবি-রিবনো ?"

"লৈত্রবদি কদায়দা চৎকদগে ?"

"অদুদি লাইরিক তম্বিদ্রিবা করিগীনো ?"

সুরেন্দ্রনাথ হন্দক্তি জ্ঞান তারক্লে। মমাই লৈশিল্লক্লুনা ক্মপ্লগা হায়রকই, "করিনো হায়রিবদুবো ?"

বিন্দুনা ঙসায়মখৈ করি হায়রক্লিবনো হায়বা অদুমক অমুক হন্না হায়রকই।

সুরেন্দ্রনাথনা মতম অদুদা হায়রকই, "মহাক্তি নুংতিগী লাইরিক ঔবাই।"

"ঔরাইবা, অদুবু অদোম্না য়েংশিনবিব্রা ?"

"য়েংশিল্লুদে। ঐগী মতম শংদে।"

"অদুদি য়ুম অসিদা কৈদৌবা লৈবিরিবনো ?"

সুরেন্দ্রনা তুম্মিন্না লৈদুনা মদু খল্লকই।

"অদোম্না লাইরিক তম্বিবা অমুক ঙম্বিররোইদ্রা ?"

"ওম্মোই। ঐ লাইবিক তম্বিবা হৈনদে।"

মাধবীনা মকমদগী হায়বকই, "হংউ বিন্দু, কবিগীনো অস্মুক কুইবসি মীনম্বা ঙাংহুনা লৈবিবিবা ?"

বিন্দুনা মহুমক হায়বকই।

মহু তাবদা সুরেন্দ্রগী প্রোব্রেমগী জ্ঞান তশেংনা মতৎ মতৎ তৎখ্রে। হাইফেৎ মথবায় নুংঙাইত্রে, খিক্তং খন্থবগা হায়বকই, "মহুনিনে, শাথীনা ভুল ওইকবে।"

"থা মবি চুপ্পসি ওস্তুনা ভুল ওইবকপ্রা ?"

"হোয়, মহু তৌকবে হায়বা খঙলে—মহুগী ব্রাফমহু ঐ অহুক হান্না নি শিংলুদ।"

মথংগী নুমিত্তা প্রমীলা লাইবিক তম্বা লাক্লে, সুরেন্দ্রনস্থু অহুক হাক্না ভাব ওইকদে। মহুগী মথংগী নুমিৎস্থু লাক্লে—নুমিৎ অহুস্থু অহুম হোগ্লে।

নুমিৎ হুম্নি শুগ্রবা ফাওবা প্রমীলাবু উবা ফংলক্রবদা সুরেন্দ্র-নাথনা মীনাই অমদা হায়বকই, "প্রমীলা কৌবকউ।"

মীনাইনা হল্লক্লুনা মনুংদা চংলক্লগা হায়বকই, "ইবম্মা মচা অদোমগী নাক্তা লাইবিক তম্মবোই।"

"অহুদি কনাদা তমহনগদৌরিবনো ?"

মীনাইনা মবুদ্ধি শিজিন্নহুনা হায়বকই, "অতোপ্পা ওঝা লাক্কনি।"

মতম অহু অযুক্কী পুং মাপল তাবে। ঙাইহাক চিন্তা তৌবগা সুরেন্দ্রনাথ লাইবিক অনি-অহুম শেগাদা য়েপতুনা হোগৎলক্লে।

আনোক্তু মখুম্‌দা হাপচিল্লগা টেবিল মথক্তা থমগ্রে, অহুগী মতুংদা তপ্না তপ্না চংগ্রে।

মীনাইনা হায়রকই, "মাস্টরবাবু, মতম অসিদা কদায়দা চংপিগদৌরিবনো?"

"ইচেহলদা ঐ চংগ্রে হায়য়ু।"

"অমুক লাকপিররোইদ্রা?"

সুরেন্দ্রনাথনা রা অসি তাখিদ্রে। পাউখুম পীরমদনা গেটকী মপালদা থোকগ্রে।

পুং অনি তারে, অহুম ওইনমক সুরেন্দ্র হল্লক্লে। মীনাইনা মতম অহুদা মাধবীদা মাস্টরবাবু চংগ্রে হায়বা পাউ পীবরে।

"কদায়দা চংখ্রিবনো?"

"মহু খঙজদে। অয়ুক পুং মাপলদা চংখিবনি। চংলমদায়দা ঐঙোন্দা হায়রম্মী, ইচেহলদা ঐ চংগ্রে হায়য়ু।"

"মহুবু করি রানো? চাক চাদনা চংখিব্রা?" মাধবী মপুক্লিং লাংতক্লরক্লে।

অহুগী মতুংদা মহাক মশামক্না সুরেন্দ্রনাথকী কাদা চংলকপদা উরে,—পোৎ পূন্নমক অহুম লৈ, টেবিল মথক্তা আনোক অহু মখুমদা হাপতুনা তাহুনা লৈ, লাইরিক খরদদি লৈতে।

সন্ধ্যা হৌগ্রে, অহিং ওইরক্লে—সুরেন্দ্রনাথ লাক্লে। মথংগী নুমিত্তা মাধবীনা মীনাই নুপা অনি কৌশিল্লগা হায়রকই, "নখোয়না মাবু থিহুনা পুরক্লবদি লুপা তরা মনা পীগনি।"

মনা মীহৌহুনা মখোয় চেনগ্রে; অহুবু সন্ধ্যা মতমদা হঞ্জিল্লক্লগা হায়ররে, "করিগুম্বা মরা-মপাউ অমত্তা ফংদে।"

প্রমীলানা কপতুনা হায়রকই, "ইচেহল, মহাক চৎখ্রিবা করিগীনো ?"

মাধবীনা মহাকপু তাম্লোক্তুনা হায়রকই,"মপালদা থোকখ্রো, কপকনু ।"

নুমিৎ নিনি, নুমিৎ হুম্নি, অস্তুম তৌনা নুমিৎ হৌখ্রিবা অদুগী মতিক মাধবীগী মপুন্নিং লাংতক্লক্লকই। বিন্দুনা হায়রকই, "ইচেহল, মহাকপু অস্তুক হাক্লা থিনারিবা করিগীনো ? কলকাতা সহরদবু ওঝা অমমুক ফংলরোইদ্রা ?"

মাধবীনা শাওহুনা হায়রকই, "নঙ চৎখ্রো চৎলো ! মী অমা মখুত্তঃ শেল অমত্তা য়াওদনা চৎখ্রে, অদুগা নঙনা খিরিবা করিগীনো হায়রি !"

"মঙোন্দা শেল অমত্তা য়াওখিদে হায়বা কমদৌনা খঙবিবগে ?"

"মদু ঐ খঙই, নঙনা রা অস্তুক য়াম্না ঙাংলবগী নশিন করি লৈ ?"

বিন্দু তুম্মিন্না লৈখ্রে।

অস্তুম্না নুমিৎ তরেৎনি হৌজিনখ্রে, অদুম ওইনমক কনাসু হল্লক্রে, মতম অদুদা মাধবী মওং অমদা চাক-ঈশিং থাদোকখ্রে। মহাক্না খল্লকই, সুরেন্দ্রনাথ চরা হেল্লমগনি। য়ুমগী পোৎ ফাওবা পীয়ু হায়দুনা লৌদুনা চাবা ঙমজদবা মহাক্না মীঙোন্দা হায়জরুবা ঙমগদ্রা ? মহাক্না চেৎনা থাজরিবদি, অচাপোৎ লৈদুনা চারুনবা পৈসাসু য়াওখিদে, ভিক্ষা নিরুনবগী শক্তিসু লৈতে, পিক্লিবা

অঙাংগুম সহায় লৈতবা ফিভমদা কদায়গী ফুটপাত্তনো ফমহুনা কপ্লমগনি, মহু নত্রগনা কদায়দনো উখা অমদা লাইব্রিরা মমাইদা কুপশিন্দুনা তুম্নমগনি হায়বা অসিনি।

ব্রজবাবুনা হল্লকপদা পুম্নমক তারগ মাধবীদা হায়রকই, "থবক অহু অকবা নত্তে নুপীমচা।"

মাধবীনা য়াম্না রানা মপী খিংলকই।

সোমদা স্থরেন্দ্রনাথ লম্বীদা কোইচৎ চৎতুনা লৈ। নুমিৎ হুম্নি চরা হেন্দুনা লেপ্লে, ভোতি ঈশিংদি শেল তিংদে, অহুনা হেক লাম্লকপদা মপুক থন্না ঈশিং থকচিল্লি।

নোংমা অহিংদা মশা য়াম্না চোকথনা মহাক কালীঘাট তম্না লাকই, কদায়দনো তারকখিমাপ্লে, মফম অহুদা চাক চাবা ফংই। অমম্বা অহিংনি, মহুদা অমুক নোং মংই, লম্লোং মরি ফাংবদা গাড়ীনা মঙোন্দা তক্লরে। তেঙ্গারালানা করিগুম্বা মওং অমদা শগোল চুপ্লি খঙচিং চিংশিন্দুনা খামখ্রে। স্থরেন্দ্র মথরায়দি মাঙদ্রে হায়বা য়াই, অহুবু মথবাক অমম্বুং নাকথংদা অকনবা চৈথেং ফংহুনা রাম্বহুনা তাখ্রে। পুলিশ লাক্লুনা গাড়ীদা হাপকৎলগা হাসপাতালদা পুখ্রে। নুমিৎ মরি-মঙানি জ্ঞান তাদবা ফিভমদা লেল্লবা তুংদা অহিংদা মমিৎ পাংথোরক্লগা হায়রকই, "ইচেহল!"

কোলেজগী ছাত্র অমা অহিং অহুদা ডিউটি তারম্বী, মহাক্না তাহুনা মনাক্তা চংশিন্দুনা লেপ্লে। স্থরেন্দ্রনা হায়রকই, "ইচেহল লাক্লব্রা?"

"হয়েং অয়ুক লাক্কনি।"

থংনবা নুমিত্তা সুবেন্দ্র নিংথিনা জ্ঞান তারে, অদুবু ইচেহলগী রা পনখিদ্রে, অরুনবা চৈনাখোবনা মুমিৎ চুপ্পা কর-করা হাইদুনা লেল্লগা সন্ধ্যা মতমদা নুপা অমদা হংলকই, "ঐনা লৈরিবসি হাসপাতালদ্রা ?"

"হোয়।"

"করিগীন্নো ?"

"অদোম গাড়ীনা তক্কুনা।"

"হিংবগী আশা লৈবিব্রা ?"

"শোয়দনা।"

মথংগী নুমিত্তা ছাত্র অমুনা মনাক্তা চংলক্লগা হংলকই, "অদোমগী মবি-মতা কনা লম অসিদা লৈবগে ?"

"কনাসু লৈতে।"

"অদুদি অহিং অদুদা ইচেহল হায়না কৌবিখিবদু কনাবুনো ? মহাকপু লমসিদা লৈব্রা ?"

"লৈ, অদুবু মহাক লাক্লোই। ঐখোয়গী পাবুংদা পাউ পীখিবা ওম্বিগদ্রা ?"

"ওমগনি।"

সুবেন্দ্রনা মপাবুংগী ঠিকানা তাকপ্রে। ছাত্রদুনা মুমিৎ অদুমক্তদা চিঠি ইপ্রে। অদুগী মতুংদা ইচেহল থিরুনবগীদমক হংলকই, "মশানা চংনিংলবদি নুপীনা মকমসিদা চংবা য়াই, ঐনা মদু শিঞ্জবা ওমগনি। অদোমগী ইচেহলদুগী ঠিকানা থংলবদি পাউ পীখিবা ওমগনি।"

সুরেন্দ্রনাথনা ঙাইহাক চিন্তা তৌরগা ব্রজরাজবাবুগী ঠিকানা ঙাক্লে।

"ঐগী লৈকম ব্রজরাজবাবুগী য়ুম মনাক্তনি, ঙসি মঙোন্দা অদোমগী ফিভম খঙহন্নুগনি। করিগুম্বা পান্নবদি মহাকস্তু য়েংলবা লাকপা য়াই।"

সুরেন্দ্র ন্না ঙাংদে। মপুক্লিংদা খঙজরে— ইচেহল লাকপা ওইথোক্তে। অদুধু ছাত্র অদুনা সুংশিবিদুনা ব্রজবাবুদা পাউ পীখ্রে। ব্রজবাবু চঙরক্লে,— "হিংগনিদনা?"

"মপূংফানা আশা লৈ।"

য়ুম মনুংলোমদা চংলক্লগা মচানুপীদা হায়রকই, "মাধবী, চিংনরম্বা অদুমক থোক্লে। সুরেন গাড়ীনা তক্লুনা হাসপাতালদা লৈ।"

মাধবীগী হকচাং কয়াৎ শিন্না মতু চুংলক্লে।

"নহাকপু মমিং পন্দুনা ইচেহল হায়না কৌরকই হায়রা করিনো। নহাকপু অনাবা হংবা চৎকন্না?"

মতম অসিদা নাকলগী কাদা প্রমীলানঃ মখোল হৌনা করি করিনো ইস্তূর্লে। মাধবী মাইকৈ অদোমদা চেনখ্রে। ফনা কুইনা লৈরবা তুংদা হল্লক্লগা হায়রকই, "বাবা হংবা চৎপিরক্রো, ঐদি চৎপা ঙম্রোইদৌরি।"

ব্রজবাবুনা নুংঙাইজদবা মওংদা নোককৎ তৌরগা হায়রকই, "মহাক্তি উমংগী শাগুম্বনি, মঙোন্দবু শাওরবা হৌনবা?"

মাধবী রা ঙাংখিদ্রে। অদুনা ব্রজবাবু মতোমদা সুরেন্দ্রবু উমবা লাকই। উমদা মথরায় রাম্না নুংঙাইরমদে, হায়রকই, "সুরেন, নহাকী অহল-লমন্দা পাউ পীখিবা কত্রা ?"

"পাউ পীখ্রে।"

"করিস্থু চিংনকনিঙাই লৈত্রে, মখোয় লাক্লগা কমবা করিনো অমা শিন্দুনা য়েংবা হায়রবত্রুনি।"

ব্রজবাবুনা শেল-থুমগী খন্দুনা হায়রকই, "মক ওইনা ঐঙোন্দা মখোয়গী ঠিকানা পীয়ু, মখোয় সিদা লাকপগী মতাংদা করিগুম্বা মখলগী খুদোংচাদবা অমত্তা থোক্কনবা, মদু শিনখিগে।"

সুরেন্দ্রনা রাকম অসি অদুক হাক্লা ভাব তাক্লদে। হায়রকই, "বাবা লাক্কনি, খুদোংচাদবা করি অমুক লৈগদগে ?"

ব্রজবাবুনা মঘুমদা হল্লক্লগা মাধবীদা রাকম পূন্নমক তৗয়ে।

মদুদগী হৌনা মহাক নুমিৎ খুদিংগী অমুকমুক্তি সুরেন্দ্রবু য়েংবিবা চৎলি। মহাকপু চানখিবা অমা পোকপ্রে।

নোংমা হল্লক্লগা হায়রকই, "মাধবী, নঙনা খল্লখদু তশেংনা চুম্মী, সুরেনগী মপা থোইদোক্লা মরন-মখুম লৈবা মীশক্লি।

মাধবীনা লাংঙক্লনা হংলকই, "কমদৌনা খঙলুরিবনো ?"

"মাগী মপা অচৌবা উকীললনি ; ঙরাং অহিং মহাক থুংলরে।"

মাধবী রা ঙাংদনা লৈখ্রে। মহাকী মপাবুংনা হায়রকই, "সুরেন মঘুমদগী চেল্লকপনি।"

"করিগীনো ?"

ব্রজবাবুনা হায়রকই, "মহাক্কী মপাগা ঙসি রাবী শারকই। মহাক্না রা পূন্নমক ভম্লকই। চহি অসিদা নোংচুপকী বিদ্যালয় অমদগী খ্বাইগী মকোক থোংবা সম্মানগা লোয়ননা সুরেন এম. এ. পাস তৌবদা বিলাত চৎপা পামখি, অদুবু থোইদোক্না অপুনবা অমনা পুবা স্বভাবকী মীনি হায়দুনা মহাক্কী মপানা ইচং থৌনা থাখিবা ঙম্লমদে; অদুনা শাওদুনা চেম্লকখিবনি। নাবা ফবগা মপানা মহাকপু মমুমদা পুপ্লগনি।"

স্বর লিংলৎনা ঈহৌরক্লিবা পী খিংদুনা মাধবীনা হায়রকই, "মদুনা কৈ।"

## তরুক

থা তরুক কারে সুরেন্দ্রনাথ চৎখিবা। মসিগী মনুংদা মাধবীনা অমুকখক্তং মনোরমাদা চিঠি ইখি, মতুদগী ইখিদ্রে।

পূজা মতমদা মনোরমানা মপামদা লাকপদা মাধবীবু ফাদুনা ফমৈ, "মতুঙী মোংদু মেংহাল্লু।"

মাধবীনা নোক্কুনা হায়রকই, "মোং কদায়দগী লোক্লগদগেলে?"

মনোরমাল্লা মহাকী মখদাং পায়দুনা স্বর পান্দুনা খোঙ্গেল শক্লকই—

ঐদি চেম্লক্লিবনি মেংজগে হায়দুনা,
কয়া নিংখিবগে লাইবকচাওবীগী য়োংদো—
মহাকী ভগাংলবা থুয়া-খাহুদা।

"য়োক্লম্বা অহুদি ?"

"কৈদৌঙৈ ?"

মনোরমানা খুইরুম মোমোন তৌহুনা হায়রকই, "নিংশিং-দ্রবা ! নঙদি অমুক খঙলম্লিয়োইনে ?"

মাধবীনা রাক্ষম অহু ভাব ভাবা য়াম্না কুইববনি, অহুনা মাইথোংদু খজিক খজিক মকশিল্লক্লে; অদুম ওইনমক মশাবু ফাথজবগা হায়রকই, "ও—মাগী রাবা ? মহাক মশানা চচ্চংবিনি।"

"অহুক ঙাঙ্ নবা খোঙ অনিদু মানা পাম্বিদব্রা ?"

মাধবী মমাই লৈথোকখ্রে— ব্রা ঙাংদে। মনোরমানা মখুৎনা তরাম্না মমাই লৈশিনবিবগা ফাগী তৌগে তৌষদা উবক্লে, মহাক্কী মমিৎ অনিমক পীনা থুমহৎলম্লে। ঙক্কুনা হায়রকই, "করিনো 'সিদি মাধবী।"

মাধবীনা অমুক খাংবা ঙমদ্রে— মমিক্তা ফিজিনা খুমহুনা কপথোবক্লে।

মনোবমা চঙক্লবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে— মতিক চাবা রাহৈ অমা ফাওবসু থিবা ফংখিদ্রে। ঙাইহাক কপহল্লে। অহুগী মতুংদা নমহুনা মমাইদগী ফিজি চিংথোক্লগা থোইদোক্লা মথরায় রাবা মওংদা হায়রকই, "অচম্বা ফাগী অমা ফাওবা খাংবা ঙমদব্রা ইনাও !"

মাধবীনা মপী তৈথোক্লা হায়রকই, "ঐদি লুখ্রাবীনিনে ইচে !"

অহুগী মতুংদা মখোয় অনিমক তুম্বিন্না লৈ। মখোয় অনিমক মখোল থোক্কুনা কপ্লকই। মনোরমানা কপ্পিংলিবনা মাধবীগী

অরাবদা— মহাক লুপ্তাবীনি হায়দুনা। অদুবু মাধবীগীদি অতোপ্পা মরম লৈ। খঙদবদগী মনোরমানা হৌজিক্তা ফাগী তৌখি, 'নঙদি অমুক খঙলরিরোইনে'— মাধবীনা মদুমক খল্লম্মী। রাকম অসি থোইদোক্লা অচুম্বনি, মদু মহাক্লা খঙজে।

ফনা কুইনা লৈরবা তুংদা মনোরমানা হায়রকই, "থবক্তু অদুম ওইবমক অফবদি নত্তে।"

"করম্বা থবক্নো।"

"মদুবু অমুক হায়নখিবা তারিব্রা ইনাও? পুম্নমক ঐ ভাব তারে।"

থা তরুক চুপ্পসি মাধবীনা থরায় খুবাক্তা হাপতুনা লোচ্চ-রক্লিবা রাকমদু মনোরমাগী মফমদা অমুক লোৎলুবা চমখিদ্রে। খঙগ্রবদা মমাই খুমদুনা কপ্লকই, অঙাং অচৌবগী মতাগুম কপ্লকই।

মমৈথংদা মনোরমানা হায়রকই,"অদুবু, চৎথ্রিবা করিগীনো?"

"ঐনা চৎলো হায়খি।"

"য়াম্মা ফরবনি— লৌশিং-চাওবী ওইনা থবক তৌগ্রবনি।"

মনোরমানা খঙলে, মনোরমানা করিমত্তা ভাব তাদে— অদুনা অমমম ওইনা রা পুম্নমক ভাব তানবা তম্লকই। অদুগী মতুংদা হায়রকই, "অদুবু মহাক করিগুম্বা হিংলমদবা থোক্লবদি ঙাওদুনা চৎলম্বা য়াই।"

মনোরমানা মপুক্লিংদা হায়জরকই, হৌজিকসু মদুদগী হম্বিরিবদি কদায়?

নুমিৎ অতুদা মথৱায় য়াম্না নুংঙাইতনা মহাক ময়ুমদা চৎখি। অহিং অতুদা চে-কলম পুথোক্লুনা মপুৱোইবদা চিঠি ইরকই—

নহাক্না হায়খিবতু অচুম্বনি— নুপীবু থাজকনিংঙাই লৈতে। ঐস্ন ঙসি মতুমক হায়রিবসিনি, কবিগীনো হায়বদা, মাধবীনা ঐঙোন্দা তম্বিবে। ঐনা মহাকপু অঙাং ওইবিভৈদগী খঙলকই, অতুনা মঙোন্দা দোষ পীকলা পামদে, থৌনাস্ন লৈতে; নুপী-জাতি পূন্নমকপু দোষ পীনিংই — বিধাতাদা দোষ পীনিংই— মহাকপু কবিগীদমক অস্নুক হায়না থোৎ-নৌহল্লিবনো, ঈশিংগী মতৌগুম্না অবাংবা পোৎনা নুপীগী থম্মোয় শেম্নল্লিবনো? নুংশিবা অস্নুক হাক্না হৈজিন্দ্না থম্মোয অসি কনানা শাবল্লিবনো? মহাক্কী খুযাখাদা খুরুমজবি, থম্মোয়শিং অসি খবমখৈ কনশিন্না শাবিনবা। অতুগা মহাক্কী খুয়াখাদা খুরুমজবি, খুযা-খা অতুদা ইকোক থমজতুনা মাইথোং অতু য়েংজতুনা শিবা ফংজননবা। মাধবীবু উবদা য়াম্না কীজৈ,— মহাক্না ঐগী মপোক অসিগী রাখল্লোন মথক-মখা ওলহনখিগদ্রা হায়বগী। ঐবু কাহেম্না থাজবিরুম্নু—থুনা লাক্লুনা লৌবিরয়ো।

মহাক্কী মপুৱোইবনা চিঠি ইরকই—

শক ফজবা মহাক অতুনা ফজবা অতু উৎথোক্কদবমক্লি। মগুণ লৈবা মহাক অতুনা মগুণ অতু উৎথোক্কদবমক্লি। থম্মোয়দা নুংশিবা চেনবা, নুংশিবা হৈবা মহাক্না নুংশিগদবমক্লি। মাধবী কৌবী উরীনা রস চেনবা উদা য়েৎচৈ, মসি জগৎকী চৎনবীনি— নঙ ঐনা করি তৌরুবা ঙমগদগে? নহাকপু ঐনা য়াম্না থাজৈ— মতুগীদমক চিন্তা তৌরুম্নু।

মনোরমানা মপুরোইবগী চিঠি মকোক্তা হাপকংলগা মহাক্কী খুযা-থম্বালবু মপুক্লিংদা থাগোন্নহুনা খুরুম্লগা ইরকই— মাধবী মাইহিং-কারবীনি,—লুখ্রাবীনা তৌবা যাদবা অহু মহাক্লা তৌরে। থম্মোয়দা অতোপ্পা মীশক অমবু নুংশিরুবে !

চিঠি ফংবদা মনোরমাগী মপুরোইবনা নোক্লম্মী। অহুগী মতুংদা ফাগী তৌহুনা ইবকই,— মাধবী মাইহিং কারবীনি। অহুদা অমুক চিংনরুনিংঙাই লৈত্রে, করিগীনো হায়ববু লুখ্রাবী ওইবগা অতোপ্পা মীশক অমবু নুংশিরুবে। নখোয়গী শাওফম থোকপা রানি— লুখ্রাবী ওইরগা করিগীনো মহাক্লা মপুরোইবা লৈবী নখোয়গী অধিকারদা খুৎ থিংজিল্লক্লিবা ! ঐনা হিংলিব-মখৈদি নহাক্লা চিন্তা তৌরুনিংঙাই করিমত্তা লৈতে, অসিগুম্বা খুদোংচাবসি করিগুম্বা মওংদম্থ নাম্থোকহল্লোইদবনি। অহাংবা চৈংক অহুখক্তুগী মনুংদা য়াম্না নুংঙাইনা অতোপ্পা মীশক অমবু নপুরিংদা নুংশিয়ু। অহুবু, করিনো খঙব্রা মনোরমা, নহাক্লা ঐবু ঙকহনবা ঙম্লোই, ঐনা উরী অমা অমুক্তি উখি, মহু ক্রোশ মখায় অমা লৈবাক্তা শিরুম-নারুম মরি চংলম্লগা মমৈথংদ! উ অমদা য়েংতুনা কাখি। হৌজিক্তি মহুদা মনা কয়া, লৈ-চবো কয় পাল্লে ! নহাক্লা মক্ম অসিদা লাক্লবা মতম অহুদা ঐখোয় অনি মগ্ধ য়েংবা চংলুসি।

মনোরমানা শাওহুনা মঙোন্দা পাউখুম পীখিদ্রে।

অহুবু মাধবীগী মাইথোংদদি মাইহিং কাপ্রে, নোকমিবা মাইথোংহু হাইফেৎ শকফম হঙ্জিনরে। থবক-ইশ্বাংদা অহুগুম্বা

ম্লেংশিনবগী লৈরে— খরমখৈ কোকখোকপগী মওং ওইত্রে। ময়াম্বু সুনা তৌমিন্নিবা, অমত্তা ওইমিংবগী অপাম্বা অদুম লৈরি, খোইনদুম হেনগৎত্রে— অদুবু থবক পূন্নমক অদু হায়গুম অমুক নিংশিংখিদ্রে— ময়ক মরক্তা কাউথোকই।

হৌজিকস্তু ময়াম্না 'ইচেহল' হায়না কৌই, হৌজিকস্তু ময়াম্না কল্পতরু অদুগী মাইকৈদা ম্লেংদুনা লৈ, মখুৎ তিংথোকই, অথুম্বা ঊহৈ কংই; অদুবু পাম্বী অম্নদি হায়গুম অমুক মহাও চেন্না মঙাল লৈরে। মতম কুইনা লৈয়রুবা মীশিংনা ময়ক মরক্তা চিংনবা পোক্লকই— তুংদা কংখিগনা হায়বগী।

মনোরমা কুংতিগী লাকই, অতোপ অতোপ্পা রায়ী শারৈ— শুমগী রা অদুদদি পম্নখিদ্রে। মাধবী মখরায় নুংঙাইজদে হায়দা অদু মনোরমানা খঙবা ঙম্মী। অদুগা অসিগুম্বা রাকমশিংদা থম্ন-লৈনবা রারিবমখৈ থাদোকপনা হেন্না কৈ। ময়াইবক খিরবী অসিনা করিগুম্বা কাওথোকচবা ঙমদি হায়বা রাকম অসিবু মনোরমানা খঙ্গী।

সুরেন্দ্রনাথ করদুনা মপাগা লোয়ননা মযুমদা হনগ্রে। মমা অতোম্বীনা কুপশেন শেন্নমিনদু খরমখৈ কোমখোকপা হৌরক্লে, অদুনা সুরেন্দ্র খরমখৈ মশা রাই-শংজরে, অদুবু মশাদি মপূংকানা কপৎত্রি— নুংদা চৈমাখোল খরা কাওবি। শক অমদি মখোক কারকপগী অয়াম-খৌরাংবা হৌজিক কাওবা মহাক্তী থম্মোয়দা পোলন্ত্রি,— পূন্নমক অদু মহাক্না খঙলদে। মহৌশাগী মতৌগুম হৌজিকস্তু রাখল অমদা ভাওদুনা লৈ, অদুবু হান্নগী মতৌগুম

মতুম্না মপুক্কিং পেল্লবদু ড়ুম্নম্লে, থ্নক খুদিংমক্তা অশোম্ন-মুঙাম্ন উবা কংরগুম্মী ; মশোম্নদো ঈশ্না নৈতে। মহাকী মরা অক্তাবীনা উব-তাবদা হান্নমম্মী, "সুম্নো হন্দক-মমকসি হান্নগুমম্মে।"

মবক অদুদা নোংম্না মহাক লাইহৌ হৌরম্মী। য়াম্না রারম্মী ; মমিত্তগী পী শিম্নরম্মী। মমা অতোম্বী মনাক্তা কমদুনা লৈরম্মী, মহাক্তু অনৌবা পোৎ অমা উরম্মী। মিংকুপকী মনুংদা মহাক্কী মমিত্তগীসু পী শিম্নরকই, অরাম্না তৌম্লনা মহাকী মপী তৈপ্নোকপীরগা হান্নরকই, "ম্নুরে, করিম্নীনো হৈবুংঙো ?"

সুরেন্দ্র তুম্মিম্না লৈ। অদুগী মতুংদা পোস্টকার্ড অমা তান্দুনা লৌরগা খোটঙ্গিং-খোইয়াংকা মরেক্না ঈরকই— ইচেহল, ঐ লাইহৌ হৌরে, য়াম্না রাবে।

চিঠি অদু ডাকঘর য়ৌখিরে। অহানবদা কমুংদগী কম্মাংদা তাখি. অদুগী মতুংদা ইকু রাইশিংপা চংলকপা মহাক অদুনা বেদানাগী মকু বিস্কুট মচেৎ, অঙ্গুরগী মকু অমসুং চিঠি অদুগা পূল্লপ্না শিস্তোক্লগা মপালদা হন্দোকপ্রে,— সুরেন্দ্রনাথকী মথন্নায়গী পামজবদু উঙ্কুল থাংদুনা নুংশিত্তা পায়দুনা অয়াকপা নুংশা থাংদুনা মমৈথংদা চিগোংলে মখোঙদা তাদুনা লৈম্নে।

অহানবদা মহাক্না মুত্তিগী মশক্ক ওইরবা পাউথুমগী আশাদা চাইরকই, মদুগী মথাদা মহি মম্না— অদুবু নুমিৎ করাম্নি হৌম্নে, করিমত্তা লাক্রে। অসুম অসুম মহাক্কী লাইহৌসু কোক্ক্রে— অনাবগী চিন্নাক চাদুনা কোগৎতুনা কম্নে।

অহুগী ম্রতুংদা মহাক্কী পুন্সিদা অনৌরা থৌদোক অমা থোক্লরে। থৌদোক্ক অনৌবস্মু ওইসনু, অহুবু থোক্লইদোক্লো মহৌশাক্লী ওইবনি। সুরেন্দ্রগী মপাবুং রায় মহাশয়না ওসি মতম কুইনগী মমাংদগী খঙলক্লবনি অমসুং আশা তৌরক্লবনি। সুরেন্দ্রগী মমা পোকপা মধৌ পাবনা জিলাগী ময়াই ওইরা থাক্কী জমিদার ওইরম্মী। খুঙ্গং কুনমরি-কুনমঙাগী জমিদারিনি; চহিগী আয় চাওরাক্লা লুপা লিশিং নিফু-য়াঙ্খে ওইগনি। অমরোমদা মহাক মচা পোক্কে, খরচা-নুংশা মহৌশানা য়ামদে, মহুদা মহাক্কি মমিং লৈবা অরিকপা মীশক অমনি। অহুনা মাগী শাংলবা পুন্সিদা সন য়াম্না তানশিল্লম্বা ঙমখি। মহাক লৈখিদ্রবা মতমদা সম্পত্তি পুম্নমক অহু মহাক্কী অমম্বা ড্রাইরবা মঙনুপা সুরেন্দ্রনা কংহৌগনি, রায় মহাশয়না মসি তশেংনা খঙলম্মী। খুদক্তা মচানুপাবু পুহুনা পাবনাদা যাত্রা তৌরম্মী। অহুবু খুংনুঙ্গিতৈগী ময়াংদা মকু-ইবুংঙো নোঙ্গাখি।

য়াম্না চাওনা শিন্দুনা শ্রাদ্ধ-শান্তি লোইপ্লে। লীপূন চেংলবা জমিদারিদা অমুক হেন্না লীপূন চেংশিনপ্লে। মবুদ্ধি-মরৌশিং মপৃংফানা লৈরবা উকীল অরিবা রায়মহাশয়গী লীপূন চেংপা থৌরাংদসু প্রজাশিং হাহাকার লাওমপ্লে।

হৌজিক সুরেন্দ্র জুহোংবিবা দরকার ওই। ঘটক্লা হৈবং-হন্দা চংপদা খুঙ্গং 'পূম্বা চয়াংনপ্লে। ক্রোশ য়াম্খৈগী মনুংদা খাইদগী মথক ফজবী লৈশাবী অমা লৈবা ফম অহুদা ঘটক্কী কাংবু তোইনা তোইনা কুয়া-উফুল তাহল্লদুনা মমা-মপাবু পেলহন্নবা অমসুং আশা লৈহন্নবা হোৎনরকই— মতৌ অম্মা থা অনি, থা তরুক হৌপ্লে।

মমৈথংদা মমা অতোম্বী লাক্লে, মহাক্কী লাপ্লববা মরিগী কনানো অমা লৈ, মহাকস্থ লাকই— মরূপ-মপাংশিংনা য়ুম থনখ্রে।

অহুগী মতুংদা নোংমা অয়ুক্তা শহনাই খোংহুনা, ঢোল কম্না খিন্দুনা, কাংসিগী মখোলনা খুঙ্গং 'পৃম্বা নিলহন্দুনা স্বরেন্দ্রনাথ লুহোংলগা হল্লকই।

# তরেৎ

চাওরাক্লা চহি মঙা হৌখ্রে। রায়মহাশয়স্থ অমুক লৈত্রে, ব্রজবাজ লাহিড়ীস্থ নোঙ্গাখ্রে। সুখেন্দ্রনী মমা অতোম্বী নোঙ্গাখ্রবা মপুরোইবনা পীবিরম্বা সম্পত্তি অমস্থং শেল-থুম পুন্নমক পুহনা মপামদা লৈখ্রে। হন্দক-মরক স্বরেন্দ্রনাথনী অকবা মিংচৎ কংবগুম কত্তবা মিংচৎস্থ কংই। মী কাংলুপ অমনা হায়, অসিগুম্বা মরূপ নিংবা, মপুকচেল চাওবা, থম্মোয় চম্বা, মরূপ-মপাং য়োকপিবা জমিদার অতোপ্পা অমা লৈতে। অতোপ্পা কাংবুনা হায়, অসিগুম্বা মীওৎ-মীনৈ কনবা জমিদার লমদম অসিদা কৈদৌঙৈদস্থ পোকখিদ্রি।

ঐখোয়না খঙই, রাকম অনি অসিমক চুম্মী। অহান্নবগীসিনা স্বরেন্দ্রনাথকী ওইনা অচুম্বনি, অনিগুম্বা অসিনা মহাক্কী মেমেজর মথুরনাথবাবুগী ওইনা অচুম্বনি।

সুরেন্দ্রনাথকী ড্রোইংরুমদা হন্দক-মরক ভাওজব পাম্বা কাংবু অমা তত্তনা ফম্লরি। মখোয়না য়াম্না মুংঙাইনা সংসাবগী অপাম্বা খিবিক ফংহুনা পেঞ্জবি। ক্বা, হিদাক, মু, শা—কদিগুম্বা অমত্তগী মখোয়না চিন্তা তৌরুগদনা লৈতে। পাম্মু হায়রুগদবসু নত্তে—অহুম মমাংদা পৈবে।

মেনেজর মথুরনাথনা মহুদা ইচং য়াম্না থৌবম্মী। খবচ তৌবদা মহাক্না অবৈবা খুৎ থাবম্মী। অহুবু, মহুগী নমক জমিদারদা অমাং-অতা লৈতে; মহাক্না শাসনগী গুণনা প্রজাশিংনা খরচ অত্ত পুবম্মী। মথুববাবুগী মফমদা পেস অমা ফাওবা রাৎনা কবিনা পীনবা উপায় লৈতে। যুম মৈ থাবদা, ইস্কোলদগী ডাক্তোকপদা, জমিদারি-ওফিসকী অপিকপা অমম্বা কাদা ফাভিন্নুনা থম্বদা মহাক্কী থৌনা অমদি ইচং থৌবগী ভমখৈ লৈতে।

প্রজাগী থম্মোয় শোকপা মিৎকপ-মীবাওখোল মবক-মৎক্তা শান্তি দেবীগী নাকোং য়ৌরকই। মহাক্না মপুরোইবদা রাকৎতুনা হায়, "নহাক নশানা জমিদারি য়েংশিনবিদ্রবদি ভন্না মৈ চাক্তুনা মাংথ্রগনি।"

সুরেন্দ্রনাথ মিৎকপ খোরকপগুম্মী— "অহুনিনে, অহুনিনে. হায়রিবা পূন্নমক অসিবু অচুম্ববা?"

"অচুম্বা নত্তবা! থিনা ভাংনবনা লৈবাক শিনথ্রবনি—নহাক্কী নাকোংদদনি অসিগুম্বা রাসি য়ৌবক্তবা। পুং কুনমবি মরুপ-মপাংশিংগা ফম্মিন্নহুনা লৈখোক্লগা কদাযদগী তাবগদগে? অসিগুম্বা মেনেজবগী দরকার লৈতে, মেনেজর তাম্বোকখ্রা।"

সুবেন্দ্রনা মথরাব নুংঙাইতদুনা, ঈকাইবা নংদুনা হায়খকই, "হয়েংদগী ঐ ইশানা পুয়নক যেংশিনগনি।"

অদুগী মতুংদা নুমিৎ খবনি জমিদাবি য়ে শিল্লকই। মথুরনাথ তৌফম খঙলক্রে, শকফম হজিন্দুনা মতম অদুদা হায়, "সুরেনবাবু, তথুম্না তৌববদি জমিদাবি কনবা ঙমখিগদ্রা?"

সুবেন্দ্রনাথনা কংনোক নোক্তুনা হায়, "লাইববগী ঈ চুপ্পা অসিবু জমিদাবিগী থবক্না মথুবব বু?"

"অদুদি ঐবু বিদায় পী বা, ঐ চচ্চগ্রগে।"

সুবেন্দ্রনাথ অদুম হেক্তা মপুন্নিং থোংলকই। অদুগী মতুংদা চংলক্লিবদু অদুম চংথৈ। সুরেন্দ্রনাথ ড্রোই কুমদগী মপালদা অমুক থোক্তে।

হন্দক্তা অমুক অনৌবা তমথীবা উপদ্রব অমা থুংলবে। বাগানগী যুমশাবা লোইবে অমসুং মদুদা একলোকেশী হায়ব্রা কবিনো নুপা অমা কলিকাতাদগী লাক্লে। জগোইশাবা ঈশৈ শকপা য়াম্না কল্লি, য়েংব-তাবদসু হন্থবা নত্তে। কাযদুনা চেন্নববা খোইহি মীহৌবা খোইগী মতৌগুম ড্রাইংকম থাদোক্তুনা সঙ্কু ওইনা ডাওজবা পাম্বা কাংবুদু মাইকৈ অদোমদা পাইশিন্নব্রে। মখোয়গী নুংঙাইবা অমসুং হৈনিংবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে; সুরেন্দ্রনাথবুসু মখোয়না মাইকৈ অদোমদা চিংদুনা পুখ্রে।

ঙসি নুমিৎ হুম্নি শুবে— শান্তিনা মপুরোইবগী মশক উবা ফংলক্রিবা। মবিনিশুবা নুমিৎতা মপুরোইববু ফংজবদা থোঙদা মতুং ওঙ্থোক্তুনা হায়ববকই, "নহালমখৈ কদায়দা লৈবিরুবপে?"

"বাগানগী য়ুনদা।"

"মক্ষম অহুদা কনা লৈহনা নুমিৎ হুম্নি চুপ্পা লৈবিরুরিবনো ?"

"অহুনিনে—"

"রা খুদি মক্তা অহুনিনে! ঐ পুন্নমক তারবনি—" ঙাংনা ঙানা শান্তি কপথোরক্লে—"ঐনা ইবাল কবি লংশিনখ্রবগে, অস্নুম্না ঐবু খোঙগাওনবিবিবদি ?"

"কদায়. মহুদি ঐ—"

"কমদোনা অমুক খোঙগাওনবিখিগদোবিবনো? মসিদগী হেনবা ঈকাইনিঙাই ঐখোয়গী অতোপ্পা কবি লৈবিবগে ?"

"অহুনিনে, অহুনা মখোয় ময়াম্না—"

শান্তিনা রা অসি তাদবগুম্মী। অমুকস্নু কপতুনা হায়রকই, "নহাক্তি ইপুরোইবনি, ঐগীদি ঈশ্বরনি! ঐগী মীবম্লেন! ঐগী লাইবম্লেন! ঐনা নহাকপু খঙদবদোনা! ঐ খঙজে, ঐসে নহাক্কী কনাস্নু নত্তে, নোংমতং ফাওবা নহাক্কী থম্মোয় ফংজবা ঙমদে। মেচাক অসি নঙোন্দা হায়নখিগদবা! তুংদা নহাক ঈকাইখিগদ্রা, তুংদা নহাক নুংঙাইখিরোইদ্রা খন্দুনা করিগুম্বা রা অমত্তা ঙাংদবনি।"

"শান্তি, কপ্লিব কবিগীনো ?"

"কৈদোবগী কপ্লিবা। ঈশ্বরনা খঙলিগনি। মসিস্নু খঙই, নহাক্না থিনা তৌবিদে— নহাক্কী থম্মোয়দা মৈচাক অমা ফুম্লি— নহাক্না কবি অমুক তৌগদগে ?" অহুগী মতুংদা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "ঐনা পুন্সি চুপ্পা মৈশা লাংজববস্নু মহুদা অমাংবা লৈতে, অহুবু নহাক্কী অরাবা কবি লৈবগে হায়বা খঙজবা ঙম্লবদি—"

সুবেক্লনা মহাকপ্ মনাক্তা চিংশিল্লগা মখুৎমরা মহাক্কী মপী তৈথোকপিলগা ন্তু শিবিবগা লোয়ননা হাযবকই, "মহু ওইৎবদি কদি তৌগদগে, শান্তি?"

ব অসিগী পাউখুম কধি অমুক লৈবিবগে? শান্তি হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে।

যাম্না কুইনা লৈববা তুংদা শান্তিনা হাযবকই, "নহাক্কী হকচা স্তু হন্দক-মবকসি নুঙাইনা উদে।"

"ঙসিদা নবিগীনা, চহি মঙাদগীনি। নুমিং অহুদা কলকাতাদা গাডীনা তক্কুনা থবাক্তা নাকচেৎতা শোক্কুনা থ অমা ফমুংদা হিপতুনা লৈখিবা অহুদগী হৌনা হকচাং নুংঙাইবক্রুবনি। চৈনাখোল অহু কোকপা মবৈখিদ্রে, মরক মরক্তা ইশামক ঙকচবিবনি, কমদৌনা হিংদুনা লৈরিবনো হায়বসি।"

শান্তিনা থ্না য়াংনা মপুবোইবগী থবাক্তা মথুৎনা পায়হুনা হায়বকই, "চৎসি, লম অসি থাদোক্কুনা ঐখোয় কলকাতাদা চৎথ্রসি, মফম অহুদা অফবা ডাক্তর লৈ—"

খঙহৌদনা স্তুবেক্ল মপুক্লিং মকালাগ্লক্লে— "মহুদা চংলসি। মফম অহুদা ইচেহলস্তু লৈ।"

শান্তিনা হায়রকই, "নহাক্কী ইচেহলহু ঐস্তু য়াম্না উনিংই, মাবু পুবক্কনিদনা?"

"কৈদৌনা পুবক্কনি!" অহুগী মতুংদা হাইফেৎ খল্লগা হায়রকই, "শোয়দনা লাক্কনি, ঐ শিগদৌবে তারগবুদি—"

শান্তিনা মহাক্কী মচিন মেল্লকই—"নখোঙদা তুজরি, অদুগুম্না ব্লাহু পনবিগনু।"

"আঃ, মহাক লাক্লবদি ঐগী অরাবা করিমত্তা লৈরোই।"

রাবোৎজবনা শান্তিগী থম্মোয় ফুনগৎলক্লে। হৌজিক্তা হায়খিবনি, মহাক মপুরোইবগী কনাস্থ নত্তে। অদুম ওইনমক সুরেন্দ্রনা অদুক হাক্লা ভাব তারুদে, অদুক হাক্লা উরুদে, মশাগী রাহুদা য়াম্না হরাওজে,— হায়রকই, "নঙ নশামক চৎতুনা ইচেহলবু কৌরুহুনা, কপ্লি হায়বগে ?"

শান্তিনা মঙক নোমহুনা য়ানিংবা উৎলকই।

"মহাক লাক্লবদি ঐগী অরাবা অমত্তা লৈত্রে হায়বা উবা ফংগনি।"

শান্তিগী মিৎলুদগী পী নাম্থরক্লে।

মথংগী নুমিত্তা মহাক্লা মীনাই নুপীবু মথুববাবুদা পাউ পীহনখ্রে, বাগানগী য়ুমদা পুরক্তুনা থম্লিবা মহাক অদু হৌজিকমক তাম্থোকখিত্রবদি মহাকপু অমুক হন্না মেনেজরগী থবক তৌহল্লবোই। মপুরোইববু থিংদুনা হায়রকই, "অদুগা ওইনিংবা ওইজসন্নু, নহাক য়ুমদগী মপাল থোক্লবদি ঐগী লাইবক অসি ঈহিং-নাহিং শানা শুগায়দুনা শিজগনি।"

"অদুনিনে, অদুবু মখোয়না—"

"ঐনা 'অদুবু' গী শিনগনি।" হায়রগা শান্তিনা মীনাই নুপীদা অমুক হন্না য়াথং পীখ্রে— "চৌকিদারদা হায়রুচো, ওক্তবশিংদু ঐগী য়ুমদা চংলকপা ঙমদনবা !"

খুদোংচাবা অমুক উত্রদুনা মথুরবাবুনা এলোকেশীবু বিদায় পীখ্রে। ঙাওজবা পাম্বা কাংবুদুশু মকায় মকায় কায়নখ্রে। অদুগী

মতুংদা মহাক শক্তি শিজিন্নহুনা জমিদারি য়েংশিনবদা মপুক্নিং চংখ্রে।

সুরেন্দ্রনাথকী হন্দক কলিকাতাদা চৎপগী রাকমহু তোকখ্রে; থবাক্কী অনাবহু থোইদোক্না খরা হন্থরবগুম নিংলে। শাগ্নিগীসু কলিকাতাদা চৎপগী অহুক হাক্না হৈনিংলুবা লৈতে। মফম অসিদা লৈহুনা ঙম্লিবমখে মহাক্না মপুরোইবগী সেবাগী থৌরাং তৌরকই। কলিকাতাদগী খঙ-হৈবা ডাক্তর অমা কৌহুনা য়েংহল্লে। খঙ-হৈরবা লায়েংবহুনা পুন্নমক য়েংলগা তারগা হিদাক থারম্লে, অমসুং মরু ওইনা থবাক্কী অনাবগী ফিভম অসিদা পাঙ্গল শিজিন্নবা নত্রগা মাথা শিজিন্নবা থবক তৌবা ফত্তে হায়না চেকশিলহল্লম্লে।

তাঞ্জা খঙলহুনা মেনেজরবাবুনা থবক য়েংলক্লিবা অহুম্না অহুম য়েংশিল্লি, মহুদা খুঙ্গং খুঙ্গংদা হাহাকার শরুক অনি হেনগৎলক্লে। শান্তিনা মরক মরক্তা তারম্মী, অহুবু মপুরোইবদা খঙহল্লুনবা মথৌনা ফরুবা ঙম্লমদে।

## নিপাল

কলিকাতাগী য়ুমদা ব্রজবাবুগী মহুৎতা শিবচন্দ্রনা য়ুম্বুরেন ওইরে। মাধবীগী মহুৎতা মৌ অনৌবীনা হৌজিক্তি য়ুম্বুরেনবীনি। মাধবী হৌজিকসু সিদা লৈরি। অহুনা শিবচন্দ্রনা লুনা-চান্না তৌই, অহুবু মাধবী মফমসিদা লৈনিংবগী অপাম্বা অমুক লৈত্রে। য়ুমগী মীনাই নুপা-নুপী, কর্ম্মচারী, গোমস্তানা হৌজিকসু 'ইচেহল'

কৌবি, অদুবু মযাম্মক্না খঙই, অতোপ্পা মী অমগী মখুত্তা হৌজিক উপুগী শো শিন্নখ্রে। মদুনি হাযদুনা শিবচন্দ্রগী নুপীনা মাধবীবু থৌওইদবা নত্রগা ঈকাই-খুম্নদবদি নত্তে, অদুবু মহাক্না অসিগুম্বা ভাব উৎলি, মদুদা মাধবীনা মুন্না খঙজবা ঙম্লম্মী মদুদি, অনৌবী নুপী অসিগী অয়াবা বা যাওদনা থবক খুদিংমক তৌবা হৌডি ক্তি মঙোন্দা ফজদবা ওইনা থোক্লবে।

মতম অদুদদি মপাবুংগী মকম থুপ্লম্বনি, হৌজিক্তি মবুংগী মকম থুপ্পা তারে। মবম অদুনা খেন্নবা খবা লৈবে। হান্নদি লুনা তৌবিবা ফংলম্মী, খুশি তৌবা যাবম্মী,—হৌজিক্তি লুনা তৌবিবদি ফংলি, অদুবু খুশি তৌবদি যাদ্রে। মপানা লুনা তৌবিবদা নহান্না পূম্নমক্কী মপু ওইবম্মী, অদুবু হৌজিক্তি মবি-মতাগী কাংলুপ্তা চিংখ্রে।

হৌজিক কবিগুম্বা কনাগুম্বনা হাযবা যাই, ঐনা শিবচন্দ্রবু নত্রগা মহাক্কী নুপীবু দোষ পীরিবনি, চুমদ্রিংনা হাযদনা নাকোইননা নিন্দা তৌবিবনি, মদু ওইববদি মখোয়না ঐবু লান্না লৌবে। সংসারগী চৎনবিবা নিযম, ঙসি ফাওবা চৎনবক্লিবা রীতি-নীতি অদুমক ঐনা পঞ্চবদনি। মাধবী লাইবক থিন্নবগুম্মী, ঙসি মহাক্কীনি হাযনিংঙাই মফম লৈত্রে, মদুনি হাযদুনা মশাগী দখল থাদোক্কদোবিবা কবিগীনো ? মপুবোইবগী পোৎতা নুপীগী অধিকাব লৈ, রাফম অসি খঙদবা কনা লৈগদগে ? শিবচন্দ্রগী নুপীদনা শুপ্নগী রা অসি খঙদব্রা ? শিবচন্দ্র মাধবীগী মবুং ওইসনু, অদুবু মহাক মাধবীগী কনানো ? অতোপ্পগীদমক মহাক্না মশাগী অধিকার থাদোক্কদোৱিবা করিগীনো ? মাধবীনা পূম্নমক ভাব তাই। মৌনা

অঙাং ওইরিঙৈ মতম অদুদদি ব্রজবাবু হিংলি, মতম অদুদদি মাধবীগী মফমদা প্রমীলাগা মহাক্কা খেন্নবা লৈবমদে। হৌজিক্তি খেন্নবা রাক্ষম কয়া লৈরে। মহাক মতম চুপ্পদা রারো চাওরকই, অদুনা মহাক খ্বাইগী মীখা পোন্না লৈরকপনি। মীরা মীশা খাংবা ওম্বগী পাঙ্গল লৈজদে, অদুনা মহাক মীরা ভাদে। মাগী পাঙ্গল থোকউবা য়াদবা মফম অদুদা মওক থাঙ্গৎতুনা লেপ্পুবদা মওক কেনখিগদবগুম্মী। মপুক্কিং নুংঙাইত্রগা তুম্মিন্না থেদোক্কুনা হেক্তা চৎখি,—শিবনাথদা কয়িমত্তা হায়রুদে। চানবিবা টৎপা মহাক্কী স্বভাবকী রাংমদনি, অদুনা মরি-মতাগী লৌনম শিজিন্নদুনা অধিকাব ভাক্কুবা হোৎনবা মহাক্কী হকচাংদা থম্মোয়দা তুকচ্চনা থোকই। অচম্বা নুপী-নহাগী মতৌগুম খৎন-চৈনবা মহাক্কা কয়াগী মতিক হঙ্গোইজবগে হায়বা মহাক্কনা খণই।

নোংমা শিবচন্দ্র কৌশিল্লগা হায়রকই, "দাদা, ঐ মুপাময়ুমদা চৎলগনি।"

শিবচন্দ্র চঙক্লগ্রে।— "মদু করি রানো মাধবী, মফম অদুদদি কনাম্নু লৈত্রে!"

মাধবীনা নোঙ্গাগ্রবা মপুরোইববু নিংশিংলগা হায়রকই, "অঙাং ওইরিবা ইয়ামুপাদু ইচলমুপীগী মনাক্তা লৈ, মাবু লৌরুরগা ঐ গোলাগাঁদা নুংঙাইদা লৈরুবা যাগনি।"

পাবনা জিলাগী গোলাগাঁদা মাধবীগী মুপামযুম্নি। শিবচন্দ্রনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই, "মদু হেক্তা য়াত্রা, মফম অদুদা মহাক য়াম্না রারুগনি।"

কৈদৌনা ৱাকৃগদগে দাদা ? য়ুমদু হৌজিকস্মু কিম্হখিদ্রি। মৌ শিংস্মু বিঘা মঙামা-তরামা লৈ, লুখ্রাবী অমগীবু মহুনা চৎনবা য়াবোইদ্রনে ?"

"চৎনবা য়াব-যাদবগী ৱা নত্তে। শেলগী ৱাকনিংঙাই লৈতে, অদুবু নহাক য়াম্না ৱাকৃগনিনে মাধবী।"

"ৱাকৃগদবা করিস্মু লৈতে।"

শিবচন্দ্রনা খরা খন্তরগা হাযবকই, "কৈদৌবগী চৎকদৌবিবনো ইবুংগী ইবেম্মা ? ঐঙোন্দা অমত্তা লোৎতনা তম্মু তাসি, ঐনা লোইনবা ফনবা শিনগনি।"

মসিগী মমাংদা শিবচন্দ্রনা মাগী নুপীগী মফমদগী মচলনুপীগী মায়োক্তা কবিগুম্বা খবা তাখিরম্বা য়াই। থোইদোক্না মহু নিংশিংলকুম্বা য়াই।

ঈকাইবনা মাধবীগী মাইথোং শিন্না ঙাংলক্লে। মহাক্না হায়রকই, "দাদা, ঐবু খৎনরগা নহাকী য়ুমসি থাদোক্লুনা চৎখিগনি হায়না খনবিব্রা ?"

শিবচন্দ্র ৱান্না ঈকাইরে। থুদক্তা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, মহু নত্তে। ঐ মহু হায়দে, অদুবু য়ুম অস্রিদি মতম চুপ্পদা নহাকীনি, অদুদি ঙসি করিগীনো চৎখিবা পাম্লিবা ?"

ইখঙ খঙ্ঙহৌদনা মখোয় অনিমক্না নুংশি-মশক ওইরম্বা মপাবুংগী ৱা নিংশিংলক্লে। মখোয় অনিমকী মমিত্তা ঈরা চেল্লকপা উই। মপী তৈথোক্লগা মাধবীনা হায়রকই, "অমুক লাকনি। ঐগী ইয়ানুপা লুগুণ থাংবা মতম অদুদা ঐবু লৌবিরো, দাদা। হৌজিক্তি চৎখ্রগে।"

"মহুন্দি চহি মাপল-তরা রাৎলি।

"করিগুম্বা হিংহুনা লৈরবদি লাক্কনি।"

কবিগুম্বা মওংদসু মাধবী মকম অসিদা লৈমু হায়বা য়াম্রে, চৎননবগী থোরাং তৌরক্লে। মৌ অনৌবীদা ইমুং কুপ্না শিন্নখ্রে, মীনাই নুপা-নুপীশিং কৌশিল্লগা আশীর্বাদ তৌবিখ্রে। অবোইবা নুমিৎ অহুদা শিবচন্দ্রনা মিৎলুদা পীবাংনা থম্না মচলনুপীগী মনাক্তা লাক্লগা হায়রকই, "মাধবী, নবুং ঐনদি ইচলদা কবিগুম্বা নুমিত্তসু করিমত্তা হায়খিদেদনা?"

মাধবী নোক্লকই, হায়রকই, "মহুখু করি রানো দাদা?"

"মহু নত্তে; করিগুম্বা ফত্তবা পুংফমদা, করিগুম্বা নুমিৎতা চিনসিদগী চেকশিলহৌদহুনা করিগুবা খবা—"

"নত্তে দাদা, মহু পূম্নমক করিমত্তা নত্তে।"

"অচুম্বা রারা?"

"অচুম্বনি।"

"অহুদি চৎলো। নহাক নশাগী নয়ুমদা চৎপদা অমুক থিংলরোই। নুংঙাইগদবা মফমদা—। অহুম ওইনমক মতম খুদিংমক্তা পাউ পীরকপদি কাওগনু।"

অহানবদা মাধবীনা কাশীদা চৎতুনা মচলনুপীনা পোকপা ময়ানুপা লৌরুরে, অহুগা মহাক্কী থুজেং পালোইনহুনা গোলাগাদা থুংলহুনা শাংলবা চহি তরেৎকী মতুংদা মপুরোইবগী য়ুমদা চংলকই।

মতম অদুদা গোলাগাদা চাটুয্যে মহাশয়গী অচৌবা খুদোংথীবা অমা থোকখ্রে। মহাক্না যোগেন্দ্রগী মপাবুংগা মখোয় অনি য়াম্না-চান্নবা মরুপ ওইরম্মী। অদুনা শিবমদায়দা যোগেন্দ্রনা লৌ-ইংখোল খরা লৈজবদু মহাকমক্কী মথুত্তা শিন্নরম্মী। যোগেন্দ্রনাথনা হিংলিঙৈদা মহাক্না পূম্নমক্কু য়েংশিন-খোংচিনবিরম্মী, যোগেন্দ্রনা পূম্নমক অদু থোইদোক্না য়েংশিল্লুবস্মু ক্রিমত্তা লৈরমদে। মকুবোক্কী শেল য়াম্না লৈ, অদুনা মপাবুংনা থম্বিরম্বা সম্পত্তি খরদং অদু মহাক্না থৌশারুবগী রাংমদা লৈরম্মী। অদুগী মতুংদা মহাক শিথ্রবা তুংদা চাটুয্যে মহাশয়না মীগী কংকম থোকপা অধিকার অদু অপনবা লৈতনা পূম্নমক অদু দখল তৌদুনা চাৎক্লিবনি। হৌজিক লুখ্রাবী মাধবীনা মতম অস্মুক কুইরবগী তুংদা ইল্লক্লুনা মহাক্কী মওং তানা নিয়ম নাইনা চৎথরিবা মুম্বালদা মথক-মখা ওল্লহল্লরে। মরম অদুনা, চাটুয্যে মহাশয়না মসি থোইদোক্না বিচার চুমদবনি হায়না মপুক্লিংদা খল্লকই, অমস্তুং মাধবীনা কল্লক্লুনা অস্মুম্না তৌরিবনি হায়বস্মু মহাক্না ময়েক শেংনা খঙজবা ঙম্লে। য়াম্না শাওদুনা লাক্লগা হায়রৈ, "অদুনিনে মমৌ-ইবেম্মা, নহাক্কী লৌ বিঘা অনি লৈ, মদুগী চহি তরাগী খাজনাগা শেন্দোয়গা পূম্না লুপা চাম্মা বাকি লৈ, মদু থিদোকখিত্রবদি লৌ নিলাম লাওথ্রগনি।"

মাধবীনা ময়ানুপা সন্তোষকুমার থাদোরক্লুনা হায়হল্লবে মদুদি, শেলগীদমক চিন্তা তৌরুনিংঙাই লৈতে অমস্তুং থিন্থদনা লুপা চাম্মা মপালদা থিলহল্লকই। তশেংনমক শেল অসি চাটুয্যে মহাশয়না অতোপ্পা থবক্তা থাদখি।

অহুবু মাধবীসু অহুক তরায়-তরায়না থাদোক্কদবী নুপী নত্তে, মহাক্না সন্তোষ থাহুনা হংহন্নুই মহুদি, শুপ্নগী লৌ বিঘা অনি দগী মতেংনা মহাক্কী নোঙ্গাঙ্কবা মকুবোক্না য়ুম পুবা ঙম্নরোই, মরম অহুনা লৌ-শীং লেমহৌরিবা পূম্নমক অহু কদায় অমস্তুং কনাগী নাক্তা লৈবগে ?

চাটুয্যে মহাশয়না কাহেন্না শাওহুনা মশামক লাক্কুনা হায়বৈ, "মহু পূম্নমক লোইনা লোইখ্রে, খবনা য়োন্নবা থোৎলাং তৌহুনা লৈরে। চহি তরা অসিগী জমিদারগী খাজনা থিদোকগ্রগা লৌ লেংদনা থম্বা ওইখোকখিগদ্রা ?"

মাধবীনা হায়রকই, "লৌফমহুবু মহৈ-মরোং করিমত্তা থোক্তবনে, খজনাগী শেল খরহু থিদোকপা ঙমদ্রিবদি ? অহুগা করিগুম্বা তশেংনা য়োম্থোকগ্রগন্না মহু কনানা লৌরিবনো, অহুগা হৌজিক কনাদা লৈবগে, পাউ ফংলবদি হন্দোকখিনবা হোৎনবা য়াই। চে-চাংনা কদায় ?"

চাটুয্যে মহাশয়না তশেংনা করিনো পাউখুম খরা পীরকই, অহুবু মাধবীনা মহু ভাব তাবা ঙম্নমদে। ব্রাহ্মণনা ব্রেং ব্রেং করি করিনো হায়রকই, অহুগী মতুংদা মকোক্তা ছাতিন খনগৎতুনা, খ্বাংদা খুদৈনা খ্বাংচেৎ লাকশিন্দুনা, নামাবলি ইন্দুনা জমিদার-বাবুগী জমিদারি-ওফিস লাললত্তা থুজংং তন্না চৎখ্রে।

লাললতা থুজং অসিদা স্থুরেন্দ্রনাথকী য়ুম লৈ, অমস্তুং মেনেজর মথুরবাবুগী জমিদারি-ওফিস লৈ। ব্রাহ্মণনা ক্রেংশ মাপল-তরা লেপ্তুনা মখোঙনা লাক্কুনা মথুরবাবুগী নাক্তা চংশিল্লক্কুনা কপ্লরে—

"ঙাকপিগনি ইবুংঙো, লাইববা ব্রাহ্মণবু খঙলে লম্বীদা কোইনা ভিক্ষা চিহন্দুনা পীজগদৌবিবনি।"

অসিগুম্বসি কয়া কয়া লাকই। মথুববাবুনা মমাই লৈথোবক্লগা হায়বকই, "কবি তৌববগে?"

"ইবুংঙো, অমুক্তা কনবিয়ু।"

"কৈদৌববগে নহাক্কী?"

বিধু চাটুয্যেনা মতম অদুদা মাধবীনা পীবকপা লুপা চাম্মদু দক্ষিণা ওইনা মথুৎতা থিবগা হাযবকই, "ইবুংঙোদি ধর্ম্মাবতাবনি, ইবুংঙোনা কনবিদ্রবদি ঐগী পূম্মনক মাংগ্রগনি!"

"ফবে, শেংনা হায়বা।"

"গোলাগাগী রামতনু সান্যালশী মমৌনুপী লুখ্রাবী মতম অস্থুক কুইববগী তুংদা লাক্লে, অদুগা ঐগী লোইনমক দখল তৌবা পাম্লি।"

মথুববাবু নোক্লকই,— "মহাক্লা নহাক্কী লোইনমক দখল তৌবা পাম্লিব্রা, নত্রগা নহাক্লা মাগী লোইনমক দখল তৌবা পাম্লিব্রা,— কবম্বনো?"

ব্রাহ্মণনা মতম অদুদা মথুত্তা লুপ্তুণ য়েংশিল্লগা মেনেজবগী মথুৎ পায়শিনগ্রে,— "ঐ চহি তবা অসি সরকাবগী খাজনা থিবক্তুব্রা?"

"লৌ চারগবু খাজনা থিবোইদ্রা?"

"ঙাকপিগনি ইবুংঙো-বাবু।"

ভাব অদু মথুববাবুনা মুন্না খঙই,— "লুখ্রাবীদা লৌনম্বা পাম্বরা?"

ব্রাহ্মণনা রা ঙাংদনা য়েংহুনা লৈ।

"লৌ বিঘা কয়ানো ?"

"বিঘা কুনমঙা।"

মথুরবাবুনা হিসাব তৌরগা হায়রকই, "রামদ্রবদা লুপা লিশিং অহুম্নি। জমিদারি-ওফিসতা সলামি কংকদ্রা ?"

"তাকপিবা অদুমক তৌজগনি,— লুপা চাহুম।"

"লুপা চাহুম পীরগা লুপা লিশিং অহুম লৌগে হায়বিব্রা ? ঐঙোন্দদি শুপম্না য়ারোই।"

ব্রাহ্মণনা কপশিন্নদুনা হায়রকই, "লুপা কয়ানো তাকপিয়ু ?"

"লুপা লিশিং অমা পীবা ঙমগদ্রা ?"

অদুগী মতুংদা মখোয় অনি য়াম্না চিকথনদুনা রা তানরকই, মদুগী ফলনা মসি ওইররে মদুদি, যোগেন্দ্রনাথকী লুপ্রাবীদা বাকি লৈরিবা খাজনাগী মতাংদা চহি তরাগী শেন্দোয়-শেল্লেপ্পা লুপা লিশিং অমগা চামঙাগী কেস অমা শেমখ্রে। শমন থোকখ্রে। অদুবু মাধবীগী মফমদদি মদু য়ৌখিদ্রে। মদুগী মতুংদা মাইকৈ অমত্তদা ডিক্রি জারিখ্রে, অমস্তুং থা অমগা মখায়গী মতুংদা মাধবীনা পাউ ফংলে, খাজনা তোনবগীদমক জমিদার সরকারদগী মহাক্কী য়ুম-ইখোল য়াওনা ইস্তাহার জারিখ্রে, মহাক্কী বিষয়-সম্পত্তি পুম্নমক ক্রোক তৌখ্রে।

মাধবীনা য়ুমথংনবী নুপী অমা কৌরগা হায়রকই, "নখোয়গী লৈবাকসিবু হাও-নাইগী লম্না ?"

"করিগীনো হায়য়ু তাসি ?"

"মহু নত্তনা করি ওইগদগে ? মী অমনা নমথাক তৌহুনা ঐগী লৈজবা পূম্নমক মুনবা পাম্নি, নখোয়না য়েংহুনা লৈথোক্লা ?"

মহাক্না হায়রকই, "ঐখোয়না করি অমুক তৌরুগদগে ? জমিদারনা করিগুম্বা নিলাম তৌরবদি লাইরবা ঐখোয়না মহুদা করি তৌরুবা ঙমগদগে ?"

"মহুবুদি ওইজরসনু, অদুবু ঐগী য়ুম নিলাম তৌগদৌরি, অদুগা ঐঙোন্দা অমুক্তা তাক্লমদ্রিবা করিগীনো ? কমদৌবগে নখোয়গী জমিদারহু ?"

মহাক্না মতম অদুদা ৱারী পূম্নমক তম্লগা হায়রকই, "অসিগুম্বা মীওৎ-মীনৈ তৌবা জমিদার অসিগুম্বা অত্যাচারী লৈবাক অসিদা কনানসু কৈদৌঙৈদসু অমুক্তা উখিদ্রি।" মহাক্না অমুক্তসু কবি করিনো হায়রকই। হৌজিক ফাওবদা মীরোল মথং মথং খঙন-রকপা পূম্নমক অমমম ওইনা তম্লরুবদা মাধবীনা কীনা কীনা হায়রকই, "জমিদারবাবুগা ইশামক্তা উনরুবা ফরোইদ্রা ?" ময়ানুপা সন্তোষকুমারগীদমক মাধবীনা মহু ফাওবা তৌবা ঙমগনি।

মহাক্না মতম অদুদা কৱিমত্তা হায়বা ঙমদ্রে, অদুবু ৱাদি পীরম্লে, হয়েং মহাক্কী মচেগী মচানুপাগী মফমদগী ৱা পূম্নমক খঙদোরক্লগা লাক্কুনা তম্লগনি। মহাক্কী মচেগী মচানুপাদু লালতা খুঙ্গংদা অনি-অহুম্নক চৎলুরবনি ; জমিদার মহাশয়গী ৱা য়াম্না মহাক্না খঙই। নুমিৎ অদুদা বাগানগী য়ুমদা এলোকেশীগী পাউ অদু ফাওবা মহাক্না তাররুবনি। অদুগী মতুংদা মদোমচানা জমিনারবাবুগা রামতনুবাবুগী মমৌনুপী লুপ্রাবীদুগা উননবগী মরিদা

হংলম্মী, মতম অহুদা মহাক্না ঙমজবমখৈ শকফম হঞ্জিন্দুনা হায়রকই, "লুখ্রাবী মৌহু চহি কয়া শুরবগে ?"

মদোমচানা হায়রকই, "কুন-কুনমাথোই শুরম্লগনি।"

মহাক্না মঙক নোমদুনা হায়বকই, "য়েংবদা কমদৌবগে ?"

মদোমচানা হায়রকই, "লাইরেম্বীগুম্মী।"

মতম অহুদা মহাক্না মঙক চৎ-খোৎতুনা হায়রকই,"উনরবদি থবক ওইবা য়াই ; অহুবু ঐদি হায়নিংই, মহাক ঙসি অহিংমক হি ন্নাইরগা মপামদা চৎখিবনা কৈ।"

"করিগীনোনে ?"

"হায়রিবহুননি— মহাক য়েংবদা লাইরেম্বীগুম্মী।"

"করিগীনো, মহুনা কৈদৌরবগে ?"

"মহুনা পূম্নমক্কি। য়েংবদা লাইরেম্বীগুম্নবদি জমিদার সুরেন রায়গী মফমদগী হিংনিংঙাই লৈতে।"

মদোমচানা মচুবা মেৎতুনা হায়রকই, "হায়রিবহু করিনো, অহুগুম্বা !"

মচেগী মচানা নোককৈৎ তৌনা হায়রকই,"হোয়, অহুগুম্বনি। লৈবাক শিন্না খঙনরিবা রাকম্নি !"

"অহু ওইরবদি উনরুবা য়াদ্রেদনা।"

"শুপন্না য়াদে।"

"অহুবু সম্পত্তি পূম্নমক মাংজবা তারগনিনে !"

"চাটুয্যে মহাশয়না মসিগী মমুংদা য়াওশিনখ্রবা মতম অসিদদি সম্পত্তিগী আশা তৌরুনিংঙাই লৈত্রে। মহুগী মথক্তা মুম্লিংবা ইমুংগী নিঙোলনি— ধর্ম্ম ফাওবা মাংহল্লগেরা ?"

মথংগী নুমিত্তা মহাক্না মাধবীদা পূম্নমক তম্লরে। মহু তাবদা ম.াক নৃংবানখ্রে। জমিদার সুবেন রায়গী রা মহাক্না নুমিৎ চুপ্পা খল্লম্লিবনি। মাধবীনা খল্লকই, সুবেন রায! মমিংহু য়াম্না মুন্না খঙই, অদুবু মীশক্তুগদি উন্দ্রি। মি অসি মহাক্না নুমিৎ কয়ানি খল্লকখ্রবনি। মহু চহি মঙা ফাবে কাওরুরবনি, - অমুক হন্না মতম কুইরবগী তুংদা নিংশিংলক্লে।

তুম্ব-ঠিপ্পদা মাধবীনা অহিং অহ্ য়াম্না রানা লেপ্লি। কয়ারক হন্না অবিব রাফমশিংহু নিংশিংলকই, কয়াবক হন্না মমিত্তগী মপী শিন্তবই। সন্তোষকুমারন মহাকী মাইথোংদা য়েংহুনা কীনা কীনা হায়বকই, "ইচেম-বেম্ম, ঐ ইমাগী নাক্তা চৎলগে।"

মাধবা মশামকন্সু রাফম অসি কয়াবক হন্না খল্লক্লিবনি, কদিগীনো হায়বদা মফম অসিগী য়ুম কায়রবনিনা মতম অসিদদি কাশীদা লৈরুবা নত্তন চাপ্পা করিগুম্বা উপায় অমত্তা লৈত্রে। সন্তোষকীদমক মহাক জমিদারগা উনরুনিংখিবনি, অদুবু মহু ওইখিদ্রে। য়ুম্লোন-কৈরোম্নবশিংনা থিংখ্রে। মহুদা নত্তনা মহাক্না মফম অমদবু চৎলবগু অনৌবা চিনা অমা তৌনিংঙাই ওইরে, অনৌবা উপদ্রব অমা থোক্লিংঙাই ওইরে। মহু শক অমদি যৌবন অসিগী রানি! মাধবীনা খল্লকই, থিরবা লাইবক্লি! উৎ-পাতশিং অহু হৌজিকহু হকচাংদা পক্লিবা! ঙসি চহি তরেং ফারে, পূম্নমক অসি নিংশিংখিদবা, নিংশিংবিবনবা কনাসু লৈখিদবা। মপুরোইবা শিথ্রবা তুংদা মপামদা হল্লকখি, মতম অহুদা ময়াম্না মঙোন্দা 'ইচেহল' কৌরম্মী, মরাম্না 'ইমা' কৌরম্মী! ঈকাই-খুম্নবা

মিঙ্গৌশিং অসিনা মহাক্কী থম্মোয়বু অমুকসু হেন্না অহল ওইশিল-হনখি। উৎ ওইগ্রসনু রূপ-যৌবন! মহাক্না ইচেহলগী থবক তৌরুবা তাবা, মমা ওইবীগী নুংশি-চানবিবা য়েম্মোকলুবা তাবা মফম অদুদা রাফম পূন্নমক অসি নিংশিংলুগদ্রা! নিংশিংলমদে, নিংশিংলক্লে, অদুনা চিন্তা তৌনিংঙাই ওইবে। মরু ওইনা 'যৌবন' পল্লকপসিদা! ঈকাইদুনা নুংঙাইতব মীনোক্ল নোক্লুনা হায়রকই, "লমদম অসিগী মীশিংবু মমিং তাংব্রা, নত্রগা শাবা!" অদুবু মাধবীনা লান্না লৌখিবননি—ময়াম্মক্কী পুক্লিংদি মহাক্কী মতৌগুম্না চহি কুন-কুনমাথোইদা অহল ওইদে।

মসিগী নুমিৎ হুম্নিগী মতুংদা জমিদারগী পিয়ন্না মহাক্কী থোঙজিন্দা ফিদা থাদুনা থম্লরে অমসুং কোইলাও লাওদুনা খঙহল্লরে, সুরেন রায়না অনৌবা মিংচৎ অমগা তাল্লে হায়বা; মতম অদুদা মাধবী সন্তোষকী খুজেং পায়দুনা মীনাই নুপীবু হান্না থাগৎখ্রগা হিদা লাক্লুনা কম্লরে।

মুমদগী থোইনা লাপ্তনা তুরেল লৈ; হিবোইদা সোমরা-পুরদা চৎপা তারি হায়বা খঙহনগ্রে। অমুক্তং প্রমীলাগা উনরুবা তারি।

গোলাগাঁদগী ক্রোশ তরামঙা লাপ্পা সোমরাপুরদা প্রমীলা লুহোংখিবনি। ঙসি চহি অমা ফারে মহাক্না নুপামমুমগী মুম পুরক্লিবা। মহাক অমুক কলকাত্তাদা চৎলবা য়াই, অদুবু মাধবীদি মতম অদুদা কদায়দা লৈগদগে? অদুনা অমুক্তং উনরুগদৌরিবনি।

অমুক্তা মুমিং থোরকপগা লোয়ননা হিরোইশিংনা হিগী থৌরি থোক্লে। ঈচেল মতুং ইম্না হি তাওথরকই; নুংশিৎ

হুমগৎলকপা লেপ্পা লৈতে, অদুনা খোঙজেল তপ্পা তপ্পা অপিকপা হিদু ৱাপল-উপল মখাদা লিংতুনা, বোরোইগী তিম্মং অমসুং অশুকপা লৌগী তিম্মংদগী থৈদোক্কুনা, লাঙ্গোম মোংশোং হাই-দোক্কুনা চৎলকই। সন্তোষকুমারগী নুংঙাইজবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মহাক্না ঘুমতিদগী মখুৎ থিন্দোক্কুনা উনা-ৱানা থৎনবা হোৎনবদা মথৌ চিনখ্রে। তিবোইশিংনা হায়রকই, "নুংশিৎ লেপত্রবদি হয়েং নুংথিল ফাওবদা হি সোমবাপুরদা থুংলুবা ঙম্লোই।"

ঙসি মাধবীগী একাদশীনি, অদুবু সন্তোষকুমারগীদমক কদায়দনো হি থাংলগা চাক থোংদুনা মহাকপু পীজবা তাবনি। হিরোইনা হায়রকই, "দিন্তেপাড়াগী কৈথেল মচাদা হি থাংবনা য়াম্না থুদোং চাগনি, মফম অদুদা পোৎ পুন্নমক ফঙ্গনি।"

মীনাই নুপীনা হায়রকই, "অদুম্না তৌরো ইবুংঙো, পুং তরা-তরামাথোইগী মনুংদা অঙাংসি চাবা ফংজনবা।"

## মাপল

মেরা থা লোইশিল্লক্কদোরে। খরমখৈ ঈংথরক্লে। সুরেন্দ্র-নাথকী মথক্কী কাগী থোঙনাও ফাওজিল্লক্কুনা অয়ুক্কী নুমিৎকী মঙাল ইমুংদা চংলকপদা য়াম্না মধুর চেনবগুম ত্তৌই। থোঙনাও ময়াদা খাতা অমসুং চে-চাং মপৈ মপৈ পৈরিবা টেবিল অদুগী ময়াদা সুরেন্দ্রনাথ ফম্লি; খোমগৎ-লাকখৎপা, বাকি-মুংগি, জমা-খরচ, শিন-লাংবা, কেস-মুংগী চে-চাং অমমম ফাক্তোক্কুনা

য়েংলম্লিবনি। পূম্নমকসি য়েংশিন-খোৎচিননা মওং অমদা দবকাবস্ত্র ওই অমস্তুং মতু য়েংশিন্নবদি মতম লেনবস্থু রাই। শান্তিগা মসিগীদমক কয়ারক হন্না খৎনখ্রবনি। কয়া ঙাংনববদদা মঙোন্দা মহাক্না খঙহনবা ঙম্মী মতুদি. নাইটিক ময়েক য়েংবদা মহাক্কী থবাক্কী লায়না হেক্তা হেনগৎলক্কদব মাক্তু, নত্রগা খুদক্তা ময়াম চংতুনা মহাকপু থাংতুনা লুথোকপা দরকারর ওইরোই। উপায় লৈতহনা শান্তিনা য়াখিবনি অমস্তুং দরকার ওইবা মতুং ইন্না মতৌংস্থু পাংলিবনি।

হন্দক-মরক মপুরোইবগী মথক্তা মহাক্কী অধিকাব মপৃংফানা লৈতে— মহাক্কী রা অমা ফাওবা লোদবা তৌদ্রে। কনিগুম্বা নুমিত্তস্থু লোদবা তৌখিদে, শুপ্নগী ঙাওশিন্নবা পাম্বা লাইরবা নুপা মঙাতুগা থেংনরুতুনা নুমিং খরনি শান্তিদা অরাবা য়াম্না পীখিবা অতুদনি। নুপীগী হায়জবা মতুংইন্না সুরেন্দ্রবু মপালগী য়ুম ফাওবা থোকপা থিংখ্রে। ডাক্তর মহাশয়গী পাউতাক অমদি য়াথং শান্তিনা মথরায় খুবাক্তা হাপতুনা ঙাক্লনবা হোৎনজৈ।

হৌজিক্তা মহাক্না মনাক্তা ফমতুনা অঙাংবা ফিতানা য়েৎশিন্দুনা চেগী বাণ্ডল অমা কিশিল্লম্বনি। সুরেন্দ্রনাথনা চে অমা লৌখৎলক্লগা খঙহোদনা কৌরকই, “শান্তি।”

শান্তি কদায়দনো চৎখিবনি— ঙাইহাক লৈরগা হল্লক্লগা হায়রকই, “কৌখিত্রা ?”

“হোয়, ঐ ওফিসতা অমুক্তা চংলুগে।”

“য়াদে। করি পাম্বগে হায়বিয়ু, ঐ লৌরুগে।”

"করিস্সু পামদে, মথুরবাবু অমুক্তা উনরুগে।"

"মান কৌতস্লগে, নহাক চৎথোকপা য়াদে। অদুবু, মতম অসিদা মাবু করিগনো ?"

"হিযাঙ্গ থাদগী মহাক থবক অমুক তৌদবা য়াবে হায়গে ভৌবনি।"

শাহি চঙ্খ্রে; অদুবু পেন্দুনা হংলকই, "মাগী মরাল ?"

"মরাল করিনো হায়বদি হৌজিক তাংদাংবা হায়বা ঙমদ্রি, অদুবু যাম্না কেপিনকদৌরি।" মদুগী মতমদা কোর্টকী সার্টিফিকেট অমস্তুং চে-চাং খবা উৎতনা হায়বকই, "মসি য়েংউ লোলাগাদা লুখ্রাবী অমগী মুমন্ত খ্যাল পুম্নমক অশাবা মিংদা নিলামদা লৈশিল্লে। ঐখোন্দা অমুক্কস্সু হংলম-সাংমদে।"

শন্তিনা মথরায রানা হায়রকই, "ওঃ লুখ্রাবী। অদু ওইরবদি থবক অসি চুমদবনি— অদুবু যোর্কিনবদি করিগীনো ?"

"চহি তরা খাজনা তোনবগীনি; শেন্দোয় শেল্লেপ্প লিশিং অমগা চাস্মগী রাকৎপিবনি।"

শেলগী রা তাবদা শাহিনা মথুরবাবুবু শাওরম্বা খরমখৈ হন্থরক্লে। নোকফেৎ ভৌদুনা হায়রকই, "মদুদা মেনেজরবাবুগী মরাল করি লৈবগে ? লুপা অদুক য়াম্বদু কমদৌনা লেম্ন থাদোক-কদগে ?"

সুরেন্দ্রনাথনা রাখল অমদা ভাওনা চিন্তা ভৌবকই। শাহিনা হংলকই, "অদুক য়াম্বা লুপাদু লেম্না তোক্লগদ্রা ?"

"তোক্রবদি কমদোগদগে, সহায় লৈত্রবী লুখ্রাবীবু শেন্দোল কোকপিররোইদ্রা ? নহাক্না করি হায়নিংবগে হায়মু ?

রাফম অহুগী মনুংদা মৈশা খরা চেল্লিবা মহু পূম্নমক শান্তিগী মশাদা তৈশিল্লরে। ঈকাইবা নংহুনা মথরায় সুংঙাইতনা মহাক্না চায়রকই, "নত্তে, ময়ুম খাদোকহল্লু হায়বদি নত্তে। অহুগা নহাক্কী মরম্নি, নহাক্না দান তৌবদা ঐনা কেদৌনা থিংল্লগদগে ?"

সুরেন্দ্রনা নোক্লুনা হায়রকই, "মহু নত্তে শান্তি, ঐগী শেলবু নঙগী নত্তব্রা ? অহুবু হায়য়ু তাসি, ঐ লৈত্রবা মতম অহুদা নঙনা—"

"মহুবু করি রানো—"

"নঙনা—ঐনা পামজবম্বহু তৌগনিদনা ?"

শান্তিগী মমিত্তা ঈরা চেল্লক্লে, করিগীনো চায়বদা মপুরোইবগী হকচাংগী ফিভম ফবা নত্তে, হায়রকই, "রা অহু হায়রিবা করিগীনো ?"

"য়াম্না সুংঙাই, অহুনা হায়বনি। নহাক্না—ঐগী রা, পুক্নিংগী অপাম্বা খঙনা ঙাক্কনিদনা শান্তি ?"

শান্তিনা ফিজিনা মপী তৈথোক্লগা মঙক নোম্লকই।

ঙাইহাক লৈরগা সুরেন্দ্রনা অমুক হন্না হায়রকই, "ঐগী ইচেহলগী মমিং।"

শান্তিনা ফিজি লৌথোক্লগা সুরেন্দ্রগী মাইথোংদা য়েংলকই।

সুরেন্দ্রনা চে অমা উৎতুনা হায়রকই, "মসি য়েংউ, ঐগী ইচেহলগী মিং।"

"কদায় ?"

"সি য়েংউ, মাধবী দেবী, য়ুম নিলাম তৌখিবা অহু।"

মিৎকুপ অমগী মনুংদা শান্তিনা রা য়াম্না খঙবা ঙমদ্রে। হায়রকই, "অহুননি খঙজরে, পুম্নমক হন্দোকখিবা পাম্বিরিবা নত্রা ?"

সুরেন্দ্রনা নোককেৎ তৌনা খুম্লকই,"মহুবু ওইরবদি শোয়দনা পীথোকপ্রগনি— পুম্নমক— লোইনমক।"

মাধবী পল্লকপদা শান্তি হাইফেৎ মথরায় মুংঙাইত্রে ; নুংদা হিংসাগী ভাব খরা ফুত্রম্বা য়াই। হায়রকই, "মহাক নহাক্কী ইচেহল ওইবমদবসু য়াই। শুপ্নগী মাধবী কৌবা ওইরম্বা য়াই। মমিংদনা অসি।"

"ইচেহল হায়বা মিংদবু খজিক্কসু ঈকাই-খুম্নবরোইত্রা ?"

"খুম্নবিয়ু, অহুবু মহাক মশানদি করিমত্তা খঙবিরোই।"

"মহুবুদি খঙলোই— অহুবু ঐনা ঈকাই-খুম্নদবা ঙমগদ্রা ?"

"মিং অসিদি মী কয়াসু কৌনৈ।"

"কৌনৈ! নঙনা দুর্গাগী মিং ইরগা মহুদা নখোঙনা নেৎপা ঙমগদ্রা ?"

"হৈমা! মহুবু করি রা কৌবগে ? ঠাকুর-দেবতাগী মিংদবু—"

সুরেন্দ্রনাথনা নোক্কুনা হায়রকই,"করে, লাইগী মিং পল্লরোই, অহুবু নঙোন্দা ঐনা লুপা লিশিং মঙা পীবা ঙমগনি, করিগুম্বা থবক অমা তৌবা ঙম্লবদি।"

শান্তিনা মপুক্লিং মকালাম্না হায়রকই, "করি থবক্নো ?

ফক্লাংদা সুরেন্দ্রনাথগী ফোটো অমা থেৎলি, মাইকৈ অদোমদা মখুৎ থিন্দুনা হায়রকই, "ফোটো অসিবু করিগুম্বা—"

"করিনো ?"

"ব্রাহ্মণ মরিবু তুরেল মপালদা মৈ থাহনবা ঙমগদ্রা ?"

নক্লা বজ্র তারবদি মী ঈ অহানবদা খ্রক-খ্রক কংই, মশক লিন্না চিকপা অনাবগী মতৌগুম শংত্রিক শংজিল্লি, শান্তিগী ফিভম অহানবদা মতৌ অদুগুম্লকই। অদুগী মতুংদা তপ্লা তপ্লা মমাইদা ঈ থাংলকই— অদুগী মতুংদা পীবাং থাংবা মিৎয়েংনা মপুরোইবগী মাইথোংদা য়েংলম্লগা মহাক রা-লাং চাংদনা মখাদা কুমথরে। পুরোহিত কৌহন্দুনা চংনবী মতুং ইন্না শান্তি লাইদোক-খোৎ-তোক্লবা শিল্লগা মপুরিংদা রাশকখ্রে. ইচেহল অসি ওইনিংবা ওইসনু, মাগী মরমদা মহাক্লা অমুক হন্না কবিগুম্বা রা অমত্তা ঙাংখ্ররোই হায়না। অদুগী মতুংদা কাগী থোঙ লোনশিন্দুনা য়ম্না কুইনা মহাক কপতুনা লৈ। পূন্সি অসিদা অসিগুম্বা অশনবা রা মহাক্লা কৈদৌঙৈদসু অমুক্তা তারকখিদ্রে।

সুরেন্দ্রনাথসু ঙাইহাক তুম্মিন্না ফমদুনা লৈরম্মী, অদুগী মতুংদা মপালদা থোকখ্রে,— ওফিসতা মথুরবাবুগা উনররে। অহানবদা হংলকই, "গোলাগাদা কনাগী সম্পত্তি নিলাম তৌখিবনো ?"

"লৈখিদ্রবা রামতনু সান্যালগী লুখ্রাবী মমৌনুপীগী।"

"করিগীনো ?"

"চহি তরাগী খাজনা তোনবগী।"

"কদায়, খাতা য়েংগে ?"

মথুরবাবু অহানবদা তৌফম খঙখিদ্রে ; অদুগী মতুংদা হায়রকই, "চে-চাং হৌজিক ফাওবা পাবনাদগী লৌরুদ্রি।"

"লৌগল্লুনবা মী থাখো। লুখ্রাবীগী লৈফমদু ফাওবা খ'ক্লেনা ?"

"থাক্লমম্বা য়াই।"

"অদুদি মহাক কদায়দা লৈক্লগদগে ?"

মথুবনাথনা মথৌনা ফুক্তোক্লুনা হায়রকই, "অস্মুক কুইবসি লৈবক্লিবা মফম অদুদা লৈববা য়াই।"

"অস্মক কুইবসি কদায়দা লৈরুবগে ?"

"কলিকাতাদা। মহাক্কী মপাগী য়ুমদা।"

"মপাগী ম[illegible] কৌবগে খঙব্রা ?"

"খঙই। ব্র[illegible]াজ [illegible] ড়ী।"

"লুখ্রাবীগী ম[illegible]মিংদি ?"

"[illegible]ববী দেবী।"

মরু লুনখহনা সুরেন্দ্রনাথ মফম অদুদা ফমথক্লে। মথুরনাথনা মাইকৈ খঙদ্রহনা তৌফম খঙ[illegible] হংলকই, "কবি তৌববগে ?"

সুরেন্দ্রনাথনা বা অসিগী পাউথুম পীদনা মীনাই অমা কৌশিল্লগা হায়বকই, "অফবা শগোল অমা থুনা শাবন হাপ্লু হায়রু— ঐ হৌজিকমক গোলাগাঁদা চৎকনি। মফম অসিদগী গোলাগাঁ কয়া য়াম্না লাপ্লগে খঙব্রা ?"

"চাউবাক্লা ক্রোশ তরা।"

"হৌজিক পুং মাপল তারে— পুং অমা তাবগী মনুংদা থুংলুবা ঙমগনি।"

শগোল পুবকপগা মতুদা কাখৎতুনা তোংলগা হংলকই, "মাইকৈ কদোমদনা ?"

"অরাংলোমদনি, অহুগী মতুংদা নোংচুপ পাংনা চৎপিগ-দবনি।"

অহুগী মতুংদা চৈ চাহুনা শগোল য়াম্না কম্না চেনখ্রে।

র্বা অসি তাবদা শান্তি লাইগী কাদা মমাই শুগায়জহুনা ঈ থোকহনখ্রে— "হে ঈশ্বর, মসিবু নঙনা পাম্লম্বরা? অমুক হন্না ফংজখিগন্ত্রা?"

অহুগী মতুংদা ঙাক-শেন্দা নুপা অনি শগোল তোংহুনা গোলাগা তম্না চেনখ্রে। থোঙনাওনগী মহু উবদা শান্তিনা মপী হন্না হন্না তৈথোরকই,— "ইমা-ইবেম্মা দুর্গা! ঈরোই জোত্রা কচ্চগে— অপাম্বহুদা কচ্চগে— মাবু হলহনবিরকউ— থবাক শেগায়হুনা ঈ কচ্চগে—পাম্লিবমখে— হে ইমা দুর্গা, পাম্লিমখে— নঙগী ঈ থোরাংবা কোক্রিবমখে।"

গোলাগী য়োগদবা ক্রোশ অনি রাৎলি। শগোলগী খুজিন ফাওবা কোঙ্গোম্না থনখ্রে। মথরায় খুবাক্তা হাপতুনা উফুল তৌহন্দুনা, লৈতোং কাহুনা, খোংবান-লুকপান চোংহুনা শগোল চেল্লক্লি। কোকথক্তা নুমিৎকী অয়াকপা মৈশানা ফুথরক্লি।

শগোল মথক্তা তোংনা তোংনা সুরেন্দ্র ওনিং ওনিং তৌবক্লে; মনুংগী শিংলি খুদিংমক তুংতুনা মপালদা চোংথোরক্লগদবগুম্মী। অহুগী মতুংদা ঈ মতুম অনি-অহুম চিনবান মতায়দগী উফুল থাংলবা ফুরিৎ মথক্তা তপ তপ তারক্লে; সুরেন্দ্রনাথনা মথুংনা মচিম তৈথোকখ্রে। পুং অমা তাক্রিদৈদা গোলাগাদা থুংলরে। লম্বী লপান্দা লৈবা দুকান অমদা হংলকই, "মসি গোলাগাম্না?"

"মানি ।"

"রামতনু সন্যালগী যুম্বু ?"

"অসোমদা ।"

শগোল অমুক থোরক্লে । ছাইহাক্কী মনুংদা হায়রিবা যুমচুগী মমাংদা লেপ্লগে ।"

থোঙ ময়াদা সিপাই অমা ক্ষমচুনা লৈরম্মী, মবুংঙোবু উবদা মহাক্লা খুকম্লকই ।

"যুমদ' কনা লৈবগে ?"

"কনাসু লৈদে ।"

"কনাসু লৈদবা : কদায়দা চৎখিবগে ?"

"অমুক ওস্তাদা হি চোংহুদা চৎখ্রে ।"

"কদায়দা— কবম্বা লম্বীদা ?"

"মখা পাংনা ।"

"তুরেল মপালদা লম্বী লৈব্রা ? শগোল থোবা য়াগদ্রা ?"

"হায়জবা ঙমদে । য়ারমদবা য়াই ।"

অমুক হন্না শগোল চেল্লক্লে । ক্রোশ অনি লাক্লবদা লম্বী অমুক লৈত্রে । শগোল চৎপা য়াদ্রে । শগোল থাদোক্লম্লগা মতম অদুদা সুরেন্দ্রনাথ মখোঙনা চৎলকই । অমুক্তং হন্থনা য়েংলকই— ফুরিৎতা ঈ মরিক মরিক ময়াম পক্লিবা অদুদা উফুল থাংলি । চিনবান্দগী মতম অদুদসু ঈ তারক্লি । তুরেলদা কুমথরগা খুজোক্লা শোক্লুনা ঈশিং থক্লে, অদুগী মতুংদা মথরায় খুবাক্তা হাপতুনা চেল্লকই । মখোঙদা খোঙউপ য়াওদ্রে— মশা 'পূম্বা

তৈরিবা লৈখোম মরক্তা ঈগী দাগ লে ' মখবাক্তুগী কনা ানো ঈ চাইথোরকপগুম্মী !

নুমিৎ চাইরক্লে। মখোও থাংবা থোকচিরক্লে– হৌজিক তুম্বা ফংলবদি পূন্সিগী ওইনা তুমগদবগুমখ্রে— অদুনা অবোইবা য়াহিপ্তা পূন্সি অসিগী মিৎকপ থোক্ল.বাইদব .পাখাবগী ভাশাগ। মহাক অঙাওবগী মতৌগম চেল্লক্লি। চকচাংদা লৈবা শক্তি মখা থরায় খুবাক্তা হাপতুনা শিজিন্নথোক্তুনা অগাইবা য়াহিপকী আশ্রয় লৌরগনি, অমুক হৌগৎলরোই।

তুরেলগী ভোরৈ ময়াদা— হি মত্রা ? কোলম্নী মরক্তা হাইদোক হাইদোক্তুনা চৎলি ! সুরেন্দ্র কৌরকই, "ইচেহল !" মখনাও কংবনা খোঞ্জেল থোরক্লে— শুপ্নগী ঈ মতুম অমি চোং-থোরক্লে। কোলম্নী মপৈনা হিগী ঈচেল থৎলি। সুরেন্দ্র মনাক য়ৌরক্লে।

অমুক কৌরকই, "ইচেহল !"

নুমিৎ চুপ্পা চরা হেল্লকপা অদুগা নথরায় রারকপনা মাধবী ইশি শিনা তুম্লিবা সন্তোষকুমারগী নাকন্দা মমিৎ উইশিন্দুনা হিপ্লম্বনি। খঙহৌদনা খোঞ্জেল অদু মনাকোং য়ৌখ্রে ; মতম কুইশ্নবা মশক খঙবা খোঞ্জেলদা—কনাননো কৌব্রা !

মাধবী হৌগৎতুনা ফম্লে। হিন্নুংদগী মমাই থাঙ্গৎতুনা য়েংলকই। মশা 'পূম্বা উফুল-রাইফুল থাংনা, লৈখোম লৈরাং তৈনা— মাস্টরবাবু নত্রা ?"

"হাই নয়নতারাগী মমা, হিরোইদা হি পুনা থাংউ হায়্রয়ু।"

সুরেন্দ্রনাথ মতম অহুদা তপ্না তপ্না লৈখোম মথক্তা ঙিপথখ্রে।

মন্নাম চংহুনা সুরেন্দ্রনাথবু থাংহুনা ঙিদ' থাঙ্গৎলে। মমাইদা মমিত্তা ঈশিং খিক্লকই! হিরোই অমনা মশ খঙলম্মী, মহাক্না হায়রকই, "লালতা গ্রামগী জমিদারনি।"

মাধবীনা লাইগী যন্ত্র য়াওবা সমাগী লিক-পরেং মঙকশমদগী লৌথোক্লগা মহাক্কী মখুত্তা পীরগা হায়রকই, "লালতা গ্রামদা অহিং অসিদা থুংলুবা ঙমগদ্রা? নখোয় পূম্নমক্তা লিক-পরেং অমমম পীগনি।"

"ইমা-ইবেম্মা, থাবল ফবা অহিংনি; নোংঙাল্লমদায়দা থুংলুনবা হোৎনগনি।"

সন্ধ্যা মতুংদা সুরেন্দ্রনাথ জ্ঞান তারকই। মাধবীগী মমাইদা হৌজিক মাইখুম য়াওদ্রে, শুপ্নগী লাইবক্কী মচেৎ খজিক্তং খুম্লি। মতম্বাক্তা সুরেন্দ্রগী মকোক মোনখাংনহন্দুনা মাধবী ফম্লি।

ঙাইহাক য়েংহুনা লৈরগা সুরেন্দ্রনা হায়রকই, "নহাকপু ইচেহল্লা?"

মাধবীনা মফি ফিজিনা য়াম্না যতন তৌনা মহাক্কী চিনবান মতায়দা তৈরিবা ঈ মরিক তৈথোকপিরে, অহুগী মতুংদা মপী তৈথোরকই।

"নহাকপু ইচেহল্লা?"

"ঐ মাধবীনি।"

সুরেন্দ্রনাথনা মমিৎ উইশিল্লগা খোঞ্জেল তপ্না হায়রকই, "আঃ—মহুনি!"

তাইবংপানগী নুংঙাইব খিবিক তম্পাক অসিদা লাৎতুনা লৈবম্বা অম্মুক কুইববগী তুংদা সুরেন্দ্রনাথনা মত্থ খিবদা ফংলবগুম্মী। ঈ তৈরবা চিনবান মতায়না নোকফেৎ তৌবগী মমি তাবরে— "ইচেহল, রাবেদা !"

চাক চোক তৌনা হি চেল্লি। গুমতি মম্মুংদা সুরেন্দ্রগী মাইথোংদা থাবল মঙালনা য়েববি। নযনতারাগী মমানা অতেকপা হুমাই অমা পায়দুনা তপ্পা নম্ম হুল্লি। সুরেন্দ্রনাথনা তপ্পা তপ্পা হায়বকই, "কদাযদা চৎকে লৈরুবিবগে ?"

মাধবীন খোঙ্গুল কাযনা হায়বকই, "প্রমীলাগী নুপা মযুমদা।"

"ঈশ্বাইদ্র —অম্মুন্ন মখি-মতাগী য়ুমদা চৎপা হৌনরবা ইচে ?"

## ভরা

মংগী বিথিদা, মহাকী তুক্কম কাদা, ইচেহলগী তম্পাক্তা মোনখাংনদুন, সুরেন্দ্রনাথ অরোইবা মাহিপ তানবা হিল্লি। মথোঙ অনিদু শাত্তিন মতম্পাক্তা পমথৎতুনা পীনা চামথোক্লি। পাবনাগী লৈবিবা ডাক্তর-কবিরাজ ময়াম চংদুনা হোৎনবা অমম্মুং হায়ংবদা ঈ থিংহনবা ঙমখিরে। চহি মঙাগী মমাংদা শোকখিবা মক্কম অহুদগী ঈ হাদোরক্লি।

মাধবীগী থম্মোয়গী রা হাংদোক্কুনা হায়বা ঙমজরোই। ঐ ইশামকম্থু মুন্না খঙদে, মহাকী চহি মঙাগী মমাংগী রা নিংশিংলক্লবা

# অমা

ময়াই ওইবা থাক্কী ইমুংগী যুম্বুবেন্না যক্মা থুংহুনা শিগ্রবা মতম অহুদা মহাক্কী ইমুং-মজুংবুস্মু তথায শিহল্লক্মী। সুলোচনাগী মপুরোইবা পতিতপাবনস্মু তশেংনা মহুমক তৌবল্লগা চৎখি। চহি অমা হেন্না অনাবা খাংহুনা লৈবল্লগা নোং জি জি চুবা খুদোং চাদ্রবা অহিংদা মহাক অরোইবা যাহিপ তানখি। সুলোচনানা ওরাং মপুবোইবগী অরোইবা প্রায়শ্চিত্ত তৌহল্লগা মনাক্তা চংলক্লুনা কম্মে, অহুদগী অমুক হৌগৎখিদ্রে। মপুরোইবনা মনা-মনিল নাইরমদনা মথরায় থাখিবা অহুগুম্না সুলোচনাস্মু মনা-মনিল নাইদনা কমহুনা লৈ, লাউ-খোংহুনা লৈকাই কোক-খোংনরুদে। চহি তৰাহুমদোই শুরবী লুহোংদ্রিবী মচানুপী হেমনলিনী ওাইহাক্কী মমাংদগী লাপ্তক্লা কক্তা তুম্রি, মপা শিখিবগী ব্রাকম ফাওবা খঙজদ্রি। মমদা মীনাই মপা অমতা লৈতে, লাপ্লরবা মরি-মতা ফাওবা কনাস্মু লৈতে। লৈকাইগী মীশিংস্মু থোইদোক্লা চোকথনরবনি, মরুওইনা সুংথিলদগী অবেপ্পা লৈতনা নোং তারক্লি হায়হুনা চানবিহুন' ওসি কনাস্মু অহিং মীশেল খাংবা লাকপনি হায়হুনা অমুক তুম্লদ্রে।

মপালদা অরেপ্পা লৈতনা নোং চুরি। ইমুংদা শিরবা মপুরোইবগী কম্মাংদা সুলোচনা চপ য়ুংনা কমহুনা লৈ।

মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা পাউ ফংতুনা ময়াম পূন্নমক লাকই, নুপাশিংনা অশিবা পুথোক্নুনা মোংফমদা চৎথ্রে। নুপীশিংনা ষস্থি হাপতুনা রাই তৈথোক্লগা কপ্পা ফমথ্রে।

সুলোচনাগী লেমহৌরিবা হায়ববু শুপ্পগী হেনৌ-থৈবোংগী বাগান মচা অমখক্তুদা মঙাইরে। লৈকাইগী মীগী মতেংনা মহু লুপা চামদা য়োম্থোক্নুনা মপুরোইবগী অরোইবা বর্ষ্ম তৌরগা তুমিন্না ময়ুমদা ফমহুনা লৈথ্রে। মচানুপীনা হংলকই, "কমদোৌ-গদগে ইমা, সিদগীদি?"

মমানা খুন্নকই, "নুংশাথিরুনিংঙাই করি লৈ ইবেম্মা? ঈশ্বর লৈরি।"

শ্রাদ্ধ লোইরবদা লেমহৌবা খরা অহুনা করিগুম্বা মওং অমদা থা অমা লেন্নরে। অহুগী মতুংদা নোংমা অতিয়াদা লৈচিন থাংদবা উহুনা নোং ঙাল্ত্রিঙৈদা থোঙ-নুং শো লোনশিল্লগা মচানুপীগী মখুৎ শমহুনা লম্বীদা থোরক্নুনা লেপ্লরে।

মচানুপীনা হংলকই, "কদায়দা কৎকদৌরিবনো ইমা?"

মমানা হায়রকই, "কলকাতাদা, নথোয়গী দাদাগী য়ুমদা।"

"ঐগী দাদানা অমুক কনানো? করিগুম্বা নুমিত্তম্ভু মাগী রাদি পনবিখিদেনা?"

মমানা ঙাইহাক তুম্নিন লৈরুরগা হায়রকই, "অমুক কুইবসি ঐ নিংশিংলুত্রে ইবেম্মা।"

হেমনলিনী থোইদোক্না লৌশিং লৈবীনি, মহাক্না চপ লেপ্লগা হায়রকই, "কান্নদে ইমা, কনাগী য়ুমদস্ভু শাইদাংলুবগী। ইথুঙ্গংদা

লৈদ্রনা রানা শুরবদি ঐখোয় অনিগী পুক থনগনি—ঐ য়ুম থাদোক্নুনা কদায়দস্সু চৎলোই।"

সুলোচনানা মপুক্কিং লাংতক্নবা খোঞ্জেলনা হায়রকই, "লেপকনু হেম, নোংঙানথ্রগনি।"

চৎনা চৎনা হায়রকই, "মচাক্পা নহাক্পু লাইরিক-লাইশু যাম্না তম্বিরম্মী—পুন্নমক অদু ঈশিংদা হৈথগনু। নঙনা ঐঙোন্দা করি হায়নিংলিবনো হায়বা ঐ খঙই হেম। য়ুমদা লৈবদা ইমা-ইচা রানা পুক-মখৈদি থনগনি, অদুবু নঙবু কমদৌদুনা লুহোংবিগদগে হায়যু ইবেম্মা?"

হেমনলিনীনা হায়বকই, "লুহোংবিদবা য়াত্রা?"

"জাত তাগনিনে।"

হেমনলিনীনা হায়বকই, "তাজসনু কৈদৌনি ইমা। ঐখোয় ইমা-ইচা লৈমিন্নগনি—রানা চবা তানগনি, ঐখোয় জাত তাব্রগা কৈদৌনি, তাইগনা কৈদৌনি। পৃথিবীদা জাত য়াম্না লৈ ইমা, মচাক্পীবু লুহোংবিদবদা মখোয়দি জাত তাদে। ঐখোয় অদু নত্রগনা মখোয়শুম্না লৈগনি।

মচাক্পীগী রা তাবদা সুলোচনানা অম্মুক রারবা মরক অসিদস্তু নোকক্নৎ তৌরকই, হায়রকই, "মহু ওইরবস্সু খুঙ্গং থাদোকপা তাবনি। জাত তারবদি কনানস্সু শুমাং-রাই শিংননবা কাওবা কৌরয়োই।"

হেমনলিনীনা অমুক খুমদ্রে। মপাল নাইদনা কজদবা মওংগী ওইবা রাখলনা মতুং ইন্নরকই, মহুশিংদু নমথরদুনা মহাক তুমিন্না লম্বীদা চৎলকই।

লম্বী অদু গঙ্গা মপান্দা তোরৈ মতুং ইন্না চৎতুনা খুঙংবু থেরু-খোয়না ক্যাওরগা শ্রীরামপুরগী স্টেশন তাখ্রি, মখোয়না লম্বী অদুগী মতুং ইন্দুনা চাউরাক্লা য়ুথক অমগী লাক্লগা লম্বী ময়াদা লৈরিবা সিদ্ধেশ্বরীগী মন্দিরগী মমাংদা চংলক্লুনা লেপ্লরে। মওক্তা মকি য়েংতুনা হেমনলিনীনা খুক্ৰম্মী, হোৎগনলগা হায়রকই, "ইমা নোং শায়ে, ঐ লম্বী চৎপা ঙম্লকাইরে।"

সুলোচনা মখামকস্তু ঙাকাইরিবনি। মথাদা হনুবী অমা প্রাতঃ স্নান তৌবা লাক্লি, মঙোন্দা হংলকই, "ইমা, শ্রীরামপুর স্টেশনগী লম্বীবু মসি নত্রা?"

হনুবীতুনা ওাইহাক মহাক্কী মাইথোংদা য়েংলগা হংলকই, "নখোয়বু কদায়দগী লাক্লিবনো ইবেম্মা?"

হংলিবা অদুগী পাউখুম পীদনা সুলোচনামা হায়রকই, "স্টেশন্দা চৎননবা লম্বী অতৌ অথোপ্পা লৈব্রা ইমা?"

মন্দিরগা মায়োক্নবা লৈরকখিবা অমা রেলবে লাইনগা শম্নখ্রি। হনুবীতুনা লম্বী অদু উৎতুনা হায়রকই, "লৈরক অসি বাখোন-থোয়গী খুঙ্গয়ামক্তা চৎলগা রেলগী লম্বীগা শরৈ। লম্বী অসিগী মতুং ইন্না চৎলু। রেল লম্বী মতুং ইন্না চুমথ্রিংনা ওইরোমদা চৎলবদি শ্রীরামপুর স্টেশন লোপ তাগনি— চৎলো ইবেম্মা, কীরুনিংঙাই লৈতে, কনানসু করিসু হায়রক্লোই।"

সুলোচনামানা করিগুম্বা মওংগী নীংহনবা অমতা তৌদনা মচাস্তুপীগী মথুং শমতুনা লৈরক অদুদা চংলকই।

# অনি

আমচন্দ্র থ্রিটতা গুণেন্দ্রগী অচৌবা বিল্ডিং খালি ওইবগুম লৈরি। অহুমগুবা ময়োলগী কা অমদা মহাক্কী তুম্ফম-কা ওইনৈ, অতুপা কা অমদনা লাইব্রিক পাকম ওইনৈ। অতৈ কাপ্শিং অমস্মুং অনিগুবা ময়োল অদু পূমহাং হাংনা লৈ; মখাগী ময়োলদা চাক থোংখা মুপা অমা, মীনাই অনি অমস্মুং চৌকিদার অমনা কা অমমম দখল তৌদুনা লৈ, অদু নত্তবা অতৈ কালিংচুকি শো লোম্লি।

গুণেন্দ্রগী মপাবুংনা য়োংকী কারবার তৌরম্বনা শিখিবা মতুংদা শেল য়াম্না পৈত্তুনা থমগী. মহাক্কী মচাসুপা অমত্তা নত্তবা মচা নুপা তরা লৈরম্বসু কন্নাসু শেল তানবগী দরকার ওইরোই; শেলচুদা নত্তনা মপাবুংগী য়োংকী কারবারচুসু য়োন-থোক্লগা গুণেন্দ্রনা ব্যাঙ্কতা অমা তৌশিন্লম্লা চিংনবা কোন্দুনা কোর্টতা উকিল ওইদুনা লৈরি।

অয়ুক পুং তরা তাপ্রে, মতম অদু কাওবা মহাক লাইব্রিক অমা পাদুনা লৈ, মীনাইনা চংলক্লগা হায়রকই, "বাবু, চাইংবা মতম ওইরে।"

"হৌগ্রৎলনি," হায়রগা অমুক পাদুনা লৈ।

মীনাইদুনা ডাইহাকতং লৈরগা হুন্দ্রগা হায়রকই, "নুপী অমিশক্কা ব্যায়ুপা উন্নুবা পাম্লি।"

গুণেন্দ্রনা ভক্কুনা লাইরিক্কগী মমাই থাঙ্গৎলগা হায়রকই, ""ঐগা ?"

"হোয় বাবু, অদোমগনি। অদোমগী—"

মহাক্না,রা ড়াংবা লোইহ্রিবৈগুমক্তদা সুলোচনা ইমুংদা চংলক্লে। গুণেন্দ্রনা লাইরিক খুমজিল্লগ হোগৎতুনা লেপ্লে।

সুলোচনানা মীনাইদুদা য়েংদুনা হায়রকই, "নঙদি নখোয়গী নথৌ তৌজরুরোচো।"

মীনাই চৎখ্রবদা হায়রকই, "গুণী, মখোয়গী বাবাদি কদায়, বাবাবু ?"

গুণেন্দ্রনা ভক্কুনা য়েংদুনা লৈ, পাউখুম পীবা ঙম্দ্রে।

সুলোচনানা নোককহৎ তৌনা হায়রকই, "ঐঙোন্দা মুন্না য়েংবনা শকখঙবা ঙম্লোই ইবুংঙো। চাউরাক্না চহি তরানিথোকপী মমাংদা নখোয়গা থংনবা মুম অসিদা ঐখোয় লৈরম্মী। চহি অহুদা নহাক নঙুন থাংই; ঐখোয়সু মুমদা হল্লি। নখোয়গী বাবাবু নুকান্দা লেঙখ্রবা।"

গুণেন্দ্রনা হায়রকই, "নত্তে; চহি অহুম শুরে মহাক শিখিবা।"

"শিখ্রকা। মহাকী নমে-ইথেম্মদি।"

"মহাকসু লৈত্রে। মহাক্না বাবাদগী হান্নদুম চৎখি।"

সুলোচনানা নুংশা মপী হোদোক্লগা হায়রকই, "খঙলে গুণগী ঐদমক মঙাইহৌরে। নহাকী নমানা শিখিবা মতম অহুদা নঙদি চহি তরেৎতা শুহৌরি। অদুগী তুংদা নঙুন থাংজিবা কাওবা

ঐগী ইনাকমক্তদা নহাক চাউরকখিবনি। হোয়, গুণী, নহাকী অপোকপী নমাবু শিংশিংলিব্রনে ?"

"গুণেন্দ্রমা খুদক্তি লৈমায়দা কুপ্পুনা মরাইবক শোক্লা খুরুম্লগা খুল্লা-উফুল" লৌদুনা মকোক্তা হাপ্লগা হৌগৎলক্লে, হায়বকই, "হোয়, ইমা! নহাকপু ?"

সুলোচনানা মখুৎ তিংথোক্লুনা মাগী মখদা শোক্লগা মশাগী খুদোন চুপ্লগা হায়রকই, "মানি ইবুংঙো, ঐনি।"

গুণেন্দ্রনা মনাক্তগী চৌকি অমা চিংশিন্দুনা থারগা হায়বকই, "ফম্মু ইমা।"

সুলোচনানা নোক্লুনা হায়রকই, "নঙগী আশ্রয়দা লাক্লবা মতমদবু কৌদোনা ফমদনি। ভাইখোনে, নঙবু হৌজিক ফাওবা লুহোংহ্রিব্রা ?"

হন্দক্তি গুণেন্দ্রনা নোকথোক্লগা হায়বকই, "হৌজিক ফাওবদি মতম ওইদ্রি।"

সুলোচনানা হায়রকই, "হন্দক্তি ওইরগনি। যুমদা নুপী-নহা কনাম্ম লৈত্রা ?"

"লৈত্তে।"

"চাক কনানা থোংবগে ?"

"বামোন অমা লৈ।"

সুলোচনানা হায়রকই, "বামোনগী অমুক দরকার লৈত্রে, ভসিদগী ঐনা থোংলগনি। ফরে," রাসি কোম্না ভাংনরসি। ঐগী অতৈ রা অম-অনি লৈরি," রাকমশিংতু তমদ্রি। খুঙ্গংদসু

ল্লৌ-ইথোক্লে থরা লৈরম্মী। মহাক্না মঙাং অমদা ম্বরাং-অপথা লৈত্রনা পূন্সি লেম্লরম্মী। মহুগী মতুংদা হৌখিবা চহিদা মহাক যাম্না থুংই। ল্লায়েংবগী থবক, অঙাং-অশা ঙনবা চৎপগী থবক তৌবদা লৈজবা পুম্নমক পুমকোক্লা ক্লোকহল্লগা থামলকী মমাংদা মহাক স্বর্গ কাখ্রে। হৌজিক উপায় লৈত্রবীদা চখোম অনিদং পীজৌ, মসিনি হায়জরিবা।"

মহাকী মমিত্তনা মপী তুপ তুপ তারকই। গুণেন্দ্রসু মমিত্তা মপী ঈয়া চেল্লক্লে। মহাক্না কপ্লিংনা হায়রকই, "মমাবু মচানা চাক পীজরোই, রাকম অসি থম্না মকম অসিদা লাক্লিব্রা ইমা ?"

সুলোচনানা মুক্তি কিক্লিনা মপী লৈথোক্লগা হায়রকই, "নত্তে নুপামচা, মত্র খঙ্গনা লাকপা নত্তে। মহা ওইরমরদি অমুক রাহুনসু লাক্লমদবা য়াই। নঙবু পিক্লিঙৈদা উখিবনি, ঙসি চহি তরানিথোইগী মতুংদা খুদোংচাদবা মতমদা নিংশিংলকপগা করিমত্তা চিংনবা লৈতনা ননাক্তা লাক্লিবনি। অদুদা নত্তনা রা অমগম্মু লৈ। ঐগী ইচান্নুপী হেমনলিনী—মা নঙমক্কী নচম্নুপীনি—মানা ঐখোন্দগী ফাওবা অমুক হেম্না সহায় লৈত্রব্রীনি। লুহোংবগী চহি মতাং য়োরে, অদুবু লুহোংবিবা ঙম্মরে। মহুগী উপায় নহাকমক্তা তৌগদবনি।"

গুণেন্দ্রনা হায়রকই, "মাবু পুরিবক্লিবা ক্লুরিগীনো ইমা ?"

সুলোচনানা হায়রকই, "পুরকই। অদুবু মহাক্কি য়াম্না রারৌচাউরীনি। ঙসিদা অসিগুম্বা রাশিংসি তাখিপক্ত্রা হায়বনা মাবু মখাদা হুমহুন্ননা থনমগা ঐ ইত্তোমদা মথক্লো কাব্রক্লপনি।"

গুণেশ্বরনা ফিংনা হৌগৎলগা মীনাইবু লাওদুনা কৌরগা হায়রকই, "হাই নন্দা, মখাদা হেম কম্লিবনি, চৎলো, অমুক্তা থুনা কৌরকউ।"

সুলোচনানা হায়রকই, "মাবু কনবিবদা নহাক খরচ তিংগনি—লমন অদু ঐন' করিগুম্বা নুমিত্তা—"

গুণেশ্বরন' মরক ৎৎতুনা পুনা য়াংনা হায়রকই, "অদুদি ইমা, ঐ মপান্দা থোকখ্রগে, ইমান ভাংনিংবদা ভাংবিহৌরো। অদুবু ঐগী ইমা শিথ্রবা তুংদা [illegible] কয়া তৌবিখি, পূন্নমক অদুগী লমনগী রাকম [illegible] হৌদোল্লবদি, অদু ওইরবদি হায়জ-হৌরিবসিনি ইমা, [illegible] ঠৈকাইদুনা মপান্দা থোক্কুনা লেপলুগনি। মদুগী শরুকপূদি কান্নদে—ইমাসু তুমিন্না লৈবিয়ু ঐসু তুমিন্না লৈজগে।"

সুলোচনানা নোক্কুনা হায়রকই, "মদুনা ফরে। অদুদি ওইরগা ইচানুপী য়ৌবক্লগনি, মাগী মমাংদা অমুক হায়রুবা য়াদে। অদুনা হৌজিক ল্লা অমগা হায়হৌখিগে। নপুল্লিংদা খল্লনু গুণী, ঐনা মমা ওইবগী মিৎয়েং মতুংইন্না ল্লা অসি হায়রিবনি, অদুবু হেম লাকপদা উগনি, নংগী নচলনুপী শক্তা-গুণদা, কনাগুম্বা মীশক অমতদা চন্নরোইদবী নত্তে। মাগী মপাবুংনা মাবু লাইরিক-লাইশু য়াম্না তম্বিরম্মী। অরোইবা চহি খরা অদু মদুতনা মহাক্কী অমত্তা ভাইরবা মথৌ ওইখি। ঐনা হায়রিবসিনি, সুপীমচা অসিনা লৈক-লৈরুবা ইমুং অদুবু ভালহনগনি। ও হেম, সোমদা চংলকউ সুপীমচা, মহাক অসি নংগী গুণী [illegible] —থরুম্মু।"

হেমনা কা মনুংদা চংলক্লগা কুন্থহুনা গুণেন্দ্রদা খুরুম্নগা মক লুক্লা লেপ্লরে। মাগী লমশাং লানপগী কাহৎলবা মাইথোংদা য়েংলগা গুণেন্দ্র ওকপনা তৌফম খঙদনা লেপতুনা লৈগ্রে। সুলোচনানা ফিভম অদু উবদগী ওইরম্বা য়াই, হায়রকই, "গুণী, হেমবু নঙগী নখুৎমক্তদা শিন্নরমগদবনি, করিগুম্বা লৈবাক্কী চৎনবীগী অথিংবা লৈরমদ্রবদি। ঐ শিরগা হেম নুমিৎ তরানি য়ুম মাংগনি, নঙসু নুমিৎ হুম্নি মাংগদবনি, অদুনা ধর্ম্মগী মতুংইন্না মা নঙগী নচল থোকই।"

গুণেন্দ্রনা ইন্দক্তি মশাবু কাথজরগা হেমদা হায়রকই, "হেম. তারেদনা ঐখোয়গী ইমা অমতনি হায়বা। ইমাগী য়ুমদা ঐগীগুম্না নঙগীসু অধিকার চপচানা লৈ। চৎলসি নখোয়গী চানবা শিল্লুসি।

সুলোচনানা খঙহৌদনা হায়রকই, "নঙক্তা উরিক-নগুন উদেনা!"

গুণেন্দ্র কুহিৎ লিৎতে, মহাক্না মশাদা হুম্বনা অমুক্কং য়েংলগা নোক্লুনা হায়রকই, "ঐখোয়দি ব্রাহ্মনি।"

"ব্রাহ্ম! নত্তে নত্তে ইবুংঙো, মদু অকবা মতে। অমরু ওইরবসু প্রায়শ্চিত তৌহুনা উরিক-নগুন থাংউ।

গুণেন্দ্রনা হায়রকই, "থবক অদু ঐনা তৌখিবা নত্তে, বাবা মশামক্না তৌরম্বনি, অদুবু, প্রায়শ্চিত তৌবগীদমক করিগুম্বা কান্নবা অমতা উদে। ব্রাহ্ম-মত অসি কত্তে হায়না খন্দে।"

---

★ব্রাহ্ম—রাজা রামমোহন রায়না শিংথৎলম্বা অনৌবা ধর্ম্মনি।

সুলোচনা মপুক্কিংদা অকনবা চৈনাখোন ফাওবগুম ষমথগ্রে। ভাইহাক লৈরগা নুংশামপী তোন্দোল্লগা হায়বকই, "খওগ্রেদা কবিগীনো মীওইবনা অস্তুক হাক্কু রাখল চাইনবিবা।"

গুণেন্দ্রনা নোক্কুনা হায়বকই, "রাখল চোইবগী রা অতে মওমদস্থু ভাংনবা য়াই ইম, হৌজিক্তি চাকশঙদা চংলসি।"

## অষ্টম

লক্ষ্মী-চৎপনা উখাদা চাক থোংহুনা চাবগা চক্ষুদু হুন্দোক্লমহুনা চৎখি অমস্তুং মতম অদুদা হয়া য়েংলুদে চক্ষুদু কায়হৌবগ্রা, সংসারদা মী চামদা মরিক্ষুতবাদি মতৌ অম্মুমক তৌহুনা সরস্বতীগী মকমদগী ওইজবা তাল্লগা ইমা লক্ষ্মীগী লম্বী ময়াদা দুংশি-হৈতবা মওংদা মহাকপু লাক্কুনা লংথোকই—ইন্না অমুক্তা ফাওবা য়েংলুদে মহাক কায়গ্রব্রা হিংহৌরিব্রা। গুণেন্দ্রদি মতৌ অদুম্বা তৌদে। মহাক্না মপুক্কিদা শ্রাদ্ধ লৈনা সেবা তৌজরকপগুম উকিল ওইরবস্থু তশেংনা মহুম্না তৌহুনা সরস্বতীগী সেবা তৌরি। মহাক্কী লাইব্রেরী কা লাইরিক্না থম্না লৈ; কা অদুমক্কী মনুংদা হেমনলিনী থোইদোক্না চংজকম কংজে। গুণেন্দ্র পোৎ লোইশিন-খমজিনবা হৈবা মীওই মত্তে হায়হুনা মহাক্কী লাইরিক আলমারিগী মপালদা অমুক্তং থোকগ্রবদি মদু অমুক শাক হেক মনুংদা চংবা কংলমদে। টেবিলদা চৈয়ারদা, মথাদা সালিচাদা ভাহুনা মতম শাংনা লৈরবদা করিগুম্বা মওং অমদা নন্দাগী মত্তেংনা মনুংদা চংব ফংই. মবুবার লৈরবগু

মপান্দা অমুক থোক—অদুম মরক্তা তীনখি। লাইব্রিকী লিষ্ট অমসু লৈরম্মী হায়বা য়াই, অদুবু মদু থবক্তা শিজিন্ননবা উপায় করিমতা লৈরমদে।

হেমনলিনীনা চোয়জারনরিবা অদু নুমিৎ হুম্নি-মরিনিগী মনুংদা মওং তানা শেমজিন্দুনা থম্মী। নোংমা আলমারি অমা শংদোক্লবা লাইব্রিক পুন্নমক মখাদা থাংথ ম্মী, অসিগুম্বা মতম অসিদা গুণেন্দ্র কাদুদা চংলকই। মহাকপু উবদা হেমনা হায়রকই, "গুণীদাদা, লাইব্রিকশিং অসি অসিদগী আলমারিসিদা, অসিদগী লাইব্রিকশিংসিনা সিদগী আলমারিসিদা হাপ্লবদি য়াম্না সুবিধা ওইগনি হায়না হায়বা"

গুণেন্দ্রনা কোইয়েং য়েংলগা হায়রকই, "করি সুবিধা ওইগদগে?"

হেমনা হায়রকই, "এঃ, সুবিধা ওইরোইদ্রা? উদত্রা, লাইব্রিকশিং অসি সিধা কমদোই—"

গুণেন্দ্রনা শককম হুজিন্না হায়রকই, "উরে হায়বা য়াই, সুবিধা য়াম্না ওইগনি।"

হেমনা চৌকি অমদা ফেক ফমথরগা হায়রকই, "চৎপিও চৎলো—লোইশিন্নরোই, নহাকী ফননবা তৌরকবগী কান্নদে।"

গুণেন্দ্র লাইব্রিক অমা লৌরগা নোক্তুনা মপান্দা থোকখ্রে।

কা অসিদা হেমনলিনী অমুকী নুংদাংগী লৈ হায়দুনা গুণেন্দ্র হন্দক-ময়ক মহাকী তুকম ... না লাইব্রিক-লাইগু তৌই।

নোংমা নোংমাইজিংগী নুংথিলদা হেমনা মপান্দগী কৌদুনা হায়রকই, "গুণীদাদা, চংলক্কে ?"

গুণীনা মনুংদগী খুম্লকই, "চংলকউ।"

হেমনা কা মনুংদা চংলকপগা হায়রকই, "নহাক্না মতম পূম্নমক্তা তুম্ফম কা অসিদা লাইবিক পাম্বিবা কবিগীনো ?"

"দোষ করি লৈবগে ? কাসিদা পারবদি লাইরিক হৈবা হঙ্গগদ্রা ?"

"নহাক্কী লাইব্রেরী কাদা অমুক কুইবসি পায়কপদি হঙ্গনা হৈবকপ্রা ?"

গুণেন্দ্রনা হায়বকই, "হঙ্গদে হায়বা য়াই, অদুবু শংলম্মী— কাসিদা মতুশিংদু মুল্লে।"

হেম অহানবদা নোক্লকই, অদুবু রা অদু ভাব তাবা ঙমদ্রবদুনা শকফম হঙ্গিন্না হায়রকই, "নহাক্তি ফাগি-করাংদা তৌই। নহাকপু রা অমতম্তু চম্না ঙাংবা হৈত্রা ?"

গুণেন্দ্রনা খোঙেল থোক্তনা নোক্লকই, পাউথুম পীদে।

হেমনা হায়রকই, "অদুবু ঐদি খঙই, কা অদুদা ঐ লৈ হায়দুনা নহাক চংত্রিবনি। ঐবু মহাক্না ঈকাই। অদুবু ঐদি নহাকপু অসুপশিং কাওবা ঈকাইদে।"

গুণীনা হায়রকই, "করিগী ঈকাইত্রিবনো, ঈকাইকমদি থোকপনি।"

হেমনা মমাইদা চাইথরম্বা শম্লাং মখুৎনা খোমগৎতুনা হাই-গৎলগা হায়রকই, "নহাকপু অমুক ঈকাইক্লরা তারিব্রা, নহাকপু

মীতোপ্ল' ? মত্থ য়ারোই গুণীদাদা, চৎলসি কা অত্থুদা।" হায়রগা মহাক্লা লাইরিকশিং অত্থ খোমজিল্লগা পুত্থনা মপান্দা থোকখ্রে।

হেমনা মতম চুপ্পদা শিনবগীদমক্তা লিক, খুজি, লৈ অসিন-চিংবা সনাগী লৈতেং কয়ামরুম গুণীনা লৈবিবকই। সুলোচনানা মত্থ উবদা হায়রকই, "কবিগীনো নুপামচা পৃন্নমক অসিবু ?"

গুণীনা হায়রকই, "খবসিদনা কৈদৌনি ইমা, মসিদক্ষস্থ য়াম্না হেন্নত্থুম থোক্লিংলিবনি। লিক-কোল য়াউদনা নুপীমচানা মপান্দা থোকপা য়াদে।"

সুলোচনা অমুক রা মখা তাথরুবা ওমদ্রে। অত্থুবু মতাক মপুক্লিংদদি নিংজিং-মাংজিংনরকই। মখোয় অনি অসি কমদৌ-ত্থনো অমুক হাক্লা চান্ন-চিন্নখ্রিবসি, য়াকম অসি মহাক্লা মরক মরক্তা হেক হেক থল্লকই। নোংমা মহাক্লা গুণীবু কৌশিল্লগা হায়বকই, "লাক্লিবা হিয়াঙ্গৈ থা অসি লাম্থোকহল্লিংদে নুপামচা। মওং অমদবু ওইরবস্থ মাবু লুহোংথোকপিদবা য়াদ্রে। নুপীমচা চাউশিল্লক্লে।"

গুণীনা হায়রকই, "মত্থুগীদমক য়াবিক্রনু ইমা। অত্থুবু মখোও-মখুৎ পুনশিল্লগা জেলদা থমলুবা ফাওবদি ওমজরোই। মতিক চাবা নুপা পাম্মী।"

সুলোচনানা মুংশামগী হোম্দোক্লগা হায়রকই, "নুপা অফ-ফত্তদি মাগী মরাইবক্তি গুণী। ঐখোয়গী থবক ঐখোয়না তৌগনি, অত্থুগী মতুং তাবদি ঈশ্বরগী মথুত্তা লৈ।"

"মচু অচুম্বা রা নত্তে," হায়রম্লগা গুণী চৎখ্রে। মহাক্কী মাইথোংদা অমুবা মমি অমা তাখ্রে, স্থলোচনানা মচু উরদুনা মুংশা মপী অমগা অমুক হোন্দোক্লগা মশাগী মথৌদা চৎখ্রে। মপুক্লিংদা খল্লকই, নত্তে, চুমদ্রে—য়ারিবমখৈ গুনা কনাদনো থাজথোকখিবনা ফে।

নুমিৎ ফনা কুইরবগী তুদা হেমনা খঙহৌদনা চংলকপগা হায়বকই, "হৌজিক ফাওবা তুপ্লিব্রা— ফি হোংদ্রিব্রা? থুনা হোগৎলো।"

গুণীনা কমুংদা হিপত্তুনা ছুমিন্না য়েংদুনা লৈ। হেমনা আলমারিগী ময়াদা চংশিল্লগা আলমারি শৎ হাংদোক্লগা নোট মপুল অমগা অচোইবা খরগা লৌথোক্লগা মফি ফির্জিদা কিশিনখ্রে। শো লোল্লগা মনাক্তা চংশিল্লগা হায়রকই, "নখোঙদা তুজরি গুণীদাদা, অমুক থিন্থরনু হোগৎলো। ছুকান থিংখ্রনি।"

গুণীনা মহাক্কী অকে-অমৌ উবদা খরমখৈ ভাবনা শারম্মী, হংলকই, "কদায়দা চৎসি হায়রিবনো?"

হেমনা ফিংনা হায়রকই, "ঙকচরেদা! গাড়ী স্থেডী তৌ হায়না পুং অমগী মমাংদা হায়খ্রবনি। হৌজিক নহাক্না কদায়দা চৎসি হায়রিবনো হংলিবা!"

গুণীনা হায়রকই, "কোচমেনদি খঙলম্বা য়াই কদায়দা চৎকদৌরিবনো হায়বা; ঐদি কোচমেন নত্তে, ঐনা কমদৌনা খঙপদগে?"

হেম নোকথোরক্লে, হায়রকই, "নহাক করিগী কোচমেন ওইগদৌরিবনো গুণীদাদা? চৎলসি, তুকান থিংগনি।"

"করম্বা তুকান?"

"লাইরিকী তুকাননে! নঙোন্দা মানদানা হায়রমক্রা? ঐনা মঙোন্দা হায়খিবনিনে! বাংলাগী ফজ-ফজবা অনৌবা লাইরিক কয়া ফোঙলে—ঐনা লিস্ট অমা শেম্লে।"

মহাক্কী মখুৎতা চে মচেৎ অমা পায়বা উরদুনা গুণীনা মখুৎ তিংথোক্লুনা হায়রকই, "লিষ্ট য়েংসি।"

"য়ারোই, রদু ওইরবদি নহাক্না লৈহল্লরোই।"

"অদু ওইরবদি হুরান্দুনা লৈরুরবসু পাহল্লোই।"

হেমনা চাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "ফরে চৎলসি গাড়ীদা য়েংহনগে।"

সন্ধ্যা মতমদা মথোয়না লাইরিক গাড়ী অমা থল্লা লৈরুরগা হল্লক্লে। সুলোচনানা মদু উবদা হায়রকই, "ইস! অসুক য়াম্বা লাইরিকপু কৈদৌনগদৌরিবনোনে!"

গুণীনা হায়রকই, "কনানা থঙগনি ইমা, পূন্নমক অসি হেমগী লাইরিক্নি। কাম্নদবা লাইরিক ময়াম অমা লৈরুদুনা শেল মাংহল্লুরিবনি।"

সুলোচনানা হায়রকই, "নঙনা শেল পীরিবা করিগীনো?"

গুণীনা হায়রকই, "ঐনা কৈদৌনা পীগদগে? শোর্দি মাগী মখুৎতা লৈ, মহাক মশানা শেল লোথোক্লবা, গাড়ী য়েড়ী

ত্তৌহল্লবা, অদুগী মতুংদা মশানা লৈদুনা পুরক্লবা—ঐদি গুণ্নগী চৎমিন্নরুবা মখৈতনি।"

হেমনা লাইরিক মপৈ মপৈ নন্দাগা মানদাগদা পীরগা থরনা মশামক্লা থাংদুনা অহুমশুবা মহোলগী কাদা পুদনা চৎল্রে।

সুলোচনানা হায়বকই, "গুণী, অদুক হাক্লা নথৌ শংলুনু নুপামচা! কদায়দা কনাগী মথুক্তা ত্তারুগনি খঙবা নত্তে, মতম অহুদা রাখনা শিগনি।"

গুণীনা মথক্তা লাইরিক পাকম কাদা চংলকপদা উবে, হেমনা গ্যাসকী থাউমৈ মখাদা কমদুনা লাইরিকশিং অদু লিষ্টকা চাশিন্নরি। হায়রকই, "ইমানা হায়রকই, নঙোন্দা অমুক মথৌ শংলুনু। কদায়দা কনাগী মথুক্তা ত্তাদুনা অম্না-অনা নংদুনা শিগনি।"

হেমনা মমাই লৈথোরক্তুনা শাউরংননা হায়রকই, "কৈদৌনা শিজরুগদগে? ঐবু লাইর-অনংবগী চমুংদা থাজব্রবদি ঐ নোং-ঙানবগা হেক্তা চেল্লকনি।"

গুণীনা নোক্তুনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি মদুনা কৈ।"

হেমনা পাউখুম পীদ্রে, থবক ত্তোদুনা লৈ। গুণেন্দ্র ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা য়াম্না তেনবা মুংশা মপী অমা কাজিন্দুনা মশাগী কাদা চৎল্রে।

দুর্গাপূজা লোইরে। বিজয়া দশমী নুমিত্তা গাড়ী তোংদুনা লাই থাদবা য়েংলুবগা মমাবু খুরুম্লগা হেম মথক্তা কাখৎল্রে। অহুমশুবা মহোলগী অহাংবা ছাদ মথক্তা থাবলগী মঙালদা গুণেন্দ্র হঙ্গৎ হন্দ্রা চৎদুনা লৈ. হেমনা মমাংদা চংশিল্লগা মহাকী মখোঙদা

মাইবক শোক্লগা খুরুম্লগা খুম্‌ উফুল্ল লৌদুনা হায়রগা হৌগৎলকই। গুণেন্দ্রনা রা-লাং ভাংদনা মহাক্কী মাইথোংদা য়েংদুনা হৈরম্বা উবদা অমুক্তি মহাক হাইফেৎ ঈকাইখুম্‌ তৌরকই। অদুবু খুদক অদুমক্তদা হায়রকই, "এঙোন্দা আশীর্ব্বাদ পীবিদ্রেনা গুণীদাদা?"

গুণেন্দ্র মফাওনখ্রে। হাথু হাথু, হায়রকই, "কনীগী পীদনি।"

"কদায় পীরিবদি?"

"পুক্নিংদা পীরবনি।"

হেমনা মচিন খুমদুনা নোক্লগা হায়রকই, "করি আশীর্ব্বাদ পীবিবগে হায়রিয়ু।"

খুদোংথীবদা তাদুনা মমৈথংদা গুণেন্দ্রনা শককম হুঙ্গিন্না হায়রকই, "আশীর্ব্বাদ তৌরগা হায়দোকপা হৈনদে। অদু ওইরবদি কন্না ফংলোই।"

হেমনা হায়রকই, "করে মতু য়াবে; ইমা খুরুম্লব্রা?"

"মতুর্বুদি নুংতিংগী খুরুম্নী।"

হেমনা ফিংনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, মতু য়ারোই। ঙসি বিজয়া দশমীনি, ঙসিদি থৌইদোক্না ইমাবু খুরুমগদবা নুমিৎনি। হুনা চৎলে—অদু নত্রবদি মহাক মথরায় নুংঙাইরোই।"

গুণেন্দ্র মখাদা কুমথখ্রে।

মেরা থাগী থায়ায় চনশিল্লকপদা নোংমা হেম্‌ নোংথাংম্লক য়্যা না ইমুংদা চংলকপগা হায়রকই, "নখোয়গী রারেম্‌ শুনিংঙাই

অহৈ লৈতবা, অদুগা নথৌ তৌন্নিংঙাই লৈত্রবা ? করিগীনো, ঐনা নখোয়গী করি তৌগনবগে ?" হায়রগা মহাক কপ্থোরক্লে।

গুণেন্দ্রনা তৌকম খঙদ্রদুনা হায়বকই, "করি তৌবগে হেম ?"

হেমনা কপ্না কপ্না হায়রকই, "করিস্সু খঙদবগুম্মী ! করি তৌরবগে হেম। ইমানা হায়রিবা, শান্তিপুরদরা কদায়দনো পুম্নমক লোইনখ্রে। ঐনা করিগুম্বা লুহোংনিংদ্রবদবু নখোয়না নম্রদুনা ইখাঙ ইখুৎ পুনশিন্দুনা লুহোংবিবা ঙমগদ্রা ?"

গুণেন্দ্রনা হন্দক্তি ভাব তাবদুনা নোক্তুনা হায়বকই, "ওঃ—বা অদুগী ওইরে। চাউবক্লে, নঙবু লুহোংবিবরোইদ্রনে ?"

"হোয়।"

"তোয হায়বদি করিনে ? লুহোংবিদ্রবদি জাত তাগনিনে ?"

"লুহোংদ্রবদি মখোয় জাত তাগদ্রা ?"

গুণেন্দ্রনা হায়রকই, "ঐখোয়দি তারোই— ঐখোয়দি ব্রাহ্মণনি। অস্তুবু নখোয়দি মতম চানা লুহোংদ্রবদি জাত তাই, অদুনা মতম চানা লুহোংবিবা তাখনি।"

হেমনা মপী তৈথোক্লগা হায়রকই, "নখোয়গীদুনা কে। নখোয়দি মীনি, অদুনা মীওইববু মতৌ অমুম্না কা-পুন্দুনা হাপ্তোক্তে। ঐ করিগুম্বা মঙংদস্সু যুমদ্রি থাদোক্তুনা চৎপা ঙম্মোই—নখোয়না কনা লৌতুনগে হায়বমখৈ-লৌতুনজরকস্সু।"

গুণেন্দ্রনা মহাকপু থেমজিন্নবগী রাখলদা খোঙ্গেল থাশিনা হায়রকই, "মদুস্সু য়াম্না ইনাকখুনবা ইমুংনি। মহাক্তু মপুক মপাউ

কৈ, লাইরিক হৈ, মবুদ্ধি লৈ, অচৌ-অশাং মচানি, মফম অহুন্দা নহাক করিস্থ ৱাকনিংঙাই লৈবোই।"

খজিক্তস্থ ঈংথদনা মচিং লাক্নুনা মশম-মনা খদৎ বদৎ কোইদৎলগা হেমনা হায়রকই, "মহু য়ারোই—শুপয়া য়াবোই, ঐ নঙোন্দা হায়হৌরিবসিনি। ঐ নখোয়গী মচি অমদা তুমিন্না কুন্দুনা লৈগনি, ঐবু পীজ-পীথকপিয়ু হায়দে। ঐ চরা হেন্দুনা লাইরিক পাকম কাদা উতুপ তাবগুম তাহুনা লৈজগনি—ঐনা করিস্থ পীয়ু হায়জরোই।"

গুণেন্দ্রনা নোক্লনবা হোৎনরগা হায়রকই, "মফম অদুদস্থ নঙগী লাইরিক পাকম কা ফংগনি। লৈরমদ্রগনা নহাকী কা অসিদা লৈরিবশিংসি ঐনা মকম অদুদা থিনবিরকনি।"

হেমনা রা অসি মনাদা হাপ্তুনা কপতুনা হায়রকই, "নহাক্না করিস্থ তৌবিকন্নু গুণীদাদা, করিস্থ তৌবিন্নু। লাক্লিবা হিয়াঙ্গৈ থা অসিদা? থা অসিগী মতুংদা? নখোঙদা তুজরি গুণীদাদা, নহাক্না হন্দকীসি থুগায়বিয়ু।"

মহাক কপ্পা উবদা গুণেন্দ্র মশামকস্থ মপী ঈরা চেল্লক্রে। মহাক্না করিগুম্বা মওং অমদা মশাবু ফাথজবগা হায়রকই, "মহুবু হেক্তা য়াক্লনে ইবেম্মা? মহু য়াদে। রা পূম্নমক লোয়নথ্রবনি।"

"কান্নদবা য়ারেন্নি! ওইয়োইদবদা রা লোয়নরিবনি! নহাক্না শিল্লকপনি, নহাক্সবু পাল্লবদি থুগায়বা ঙমগনি। ইথুৎ সোন্নহুনা হায়জরিবসিনি গুণীদাদা, ঐনা হায়জরিবসি য়াবিয়ু।"

সুলোচনানা মপুক্সিংদা চিংন-চিংননা মাগী মকুং ইস্নুনা তপ্পা মথক্তা কারকই, কা মসুংদা চংলক্লগা শাউনা হায়রকই, "নঙনা তৌরিবসি করিনো হেম! অঙাওবীগুম কয়িনো চোইরোল লোল্লিবতু? মারেপ্পপ্রবদবু লৈথোক-লৈশিন য়াখিগদ্রা? অদুগা থুগায়গদৌরিবনা করিগীনো? নঙগী নম্নাইবক ফবনা অসিগুম্বা নবুং কংজরিবনি। অসিগুম্বা ঙাই-শেল কংলে—নঙনা করি হায়রিবা, থুগায়বা? বাঙালী নিঙোলনা খ্রীস্টান নিঙে লগী মতৌগুম হনুবী ওইরবা ফাওবা লৈশাহুনা লৈরগে হায়রিব্রা? চৎলো মথাদা কুমথগ্রো।"

হেম চৎগ্রে, সুলোচনানা গুণেন্দ্রদা য়েংলহুনা হায়রকই, "মসি পূম্নমকপি অহিং-নুংথিল নাইদনা লাইরিক পাবগী ফলনি। পুং কুনমরি নোভেল, নাটক পাহুনদা লৈরবদি অম্মা মাথা চোইগল্লি। হিয়াঙ্গৈ থাদা মওং অমদবু ওইরবসু মাবু বিদায় তৌখিদবা য়াদে।"

গুণেন্দ্র তুমিন্না ফমহুনা লৈ। সুলোচনা ঙাইহাক অমুক লেপতুনা লৈরগা তপ্পা তপ্পা কুমথগ্রে।

নুমিৎ নিনিগী মতুংদা কোর্টতগী হল্লক্লগা করিনো লাইরিক অমগীদমক্তা গুণেন্দ্র লাইব্রেরী কাদা চংলকই, মসুংদগী হেমনা লাউরকই, "চংলক্কনু গুণীদাদা, ঐ চাক চায়ি।"

গুণীনা ঙকচাননা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "চাওদনা! ঐনা ইমুংদা চংলক্লবদি মাংগদ্রা?"

হেমনা হায়রকই, "কা থুংনা কার্পেট থাইনে।"

গুণীনা হায়রকই, "মগুগী মীনাই মুপী মানদানা চংবদদি জাত তাদে, ঐনা মণ্ডোন্দগী হেম্না ভোংত্রা ?"

হেমনা ঈকাই-খাংদগী নোক্তুনা হায়রকই, "অরে, চংলক-ও, ঐ চাক চাবা লোইরে।" হায়বগা পুখমচু ইথোক্তুনা টেবিলগী অসোম থংবা চিদায়দা থমখ্রে।

"নত্তে নত্তে, নঙ চাক চাথোকখো, চাখো, ঐ ফি হোং-দোকউখিগে।" হায়রম্লগা গুণী ওনা য়াংনা চৎখ্রে। মহাক্কী পুকনুংদা প্রোক প্রোক চাকপগুম তৌবকই।

থংনবা নুমিৎকী পুং তরা তাবদা গুণী চাক চাবা লোইদুনা হেক হৌগৎখিবগা হেমনা কদোমদগীনো চেঙশিল্লক্লগা মকম অদুদা ফেক কমথবগা হায়বকই, "অজ্ঞা-ইবুংঙো, পুখম সিদা ঐগী চাক হাপথবিররো।"

আজ্ঞা-ইবুঙোনা ঙক্তুনা হায়বকই, "মদুদি বাবুনা চাবম্বনি।"

হেমনা হায়রকই, "হোয়, হোয়, খঙই, নঙনা চাক্কা হাপথবিরকউ।"

থংনবা কাদা তারদুনা শুলোচনানা মনাক্তা চংলক্লগা হায়বকই, "তৌরিবদু করিনো হেম! মদুদি গুণীনা চাবম্বা লুখাক ওইরবা পুখম্নি, চৎলো, নাফ হোংদোকউচে অদুগা গঙ্গাজলনা শেংদোরকউ।"

পুখমদা লেম্লম্বা চাক চখোম অমা মচিন্দা হুক্লগা হেমনা হায়বকই, "আজ্ঞা চাক হাপথররো। গুণীদাদানা চারম্বা মফমদা ফমদুনা মাগী লুখাক চাবা সংস্কারদা মী কয়াগী লাইবক্তবু

কংজরমগাদগে ? লুখাক ওইরবা পুখম অসিদা চাক চাজবা কংবদি ঐগী ইরাইবক কথনি।"

সুলোচনানা চঙত্রদুনা মুন্ন' য়েংদুনা লে, ব মোম্না চাক-ইঙ্গাং অমুক লৌরুবগা চাপখররে।

গুণী মাঙ্গোলগী অসোম থংব' নাকলদা মচিন তেংলি, পূম্নমক তাহৌবে। সন্ধ্যা মতুংদা মহাক্না হেমদা হায়রকই, "হসি হেম জাত তারে।"

হেমনা লাইবিক অনৌবা অমা মপুক্কি চংনা পাবি, মমাই হাইগৎলক্লন' হায়বকই, "নঙ্গোন্দা কনান' হায়বগে ?"

"হায়নিংবনা হায়জসন্নু জাততি তাগ্রেদনা ?"

হেমনা মমাই হাইগৎলঙ্গা হায়রকই, "নহাক্না চারম্ব' পুখমদা চাবদা জাত তাদে—জাত শেম্লিবা মখোয়দুম্মু তারোই।"

গুণীনা লাপ্পক্না চেয়ার অমদা ফমথরগা হায়রকই, "মদু ওইনিংবা ওইজসন্নু, অদুবু তৌরুরিবদু অফবা নত্তে জাত নাইবা নখোয়দি নশা-নশাগী জাত অদু ঙাক্না চৎপা চুম্মী। মদুদা নত্তনা ইমাবুম্মু মথরায় নুংঙাইহন্নবনিনে।"

হেমনা ঙাইহাক তুমিন্ন, লেরুরগা খঙহৌদনা খঙশাউ শাউরকপগুম হায়রকই, "মসি নহাকী য়ুম নত্তবগুম্মী, নহাক্না খ্বাইদগী মখা থাবা, খ্বাইদগী ভোন্তবা মীশককুম্মী। মসি করিগুম্বা নহাক্না খাংবা ঙম্লবসু ঐদি ঙম্লোই। নহাক্না চারম্বা পুখমদা চারবদি ইমা মথরায় নুঙাইতে, অদুবু চাদ্রবদি ইমাদগী হেন রাংবা মহাক অদুবু মথরায় নু ঙাইহন্দব' ওইন' থোক্বনি। ফরে,

নহাক হৌজিক চৎলো— ঐ ঙাংবা খদাং চোক্লে, লাইরিক পাখিগে।" হায়রগা মহাক কাক্তোক্লিবা লাইরিকী লামাম্দা খুদক্তা লুকখম্রে।

গুণেন্দ্র ঙাইহাক চপ য়ুংনা কমথুনা লৈরম্লগা তুমিন্না হৌগৎতুনা চৎম্রে। মহাকী মমিত্তা কুপশিল্লম্বা অমুবা কিজং অম ঙসি ইখঙ খঙহৌদনা কদায়দনো মাংখিবগুম তৌই।

# মরি

হিয়াঙ্গৈ থাগী অরোইবদা নবদ্বীপ্তা ইনাক-খুনবা ইমুং অমদা হেমনলিনী লুহোংপ্রে। মহাক অরাপ্পদগী গুণীদাবু খুরুম্লগা মপু-রোইবগী য়ুমদা য়ুম্বানবা চৎখ্রে। মকম অদুদা মকুবোক, মনেম্বোক মচে-মনাওনুপী, মনম্মা-মচলনুপী কনাসু লৈরমদে। মপুরোইবগী হনুবা মথৌ অমসুং মপুরোইবগী লুহোংখ্রিবা মনাওনুপা—মহাক কলিকাতাদা লাইরিক তম্লি।

কিশোরিবাবু মশাগী চহি কুন্থ্রাতরুক্লোম ওয়রে। লুহোংলবা মতুংদা মহাক্তা সুলোচনাবুম য়ুম অসিদা পুরক্লবা কন্না তক্লরম্মী। সুলোচনানা য়ারক্তুনা মচানুপীদা চিঠি থারকই। মহাক নবদ্বীপ্তা লৈত্তুনা পূণ্য তাম্লিংই, মসি মাগী অপাম্বনি।

হেমনলিনীনা পাউথুমদা ইরম্মী, নহাক্তা লৈরিবা য়ুম অদু ইমা, য়ুম অত্তুগী মনিল ফংবদা নবদ্বীপ অপুম্বা লাম্লরবা য়াই।

মকম অহুদা লৈহুনস্থ নহাক্কা পূণ্য তানবা ওমন্ত্রবদি বৈকুণ্ঠদা চৎতুনস্থ তানবা ফংলোই। মাবু থাদোক্লমহুনা করিগুম্বা নহাক লাকপা থোক্লবদি ঐ ইশামক চৎতুনা মাগী মনাক্তা লৈরুগনি।

মচানুপীবু মহাক্কা মুম্না খগুই, অহুনা চৎপা ওমন্ত্রে হায়রবা য়াই, অহুবু মহাক্কী মপূক্লিংনদি অমুক্তা খগুত্রি-উত্রিবা নবদ্বীপকী ময়াদা অহিং-নুংথিল চুপ্পা কোইনা চৎতুনা লৈ।

মতৌ অস্থুম্না খ তরুক হৌগ্রে। নোংমা মহাক অমুক লৈবা ওমন্ত্রহুনা করিনো উৎসব অমগী থোদোক্তা নন্দাগা লোয়নহুনা টিমর তোংগ্রে। মকম অহু স্নৌরগা মহাক্কা মচানুপীবু অনাশক মানবা উবদা মথরায় রাহুনা হায়রকই, "সিদা কনাস্থ লৈত্রা, নঙবু স্নেংবি-থিবিদমাল্লে।"

মচানুপীনা হোয়-মাই অমতস্থ হায়রক্কে।

উৎসব লোইগ্রে, অহু ওইরবস্থ মহাক হনবগী মওং লৈত্রে হায়বা উহুনা নোংমা হেমনা হায়রকই, "কয়া কুইনা অমুক নয়া-মুপাগী য়ুমদা লৈথিগদগে ইমা? মীনা থীনা ওাংনখিগনিনে!"

সুলোচনানা শাউনা হায়রকই, "ঐবু তাম্থোকপা ওয়বদি নঙ হিংলনিহে! মসি অমবু ওইরবস্থ ইচা-ইয়াগী য়ুম্নি, মকম অহুদা ইশাগী করম্বা য়ুম লৈহুনা হনগদৌরিবনো হায়য়ু?"

হেমনা ওাইহাক চঙক্লনা ফমহুনা লৈরগা হায়রকই, "নহাক্কী দোষ লৈতে ইমা, মসি ঐখোয় মুপীগী হৈনজবী ধর্ম্মনি। ঐখোয়না ঐগী মীগী হেক্তা কাউথোকই।"

নুমিৎ হৌজিনখ্রে, দুর্গাপূজা অমুক ওইরক্লে। গুণীনা য়াম্না লাংজ-শিঞ্জদুনা পূজাগী ওইনা ফি-রোল থারকই। সুলোচনানা হেমবু মরুমদা কৌশিল্লগা হায়রম্মী, "ঐখোয়গী গুণী ব্রাহ্মনি হায়বদি য়াই, অদুবু পূন্নমক অসি খঙই।"

অথুম-অহাওনচিংবা লৈকাইদা য়েংস্থাক্নুনা, ফি-রোল ময়ামদা উৎতুনা মহাক্না হায়রম্মী, "ঐ য়ুমদা লৈতে হায়দুনা ঐগী ইচান্নুপানা মচলনুপীগীদমক তম্লক্লিবা পোৎনি।" অদুগা পূজা দর্শন তৌরগা মহাক ময়ুমদা হল্লগনি হায়বা রাকম অদুস্তু ময়ামগী মকমদা কেঙদোকই। মহাক চৎপগী মরিদা হেমনা নুমিৎ অদুদগী হৌনা করিগুম্বা রা অমতা ঙাংলক্কে, ঙসিস্তু তুমিন্না লৈত্রে। সুলোচনানা মদু খঙলদুনা মপুক্লিংদা হায়জরকই, "করিগুম্বদা ঈশ্বরনা মতম পীবিরক্লবদি নুমিৎ অদুদা খঙলক্কনি নুপীমচা, মচাবু পাদোক্কুনা চৎপদা মমাগী মথরায় কমদৌবগে হায়বা।'

অদুবু পুজা লোইরক্রিঙেদদগী সুলোচনা ম্যালেরিয়ানা য়াম্না কন্না নায়রক্লে। থা অমরোম অনা-চৈনাখোল থাংলক্লবা তুংদা নোংমা হেমনা হায়রকই, "অমুক করিনো ইমা, খুদোংথীবা মতমদা মধুসূদনবু শোঞ্জগদবনি, করিগুম্বা হিংনিংলবদি গুণীদুদাবু কৌখো।" ঙাংনা ঙাংনা মহাক্কী মমিৎ অনিমক পীরম্লু খুমহৎলক্লে, অদুগী মতুংদা পী অর-র শিস্থদুনা তারক্লে, য়ম্মাই থাঙ্গৎতুনা চপ যুংনা কম্মদুনা লৈত্রে।

মমানা হায়রকই, "মদুন্না ক্ষৌখো হেম, মঙোন্দা চিঠি ইদুনা থাখ্রো।"

মমাবু লৌরুনবগীদমক গুণেন্দ্রদা ময়ুমগী গোমস্তাবু চিঠি ইহল্লগা থম্মে।

নুমিৎ নিনিগী মতুংদা মানদা অমস্তুং চৌকিদার লাক্কুনা থুংলরে। হেমনা মানদাবু কৌশিল্লগা হংলকই, "গুণীদাদা লাক্লিবদি করিগীনো?"

মানদানা হায়বকই, "মহাকস্তু নারি। চাউরাক্লা হাপ্তা অনিরোম কাবক্লে, লোক থুংই, খুই, করিগুম্বা নুমিত্তন লাইহৌ য়াউই; অদু নত্রবদি মশামক লাক্লমগদবনি।"

গুণীদাদ লাক্কনি হায়না হেমনা আশা তৌজরম্বনি।

স্থলোচনা চৎখ্রে। গুণীনা লায়েং পথাপ শিল্লগা মীনাই নুপা মনাইনুপীগা লোয়ননা থাদুনা মহাকপু অঈং-অশা ওম্লনবগী-দমক্তা নোংচুপ্ত থাখ্রে। চৎলমদায়দা হায়রম্মী, "গুণী, নঙস্তু ঐগা লোয়ননা চৎলুসি ইবুংঙো, নঙগী নশাদুস্ত কয়া শেংঙ্ব্রে—চৎসি ঐখোয় অনি চৎলুসি।"

গুণেন্দ্রনা মহু য়াবা ঙমদ্রে। কলিকাতাদা মহাক্তী থবক লৈ, হায়দুনা মহাক নাম্থোক্কুনা লৈহৌরে।

নোংচুপ্তা লৈদুনা স্থলোচনা লায়েংলি। মহাক্লা নবদ্বীপ অমস্তুং কলিকাতাদা চিঠি ইদুনা পাউ খঙহনখ্রে, হকচাং মুংঙাইরবদি রাকচিংগী থামৈদা ইরৈবাক্তা হল্লক্কনি হায়বা।

হৌখিবা চহিগী হিয়াঙ্গৈগী কুনমরিনি শানবদা হেম লুহোংখি, ঙসি হিয়াঙ্গৈগী কুনমরিনি পানবদু অমুক থুংলরে। খঙহৌদনা

রাকম অসি নিংশিংলক্তুনা গুণীনা ঙাইহাক্তী ওইনা লাইরিক্কুগী মমাই লৈথোক্কুনা তরং-মালংদা তাউনা থোঙনাওগী মপান্দা য়েংলকই, অসিগুম্বা মতম অসিদা মনিংথোঙগী মপান্দা লেপতুনা অনৌবা চৌকিদারনা (হিন্দীদা) হায়রকই, "মহারাজ, অ ্বা টেলিগ্রাম অমা লাকই।"

গুণীনা মমাই লৈথোক্কুনা য়েংলকই, চৌকিদারনা মরম্লাই মবূদ্ধিনা পিয়নদু পুশিল্লকই। টেলিগ্রাম পীদুনা সহি লৌরগা সেলাম তৌরম্লগা মহাক চৎখ্রে। গুণী টেলিগ্রাম পাবদা ঙকপনা খম থেংখ্রে।

হেমনা পাউ পীরক্লি, মহাক খোঙশাল্লক্লে, হুগলীদা কুমথরগা ট্রেন তোংদুনা লাক্কনি, মরম অসিনা নুংথিল পুং অহুম-মরি তাবা মতমদা হাওড়া ষ্টেসন্দা গাড়ী শোয়দনা থাবিরকউ। মহাক কম্রিগীদমক্তা লাক্লিবনো, কনা কনা লোইনরকপগে, কিশোরিবাবু লোয়নখকপ্রা নত্রগা মহাক মতোমদা লাক্লিব্রা, করিস্থু খঙবা ঙম্লমদে। য়ুমদা নুপী-নহা কনাস্থ লৈতে; মানদা সুলোচনাগা লোয়নদুনা নোংচুপ্তা চৎখি, অদুনা গুণী হাইকেৎ তৌফম খঙলক্লে।

ড্রাইভর অরিবনা গাড়ী পুদুনা চৎখ্রে অমস্তুং সন্ধ্যা মমাং খরা ওইনা হেমবু পুদুনা হল্লক্লে। মীনাই-মীশল খরা লোয়নখকই অমস্তুং পোৎ-চৈ খরা পুরকই। গুণীনা হেমবু উবদা তূ খ্যাও চুংদুনা হায়রকই, "মসিবু করি মতৌনো, অঙাওবীগী মতৌগুম করি ফিজেৎনো নহাক্কা তৌরক্লিবসে, হায়য়ু?"

হেমনা লৈমায়দা কুপ্থুনা থুক্রম্নগা হায়রকই, "মথক্তা ম্যাথৎলসি. ভুমজগে।"

মথক্তা ড্রোইং রুমদা চংলগা চপ থুংনা কমথুনা মহাক্না হংলকই, "ইমাদি য়াকচিং খা য়ৌথ্রিভৈদা হল্লক্লোইদনা ?"

গুণীনা হায়রকই, "লাক্লোই, অদুম্মা ইম্নকখি।"

"অদু ওইরবদি মপোন্দা চৈরক অসিদা অমুক তাকহুৰগী কান্নবা লৈতে। অদুবু, ওক্লিবদি য়েংউ গুণীদাদা, ঙসিগী নুমিৎ অসিঘক্তদা বিদায় লৌখিবনি, ঙসিগী নুমিৎ অসিমক্তদা হল্লক্লবনি।"

গুণীনা খঙবা ঙমদ্রবুনা হায়রকই, "হল্লক্লগনে ?"

হেমনা অচম্বা মওংদা হায়রকই, "হল্লক্লমনা কমদৌনি। মফম অদুদা অমুক কৈদৌবগী লৈক্লখিমদগে ? করিগীনো, নহাক ঐগী ফিজেৎ-চাকচা উরবদম্বু করিমত্তা খঙবা ঙমত্রা ? নহাক শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোইদ্রে, ঙসি লাক্লিবনি।"

গুণী নুংবংননা কমথুনা লৈদ্রে। কনা কুইনা লৈরবা মখুংদা হায়রকই, "পাউ অমতম্ব শীরকখিদে—কিশোরীবাবু কমদৌছুনা অদুম্মা তৌপ্রিবনো ?"

হেমনা হায়রকই, "মুমশকৈশগী সন্ধ্যা মতমদা মহাক কোলেরানা নারে হায়বা খুদম উবা ফংই। লম অদুদা ঙম্বমখৈ হোৎনখুনা লায়েংই, অদুবু করিমতা কান্নবা ফংখিদে। মথংগী নুমিৎকী অয়ুক পুং তরা তাবদা লৈখিদে।"

গুণীনা ঙাইহাক লৈরগা শিন্থরক্লিবা পীরগা-লোন্না তৈথোক্লগা হায়রকই, "অদুবু ইমা তাগ্রবদি শোয়দনা ঙম্লগনি। মহাক্না খওড্রিমখৈ ফরবনি।"

হেমনা হায়রবই, "কমদোঁদগে গুণীদাদা? নখোয়না ঈশ্বরগী মায়োক্তা লৌতুনখি, র কম অদু শুধগী এতনা ইপুক্কুদা খঙজবা ঙম্লম্মী। মতম অদুদ নখোয়না ঐগী রা লৌবিখিদে—হৌজিক তেংথা নাওইরুদুনা করি কান্নগনি। —চাক য়াম্না লাম্মে, করি চাগে হায়দুদনা? অদুবু ঐ য়াম্না চোকখরে, অদুনা থোংলুবস্থু ঙম্লোই—উহৈ-রাইৈ খর্দা চাদুনা ঙসিগীদি অদুম লেল্লগে।"

গুণীনা হায়রকই, "ঙসাই অযুকস্থু চারক্রা?"

"চাদে। অঙ্কুক্রা ঙ্কিরু কাবা তাখি।"

য়াকচিংগী থাখৈদা স্থলোচনা হল্লক্লে, অদুবু লায়না কোক্নুনা হল্লকপাদি ঙম্খিদ্রে! অদুগী মতুংদা ইমুংদা চৎলকপদা দৃশ্য অদু উবদগী নুমিৎ অদুমক্তদগী অমুক নাবা হেঞ্জিনখ্রে! মৈচাক অসিনা মহাক্কী থম্মোয়দা টানা লেংবগুম থোকখ্রে। লায়েংবা অমস্থুং সেবা-স্থুংবাদা অরাৎপা লৈতে, অদুবু মহুদা করিস্থু কান্নবা ফংদবগুম্মী। নোংমা মহাক্কী মখোঙ মথুৎ পোমখংলকপ উবদা গুণীনা থোইদোক্না চিংনরক্লে। নুমিৎ অদুদা মহাক্নস্থু গুণীবু অচিকপদা ফংলদুনা হায়রকই, "অমুক কমদোক্লনি স্থলামচা, কনা হোৎনরুদুনা! ঐবু শান্তি থরা ফনা চৎহল্লু।"

গুণীনা মপী থিংলদুনা হায়রকই, 'করি তৌরবগে ইমা, নহাক্না অদুক হাক্না নিংবা কায়রিববু?"

সুলোচনানা হায়রকই, "ফরে, নহাক হায়মু, ঐনা আশা তৌনিংঙাই অমুক করি লৈরিবগে ?"

গুণী মাইথোং লুক্লা লৈপ্রে।

সুলোচনানা হায়রকই, "গুণী, ঐ অদুক অপঙবী নত্তে নুপামচা। ঐনা খঙনা-উনা তৌখিবা পাপ অদুনা ঐঙোন্দা নুংদগী মিৎকুপ-মিৎকুপকী চাশিল্লকপগুম্মী।" ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা অমুক হায়রকই, "রাফম অমা ঐঙোন্দা শৈংনা হায়মু গুণী। ঐ মুন্না খঙই, নোংমা নঙনা ঐগী হেমদু নুংশিরম্মী, অমুক্তং হোৎনদুনা মহাকপু অমুক নুংশিবা ঙন্নরোইদ্রনে ?"

গুণীনা মাইথোং লুক্লা হায়রকই, "মাবুদি পূন্সি চুপ্পগী ওইনা নুংশিজবিবনি ইমা ! নুমিৎ অদুদসু নুংশিজখি, ঙসিসু নুংশিজরি। মাগীদমক্তা ইমানা ফরিসু খনবিরুনিংঙাই লৈতে, ঐনা হিংলিঙৈদা মহাকপু করিগুম্বা অরাবা অমত্তা ফংহল্লোই।"

সুলোচনানা হায়রকই; "মদু খঙই। ফবে, ঐগী অরোইবা আশীর্ব্বাদ অসি নখোয়দা পীরবনি, রাফম অসি মঙোন্দা তম্মু। অদুগা রা অমনা নুপামচা—মফম অসিদা লৈরিঙৈদা হেমনা ঐঙোন্দা চিঠি ইরকখি,—ইমা মহাক্না লৈরিবা য়ুম অদুগী মনিল ফংবদদা নবদ্বীপ অপুম্বা শাম্নগদোরিবনি। মফম অদুদা লৈবদা ফাওবা নহাক্না পূণ্য তানবা ঙমজবদি বৈকুণ্ঠদা চৎতুনসু তানবা ফংলোই। অদুগা নুপামচা, ঐ শিরমদায় মতমদা ঐগী কোক্তা নখুৎ থমদুনা আশীর্ব্বাদ তৌ, ইপাপ কোকচনবা। ঐগী ইবাল অদু কয়া চাউবগে গুণী, মদু ঐ নত্তনা অতৈ কনাসু খঙদে।"

গুণীনা খোঙ্গেল থোক্তনা কপ্লকই। মহাক্না ভগ্নেংনমক মহাকপু মমাগুম নুংশিজৈ।

সুলোচনানা হায়রকই, "হেমগী মক্কমদা ঐগী কম্বিগুম্বা রা অমতা হায়রম্বা ঙমোইদৌরি। মাগী মশাক উবদা ঐগী থম্মোয়নুংদা খাংঙমদ-মৈশা লাংলকই। মীনা পোক্কবী মমাগী রারী লিনৈ, ঐদি পোক্কবী মমাদগীম্মু হেন্না মাগী য়েক্কবনি।"

মথংগী সুমিত্তা থোইদোক্না অনাবা কনশিল্লকই। মহাক হিংবগী আশা য়য়াম পূম্মক্না থাদোক্লম্রে। মহাক শোর হোনবা রাবা হৌগৎলকপমক্তদা মহাক্না হেমবু মনাক্তা কৌশিল্লগা মখদাংদা চুপ্পিরগা কপথোরক্লে।

"হেম, অছুদি বিদায় লৌরে সুপ্রীমচা!"

হেমনা মমাগী মথাদা গুথদুনা ছিক ছিক কপ্লক্লে। কনা কুইনা লৈববা মতুংদা ইঙ্গিতনা হৌগৎনবা হায়রগা মমানা হায়রকই, "কপকনু সুপ্রীমচা। অরা-মুংগাইদা চহি তরামঙা নঙবু ইথাদা কোন্দুনা লেপ্লকপনি, ঙসি মতম ওইরে. অদুনা নঙগী নপাবুংগী নাক্তা চৎপা তারে। ঙসি ঐগী মুঙাইবা নুমিৎনি, ঙসি ঐ কপ্লমোইদবগি হেম, ঙসি নোক্না হরাওনা চৎলমগদবনি, করিগুম্বা নঙবু মতৌ অসুম্না মাংহল্লমদরা থোক্লমদি। ঐ ঈকাইখবনা নুংনাংবনা নঙগী নশক হম্না য়েংবা ঙমক্রেনে সুপ্রীমচা!"

হেমনা কপ্না কপ্না হায়রকই, "অদুম্না হায়বিরিবা করিগীনো ইম? ঐগী ইরাইবক্তা তম্মদু থোকশিবনি, মসিদা নহাকী থুং কমদৌনা চংগদগে?"

সুলোচনানা মরক থংতুনা হায়রকই, "ঐগী থুং চংশি, থুং অদু ঐ ইশাক্না ককথংচরে। নঙনদি লাইবক খিবননি হায়রি, অদুবু নঙগী মতৌগুম্না লাইবক ফবী নুপীমচা অমত্তসু লৈবাক অসিদা লৈরম্লোইদবনি ইবেম্মা, ঐনা করিগুম্বা মরক্তা থংতুনা পূম্নমক মাংহল্লমদবা থোক্লবদি। ঐ পূম্নমক খঙই; অদুনম্মিনে অরাবসি থম্মনবা মক্কম অমুক থিবা ফংব্রিবা। খঙদনা লম্ভ খিবা পাপকীদি উপায় লৈ, অদুবু খঙন-উনা তৌখিবা পাপ্তি কদায়দগী কোক্কদগে নুপীমচা?"

মহাক্কী মম্মিত্তগী মপী মতুম মতুম তপ তপ তারক্লে। হেমনা মফি ফিজিনা মপী তৈথোকপিরে, ঙাইহাক লৈরবা তুংদা সুলোচনানা অমুক হন্না হায়রকই, "নমাবু রায়ৌগক্লুকো নুপীমচা! রাকম অসি হায়দোক্লবদি তুংদা নঙগী য়াইফবা ওইরোইদ্রা হায়তুনা হায়রম্বা ঙম্নমদ্রবনি, ঙসি শিক্কমদার মতম অসিদা থুং লোয়তুনা হায়রমগদবনি—"

হেমনা থুনা য়াংনা মাগী মচিন্দা মথুংনা মেল্লগা কপতুনা হায়রকই, "করি তৌরগা নহাক সুংহোইগদগে—ঐহোন্দা তাকপিয়ু, ঐ মদুমক ইঙ্গনি। ঐদি করিগুম্বা নুমিৎতসু নহাক্না হায়বা ইন্দবা তৌখিদ্রি ইমা।"

সুলোচনানা য়ান্না রানা মহাক্কী পঙথরবা মথুং হেমগী মকোক্তা থমদুনা হায়রকই, "মহুংগীদমক্তনি চাকথেত্তুনা শিগদৌ-রিবসি হেম। ঐনা হায়রমগদবা রা গুণীদা হায়রম্লবনি, দরকার লৈববদি মহাক্না নঙোন্দা হায়রকনি। অদুবু ঙসিদি নঙগী

ফিজেৎ অসি হোংদোক্লকপগা লাকউদ চহি অমগী মমাংদ, য়ুম অসিদা শেংখি-ইনখিবা ফি-রোল অদুগা ঐবু খুরুম্ চংজকপদা শিরকপা ফি-কোল, ঐগী গুণীনা পীখিবশিং অদু শেং-ইন্দুনা, লিক-কোল শিন্দুনা ঐগী নাক্তা লেপ্পো লাও। মিৎকুপ অমত্তগী ওইনা ওইরবস্থু ঐবু ইশাগী পাপ্তুগী মুক্তি পীয়ু।"

হেম তুল্লিম্না হোৎন্থুনা চৎপ্রগা মমাগী য়াথং ঙাক্তুনা হল্লক্তুনা অসুরে; মমাগী চিনবান মতাংদা হরাও-মীমোকী মাম হাইক্নেৎ তাবগুম উই। মহাক্ন থোইদোক্লা খোঙ্জেল শেংনা হায়রকই, "ইবেম্মা, চহি নিফুমরি তুরবদা ঐনা করিগুম্বা মতমদস্থু কংলক্তবা জ্ঞান, বুদ্ধি অদু মিৎকুপ অমদা ফখিব্রা অদুনো চুপ্তুগী হল্লক্রগা ইহান হান্না নঙবু উখিবা মতম অদুদনি। মীনা হাযনৈ ক্নোক্তে বজ্র তারে; কনানা খঙগনি নুপীমচা মত্তৌ কয়াদ্নিনগে মহু, অত্তবু মুমিৎ অত্তদা ঐনা ফংখিবা মৈচাক অদুগী ভক্সায় ফলওবস্থু করিগুম্ব বজ্র তাবদা ফংলম্বা থোক্রবদি মেশা। অদু ঐগী খ্যাইদগী য়েক্নবা কাওবদা ফংহল্লিংদে। নমা ঐগী অচেৎপা য়াথং পীরম্লিবসিনি হেম, ফিজেৎ অসি অমুক্ন হোৎনোকউরগনু। কনানা খঙগনি, নুংগী থম্মোয় পানবা কনানা লুখ্রাবীগী ফিজেৎ অসি শেম্লম্লিবনো, ঙসি ঐনা অভিশাপ তৌরি, মাস্থ ঐগী ইত্তৌগুম থম্মোয় কায়দুনা অরানৈচেথেং ফংবা ওইসনু। নত্ত নত্তে হেম, খামগন্থ নুপীমচা, তয়েংদি ঐ অমুক রা ঙাংবা ঙম্রোই। ঙসি নঙোন্দা হায়রম্লি-বসিনি, নঙগী নুপাবুংগী মনাক্তা চৎলগা নঙবু উবদা মুংঙাইজবা ঙমনবা।"

মহাক অমুক শোর যুনগৎলক্লে" হেমনা মফি কিজিনা তপ্না তপ্না মমাই-মশিং তৈথোকপিবি মপান্দা খোঙউপকী মখোল তাহুনা হেমনা মকোক্তা মফি চিংখংপমক্তদা গুণী ডাক্তর-সাহেব পুক্তনা কা অতুগী থোংজিন মখা থোবক্লে। সুলোচনানা উবগা যিঙ্গৎপা মওংদা হায়রকই, 'ডাক্তর অমুক করিগীনা গুণী? মফম অতুদগী ভিজিত কি পীরগ মাবু বিদায় পীখ্রে, অতুগা নহক ঐগী ইনাক্ত চংলক্তুনা অমুক্তা কম্মোলাও।"

গুণীনা হায়রকই, "ইমা, থোইদোক্লা ইমাগী খুৎতু অমুক্ত —"

"নত্তে গুণী, নত্তে। অমুক ঐঙোন্দা নৈশ হাপ্লনুনে, চৎহনখ্রো মহাক"

হায়রিবসি ডাক্তর সাহেবনা খঙবা ঙমত্রে। মহাক্না কা মনুংদা চংলক্লগা মনাক্তা চৈকি অমা চিংশিল্লগা থার্মোমিটর লৌথোরক হেংদেনরকই। সুলোচনানা র বৌরক্তুনা হায়রকই, "মাগী বুদ্ধি অসি য়েংউ। মানা মসিগী মতেংনা ঐগী অনাবা য়েংগদৌরি। চৎলো গুণী, নন্দাবু থকচো, মাইবা অহৈবা অমা কৌহল্লুচো, কৰ্ম্মা কাল্দ যাত্র ঙেইগদগে ঐঙোন্দা কহেহল্লরসনু। হিদাক-লাংথক পুরক্তনু হায়খে"

সুলোচনা গ্যাসকী থাউমৈগী মঙাল থগা ঙমজগে, অদুনা কা অসিদা মতম পূম্নমক্তা মোমবাত্তি থাম্লি সন্ধ্যা ওইরক্তুনা। মীনাইচুপ্পী থাউমৈ থাঙ্গৎতুনা টেবিলদা থনম্লগা চৎখ্রে, সুলোচনানা হায়রকই, "ঙসিগী অহিংসিমক ঐগী অবোইবা অহিং ওইরবা য়াই। অদুনা ঙসিবু করিগুম্বা অচুম্বা রা ময়েক শেংনা হায়দোকপা

ভুমক্সবা, ভসি করিগুম্বা ঈকাই-ইকি থাদোক্লনা চিন্নগা থস্মোয়গা অমৃতা ওইহনবা ভমক্সবা, অদু ওক্টরবদি ঈশ্বরনা ঐ'ভোন্দা অক্ষুক্লা হেন্না দণ্ডি পীবিবা ওইসনু। অদুবু মহাক্লা মরাল লৈতবব্দি অমুক হন্না অরাবা পীবিদসনু! ঐগী পাপকী কল ঐভোন্দা পীবত্তনা ভমখৈ ওইরসনু।"

মহাক্লা ভাইহাক উতুপ ভাবগুম তাদুনা লৈরুবগা থঙহৌদনা নুংশা মপী শাংনা হোন্দোক্লগা কন্না নাহেরকই, হেমনা .তৌকম খঙদনা মমাই ময়াদা লূকথরগা হায়রকই, "করি তৌরে ইমা?"

স্বলোচনানা তপ্না তপ্না হায়রকই. "করিস্নু তৌদে নুপীমচা। নঙ নথন্দরা হেম, ঐগী গুনীগী মশক ঐ ইমিৎনা উরবনি— নুংগুম্বা থস্মোয় ফাওবনা মাবু চানবিগনি থক্লি, অদুবু ঐনদি চানবিখিদ্রে, অদুম ওইনমক মহাক্লা ঐখোয়গী তৌবিদবা করি লৈবি! স্বরে, অসিগুম্বা য়া অসি অমুক পল্লরোই। করিগুম্বা নুমিত্তস্নু কাউগনুকো নুপীমচা, মাগুম্বা মীশক্কী থস্মোয়দা মৈচাক পীরবদি ঈশ্বর মশামক্কী থস্মোয়দা ফাওরিবনি। মাগী ধর্ম্ম অদু, নঙগী ধর্ম্মস্নু মদুমক্লি। মসি ঐগী য়াথং নত্তে হেম, মসি মাগী ময়াথংনি, মহাকমক্কী য়াথংনা নখোয়না নোংমা উনবমক্তদা পূক্সিগী ওইনা অমতা ওইখিবনি। নত্তে নুপীমচা, ঈকাইনিংভাই লৈতে! পুন্নমক থঙজি-উরিবা মহাক্লা থস্মোয়দা লোন্না ভাম্ভোইদুনা লৈবিরগা য়া ভাংহল্লিবনি, মাবু থাজদবা তৌগনু— মাবু ঈকাই-খুন্নদবা তৌরোইদবনি, মাগী য়াথং ঐগী থস্মোয়দস্নু পীবিরকখি, অদুবু নাপললনা মদু তারুদে, থৌওইদদুনা ঈকাইবা পীখি, অদুনা

মত্থুগী কষ্ট কংলে। অদুবু নখোয়গী নকমদা ঐগী অরোইবা হায়জবা। অমত্তংদি নৈলেহৌরিবনি নুপীমচা, ঐগী গ্যাপপু পুন্সি চুপ্পদা মুইনা ঐহাক কত্তবা থৌশিলবু লেংদনা থমগনুক্কো।"

মানদানা চংলক্লগা হায়রকই, "ইমা-বেম্মা, মাইবা লেংলক্লে।"

সুলোচনানা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "মঙোন্দা চংলকউ হায়মু। হেম, নঙ অমুক্তা মপান্দা থোকউখো নুপীমচা।"

## মঙা

মমা শিখিবা মতুংমক্তদগী হেমনলিনীগী লোনচং-শাজৎ অঙকপা কংনা খঙহোং হোংনা উরকই। মনাক্তা নৈহুনসু মহাক নুমিৎ খুদিংগী মশাবু অরাপ্প পনমুং অমগী মাইকৈদা ইন্দুনা পুখিবগুম্মী। গুণেন্দ্র মতম চুপ্পদা অথাং-কনবা অমসুং রাঙাংগলবা মখলগী মীশক ওইরকই। অহোংবা অসি মহাক্তা অহানবমক্তদা খঙলম্মী, অদুবু তুমিন্না থাংহনা নৈ। খঙহৌদনা ধর্ম্মদা হেমনা করি রস কংগ্রবনো, মহাক্তনা খঙলিগনি, মহাক্তা নাটক, নোভেল, কবিতাগী লাইরিক ইস্তোক্তনা থমগ্রগা রামায়ণ মহাভারত, গীতা অমসুং উপনিষদকী বাংলা অনুবাদশিংগী মমুংদা মশাবু মপুং ফানা লুপশিঙহনগ্রে। মমাগী য়াথং নিংশিংহুনা মহাক্তা অমুক কিণৌ শেংত্রে হায়বদি য়াই. অদুগা মমা অনিদা হীরা থিনবা নৈ, খুজি অমসুং লিকসু লোথোক্তনা থমদে অচুম্বনি, অদুবু নুথাবী ওইবগী হৌনবী নিয়ম পুম্নমক থোইদোক্তা চেকশিন্না

মহাক্না ভাকপা হৌরকই। ফামদবা মথলগী থৌরেক পূন্নমক থাদোক্লবা মহাক্না মোংমগী চৎনা অমত্ৎ মথুৎনা থোংগী চাই। মতম অসিথক্কং অহুপা য়ুম্বুরেম্বী ওইবগী দরকার ভৌবা খবক লোইশিনবদা চংবা মতম থজিক্কং অদু কায়থোকপা নত্তনা মতম পূন্নমক্কা মহাক ধর্ম চর্চা তৌহুনা লে। করি করিগুম্বা মতমদা গুণীগী মনাক্ত ফম্লে, অহুবু থংমবা মিৎবুপমক্কদা করিগুম্ব ৎবক অমগী মমিংদা অতোপ্পা মফমদা চৎখি। মানা মহাকা লেমিন্নববু কৌবা হৌরক্লে, খঙহৌদনা লেথোক্লুন চেনবা অসিন অস্নুকী মতিক ময়েক শেংথ্রে মহুদি, ফনা কুইনা কুইনা তরং মালংদা তাম্বনা খোংনাওখী মখান্দা য়েঙ্হনা নুংেংননা ফমহুনা লে। নুমিৎ অহুকী মতিক হৌঞিবমখে মহাকী লোনচৎ শাজৎ অহুম অস্নুম কাহেক্ক কুপশিন্নকই। ফেল্ল কর্তৃথক্কন শেম্ম মনুংদা কাজাওদা থনম্বদগী অস্নুম অস্নুম অপিকপা কাদা মাপী শাথীবন্দ বন্দীবু পুন্নক্লুনা থম্মী, হেমন্না তশেংনা অহুমম্বথ মাগী থম্মোয়দা লৈরিবা কুনাগুম্ব। পাপ চেনবা মীশক অমগী মংথোক-চৎশিনগী লম্বী ওইরম্বহু অস্নুম অস্নুম খুঙ্জিলহন্নকই।

নোংমা মহাক্না ইখঙ খঙহৌদনা চংক্লক্লগা হায়রে, "গুণীদাদা, মন্ত্র লোয়রগে ?"

গুণীনা মাপী মাইথোংদ, য়েম্ন হগা হায়রকই, "করি মন্ত্রনো, গুরু মন্ত্ররা ?".

"হোয়।"

গুণীনা নোকুনা হায়রকই, "কীনিংঙাই লৈতে ইবেম্মা, নঙনা নশাবু কঞ্জম্মবগীদমক্তা নুংতিগী অনৌবা কবচ চেৎনা পুনশিঞ্জরুব্রবস্থু য়াই।"

হায়রিবসি হেমনা ভাব তাংমদবা য়াই, ডাইহাক মুন্না য়েংদুনা লৈবগা হায়রকই, "গুরুমন্ত্রগী দরকার লৈতব্রা ?"

গুণীনা হায়রকই, "লৈ, ঃদুবু চহি মতাং অদু ছৌজিকস্থু নঙগীদি ওইদ্রি। অদুদা নত্তনা, কনানো নহাক্কী গুরু, মদুদি ঐ খঙদে।"

হেমনা হায়রকই, "গুরু অদুদা ঐগী দরকার লৈতে, ঐদি নহাক্কী নকমদগী দীক্ষা লৌগনি।"

গুণীনা হায়রকই, "ঐগী ইকমদগী দীক্ষা লৌগদৌরিবা ? ঐনা দীক্ষাগী করি খঙগদগে হেম ? অদুদা নত্তনা, নখোয়না হিন্দুনি, ঐনাঃ ব্রাহ্মনি।"

হেমনা হায়রকই, "ঐ মহু খঙদে। ইমানা তাকপিরম্মী, মহাক্কী ধর্ম্ম অদু, ঐসি ধর্ম্মস্থু মতুমক্তিংগা ফবে গুণীদাদা, রা অনিগী অর্থ করিনো ?"

রা অনিগী অর্থ করিনো হায়বদু গুণীনা খঙই। অদুবু মহু হায়রদন ইমা চঙখ্রদবা মওংদা মহাক্না হায় কই, "ধর্ম্ম থুদিংমক অমতনি হায়না মহাক্না তাকপিরক্লা ওইরম্মা য়াই।"

হেমনা হায়রকই, "ধর্ম্ম থুদিংমক্তি অমতা নত্তে।"

গুণীনা ডাইহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "হেম, অসিগুম্বা লৈনবা অসি ঐদি কৈদৌঙৈদস্থু কনাগস্থু তৌরুদে।"

হেমন হায়রকই, "অদুবু ঐদি মীতোপ নত্তে।"

গুণীনা মদুগী পাউখুমদা হায়রকই, "নত্তে, নহাক ঐগী য়াম্না নক্লবা মীশক্নি, অদুবু নহাক্কদি অসিগুম্বসি নৈনরোই।"

হেমনা নিংবা কায়বগী মওংদা নুংশা মপী হোন্দোরগা হায়বকই, "কবিগুম্বা নহাক্না তাকপিরব্বদি ঐ কমদৌনা কনাদগী অমুক তাবা ফংগদগে?"

গুণীনা মাগী মাইথোংদা য়েংলদুনা মৈশা লাংনা হায়বকই, "নঙনা করি তাবা পাম্লিবনো?"

হেমনা হায়রকই, "গুণীদাদা, ঐনা নমদুনা নহাক্না চাবম্বা পুখমদা চাক্লবা নুমিৎ অদুদা নহাক্না খিংদুনা হায়বিখি,. তৌরিবদু অফবা নত্তে, জাত নাইবা নখোয়দি মদু ঙাক্ল চৎপা চুম্মী, অদুগা ঙসি হায়বিরি, ধর্ম্ম খুদিংমক অমতনি,—করম্বনা অচুম্বনো?"

গুণীনা হায়রকই, "নুমিৎ অদুদা ঐনা ইচম চম্না হায়খিবনি। অদুবু রাফম অনিমক অচুম্বনি। জাত অমসুং ধর্ম্ম অরেপ্পা পোৎশক অমতা নত্তে। দেশাচার, লোকাচার, গুণদগী মতম মতমগী ওইবা পোৎশক অমনি। অদুবু অতোপ্পা অমদুদি ইহকাল, পরকাল; কাল অনিমক্কী পোৎনি। অদুবু মদুনি হায়দুনা ধর্ম্ম ঙাক্না চৎলবদি জাত ঙাক্না চৎলক্কনি, মদুসু নত্তে; অদুগা জাত ঙাক্না চৎলবদি ধর্ম্ম ঙাক্লবনি, মদুসু নত্তে। জাত ঙাক্না চৎপদা অরাবা নংই, মীপুম খুদিংমক্না অরাবদু খাংঙমদে, খাংবা ঙম্বগী দরকারসু মতম পৃয়মক্তা ওক্তদে—অদুনা নঙোন্দা ঐনা নুমিৎ অদুদা রা অদু হায়খিবনি।" ঙাইহাক চপ য়ুংনা লৈরগা হায়রকই, "হেম, অনি

অসি ডাঙান ঙোঙানবনি, অদুম ওইনমক শাগোম্নদুনা লৈ। শাগোম্নদুনা লৈ হায়দুনমক্কি লম খঙবগী মতুং ইন্না ধর্ম্মগীস্সু খেন্নবা মখল মখল লৈরিবসি। ধর্ম্মগী অহৌবা রাক্ষম অদু পবকালগী রানি, শিবতনা ঙমখৈ নত্তে, রা অসিনি। সংসাব অসিদা নহাক হিন্দুনি, নহাকস্সু লেপতুনা লৈরি, ঐ ব্রাহ্মনি, ঐস্সু লেপতুনা লৈরি। ঈশ্বববুস্সু ধর্ম্ম পূন্নমক্না য়ারমদব। য়াই, অদুবু শিবদগীদি নাম্থোক্নবা উপায় লৈতে, রাক্ষম অসি নিগ্রোশিংগী লৈবাক্কী হৌনা লেপলেঙগী লৈবাক কাওবদা লৈবিবা লেবাক খুদিংমক্কী ধর্ম্মদা য়াওবিবনি। শিরবা তুংগী রাখল অদু নঙনস্সু খল্লি, ঐনস্সু খল্লি। ওইবস্বা যাই, মওং মান্নদনা খনবা, অদুবু খল্লিবা অশেংবা পোৎশক অত্তুদি অমত্তা ওইরস্বা য়াই, রাক্ষম অসিমক ইমানা শিরমদারদ' নঙোন্দা পাত্তাক ওইনা পীরস্বা ওইবস্বা য়াই।”

হেমনা কনা কুইনা তুমিন্না লৈরুবগা হায়রকই, “গুপ্নগী খনবদনদি ওইরোই. মদুগী উপায় কাওবদি পাস্মী।”

গুণীনা হায়বকই, “কবিগী পায়োইদগে। উপায অসি শিবদনি অস্তুক চায়েৎনবিবা, অস্নুক ইবাং তৌনরিবা। নঙগী উপায় অদু ঐনা পামদে, ঐগীস্সু নঙনা পামলুস্নু। মসি ভাবনা শাবা পোৎনি, প্রমাণ লৈবা পোৎ নত্তে, নত্তে হায়বদুনি য়েৎনবগী লোইব খস্বা নাইদ্রিবা, খৎনখস্সু লেপ্পা লৈত্রিবা। অদুবু নহাক্কী চাক থোংবা মতম ওইদ্রিব্রনে, হেম ?”

হেম মনা-মনিল্ল, নাইদনা হৌগৎলগা তপ্না তপ্ন চৎখ্রে। গুণী তবং-মাস্নংদা্ তাউনা অহাংবদা য়েংতুনা কমতুনা লৈ।

"গুণীদাদা !"

গুণীনা খংপ্রেক খংনা মমাই লৈথোবক্লগা হায়রকই, "করিনো হেম ?"

হেমনা হায়রকই, "করে, ঐনা চৎলিবা লম্বী অসি অচুম্বা লম্বীরা ?"

"কমদৌনা হায়বা ঙমগদগে ইরম্মা ? রাকম অতুদি নঙতনা খঙগদবনি। করিগুম্বা মতুদা নুংঙাইবা ফংলবা, শাস্তি ফংলবা, মতু ওইরবদি মতু তশেংনা অচুম্বা লম্বীনি।"

"অতুবু ঐদি করিস্থু ফংদে।"

মহাক্কী মৈচাক্কা খল্লবা খোঞ্জেলনা গুণীগী মমিত্তা মপী ঈরা চেলহনখ্রে। মহাক্কা য়াম্না ৱানা মতু খিংলগা তপ্না তপ্না হায়বকই, "অদ ওইববদি মতু তৌনিং করিগীনো ?"

হেমনা হায়রকই, "করানা খঙগনি গুণীদাদা, করিনোনা ঐবু চিংতুনা পুবগুম্মী, নমতুনা তৌহনবগুম্মী, ঐ লেপ্প ঙমদে।"

গুণীনা কবি হায়গদগে, খুদক্তা পাক হেক লাম্বা ফংদ্রে, অতুগী মতুংদা হায়রকই, "ওইরম্বা য়াই, নৌরি হায়তুনা অথানবদা নুংঙাইবা ফংদবা মমৈদা শোয়দনা যংলক্কনি।"

হেমনা লাংতক্লনা হায়রকই, "ফংগদ্রা ?"

"শোয়দনা ফংগনি। ধর্ম্মদা করিগুম্বা নুংঙাইবা, শান্তি ফংদ্রবদি কদায়দগী অমুক্ত ফংগদগে ? ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি, নোংমা নহাক শোয়দনা নুংঙাইরক্কনি।"

মুমিৎ নিনিগী মতুংদা থাবল ইং মদা অহাংবা ছাদ্ মথক্তা ষক থাহনা গুণী তুমিন্না হিপতুনা লৈরম্মী। হেম লাক্লগা মখোঙ ময়াদা ফম্লরে,—"খোঙ নোয়গে গুণীদাদা ?"

গুণীনা "নোয়য়্"হায়বগা মমিৎ উইশিনখ্রে। থাজগী মঙালদা লংখৎলবা মংইথোংদা য়েংলুনবগী মহাক্কী মথৌনা লৈখিদে। হেমনা তুমিন্না মখোঙ নোয়হনা লৈরম্বদগী খঙহৌদনা হায়রকই, "গুণীদাদা, লুখ্রাবী লুহোংবা ফত্রা ?"

গুণীনা অদুম মমিৎ উইশিন্না হায়বকই, "নঙনা কবি হায়নিংবগে ?"

হেমনা হায়বকই, "ঐদি মদু হায়গে লাকপা নত্তে, ভাগে লাকপনি।"

গুণীনা হায়বকই, "খোঙ নোয়ববিবদি মদুগী রাহৌদোক ওইবিনিনে ?"

হেমনা অচম্বা মওংদা হায়বকই, "নত্তে, মদু নত্তে। নহাক্কী নখোঙ ময়াদবু ফম্লরবদি ঐ নখোঙ নোয়নিংবগী মীহৌবা পাংথমজদে।"

গুণী তুমিন্না লৈখ্রে। মশাগী লৈয়েংবু গুণীনা থাজবা ঙমদ্রে। হেমনা হায়বকই, "কদায় খুম্বিদ্রেনা ?"

গুণী অদুম ওইনমক তুমিন্না লৈ। হেমনা মখোঙ খুয়াদা খুজিন্না খিতং শিক্লগা হায়রকই, "সে থুনা হায়রো হায়মি।"

গুণীনা হায়ববকই, "হায়রগে, অদুবু ঐগী রাহংগী পাউখুম হান্না পীখো।"

"করিনো ?"

"নহাক্কী নপুবোইকবু নহাক্না ফুংশিজ্রনে ?"

"খজিক্কস্সু ফুংশি'দে। রাকম অদু করিগুম্বা নুমিত্তস্সু পুরিংদা খনবা কাওবা খল্লুদে। মকমদুগী পৈস অমগী পোৎ কাওবা পুরক্কে, মখোয়না খোনবিবা কি অমা কাওবা শেৎলক-ইল্লক্কে। চাখি-থকখিবা অদুগী শরুক মরি হেম্না শিংদোক্লম্লবনি—মসিনি মখোয়গা ঐগা লৈনবিবা মরি।"

গুণীনা হায়রকই, "সতী-লক্ষ্মী মখোয়না মশা মশাগী মপু-রোইববু ফুংশিজে। লুখ্রাবী ওইরগা মখোয়না মপুরোইবগী মাইথোং নিংশিংজদুনা অমুক হন্না লুহোংদে। নখোয়গী ইমাগী মতৌগুম্না মখোয়না শিরমদায়দা মপুরোইবগী মনাক্তা চৎলিবনি হায়না থাজে।"

হেমনা হায়রকই, "ঐবু নখোয়না নমথুনা কা-পুন্দুনা লুহোংখিখিবনি। ঐস্সু সতী-লক্ষ্মীনি, অদুগা শিরমদায় মতমদা ঐ নহাক্কী ননাক্তা চৎলিবনি, রাখল অসিমক খঞ্জগনি। করে গুণীদাদা, শিরগা নহাক্কী নাক্তা লাকপা য়াগদ্রা ?"

মহাক্কী রা অসিদা অচেৎপস্সু য়াওদে, অপনবস্সু লৈতে, ঈকাইবা মরিক অমতা চেন্দে, মসি অমগী রা অমন, হায়বগুম্মী। মতম অদুগী হেমগা হৌজিক্কী হেমগা মীশক তোঙানবগুম্মী। গুণী উংখ্রে। হেমনা হায়রকই, "খুম্বিয়ু, নহাক্কী নাক্তা লাকপা য়ারোইদ্রা ?"

গুণীনা হায়রকই, "য়ারোই।"

য়াম্নোইদবা,—করিগীনো ?"

গুণীনা হায়রকই, "ঐগী কর্ম্ম ফলনা ঐবু কদায়দা পুগদগে, মহু ঐ খঙদে, নঙগী কর্ম্ম-ফলনা নঙবু বদ্বায়দা পুগদগে, মহু নঙনস্সু খঙদে। ঐগী কর্ম্ম-দোষনা শা ওইনা পোকলুবস্সু য়াই, নহাক্কা অমুক বামোম-নিঙোল ওইনা পোকলুবস্সু য়াই, মতম অহুদা ঐবু কমদোনা ফংগদগেনে? কর্ম্ম ফল হায়বসি করিগুম্বা অচুম্বা ওইরবদি মৈতৈ-মনাওগী লেংব্রবা মরি করিগুম্বা মওংদস্সু অচুম্বা ওইবা য়াম্নোই। ঐখোয়গী ভাবনা শাবা মরি অসিদি থোইদোক্না কবিস্সু লৈতবনি। কয়াদা থাপ্পরিবা, কয়াদা অনেম-অরাং নাইরিবা, মিৎমক্না উব ফংলিদনা, মসিমক কর্ম্মগী ফল ওইরম্বা য়াই। মসিবু করিগুম্বা নুংশিনবগী লীচিং অমতনা তেমথায়বা ঙমদে। সংসার অসিদা তমথীবা মপুরোইবা কয়াগী সতী-সাধ্বী ওইবী নুপী লৈ, মপুরোইবহু শিরগা যৎ ওইনা পোকখিবা য়াই— মসি নখোয়মক্কী শাস্ত্রগী রানি,—নঙনা করি পাম্লিবনো হেম, সতী-সাধ্বী ওইবী নুপী মখোয়না মপুন্সি চুপ্পা অকবা কর্ম্ম ত্তোজরক্লবগী তুংদা অবোইবদা যৎ অমগা যঙোলদা চংহনা লৈমিন্নরুগদ্রা? মহু য়াদে। অহু ওইরবদি অকবা থবক, কত্তবা থবক্কী অর্থ লৈরেতি। নুপীনা মশাগী কর্ম্মনা স্বর্গ কাই, মপুরোইবনা মপোক মপোক থুদিংগী নরক তাবা য়াই—লিশিংলক পামজহনস্সু অমুক থুংনবগী উপায় লৈতে।"

হেমনা নুংবংননা লৈরুরগা তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "অহু ওইরবদি তশেংনমক অমুক থুংননবা লম্বী লৈত্রব্রা?"

গুণীনা হায়রকই, "লৈত্রে। মঁতু দরকারস্তু ওইদে। মতুগী শরুকপুদি হেম, লীলা পূম্নমক্কগী অথোইবা লীলা শান্নবিরিবা মতাক অতুগী মনাক য়েংজবা চুম্লবদি অমুক হন্না কনাগী মনাক্কুস্তু চৎনিংবগী অপাম্বা পোক্লে. অতুম ওইনমক থুংনবা মথল পূম্নমক্কী পামজবতনা মশানা মশাবু মপুং ফাহল্লে. মহৈ য়ানগনি, নহাক্না থুংলবা অতুমকপু নিংজো। মতুগী লম্বীদগী নহাকপু কনানস্তু চিংতুনা পুখিবা ঙমদনবা ঐনা থাম্মোয় শংনা আশীর্বাদ তৌই, ঐখোয়দগী কংবা অরাবা পূম্নমক্কা লোইনা নহাকপু মহৈ য়ালহনবা ওইসনু।"

থাজগী মঙালদা হেমনা উরক্লে, গুণীগী মমিত্তুগী পী মবিক মবিক শিন্থরক্লে, মাগী মখোঙদা লাইবক শোরা থুরুম্লগা তপ্পা চৌগৎলগ চৎখ্রে। মহাক চৌগৎতুনা চৎখ্রে মতৌ অস্নুম্না কয়ারক তুমিন্ন চৌগৎতুনা চৎখি. অতুবু ঙসিদি কমদা থুন্নো গুণীগী পুরিং কাজিনবগী শক্তি পূম্ব, থাংবা কনবগী লীপুন পুন্না মতাক্কু মরু কুক্না কোঙোই থোক্লম্লগা চৎখিবগুম্মী। ঙসি মশাবু রাম্লোজবগা লোয়ননা মপুরিংদা থল্লকই, পুন্সিগী ওইবা থুদোংচাব থঙচৌদনা মিৎ-য়াংনা ভাউৎখিবগুম্মী, মখুৎ তিং-থোক্কুনা কাচৌদে। হেমনা নহাকপু কয়াগী মতিক নুংশিজবগে হায়বসি মহাক চিংজবা লৈতনা থঙজে ঙসি মহাকী মতিংগী ময়েক শেংনা তাৱবদস্তু মহাক্কা নক্তিগুম্ব মওংদন্না মশাগী রাজু পেংগু দাকচবা ঙমহৌদে। সুলোচনা হেক শিখিবদগী হায়গে হায়না নিংলক্লিবনি, হায়দোকপ ঙমদে। অস্নুম্নদি থবখি,

মসি শাথীনা মহু চৈনবা লিন্না তুমহুম লৈবক্তম্মী, খুংনা খিক্তং শোকলুবদা মরৈ তমহুনা ফুক হৌগংলক্কদবক্তম্মী। অহুনা মহাকপু মথুং পুনশিন্দুনা থমইশ্নক্লিবা অকীবা অহুমক্কা ঙসিগী অসিগুম্বা অহিং অসিদস্থ মহাকপু মথুং তিংথোকহনখিদবনি।

নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক ঙন্তা ঈরুজবগা হেমনা মহাবপু থুকুম্বা লাকই, মথংগী নুমিত্ত লাকপমক্তদা গুণীনা চিংনবা 'পুম্বা মথরায় খুবাক্তা হাপহুনা লাম্থোক্লগা হংলকই, "ঙরাং নঙনা লুখ্রাবী লুহোংবগী ৱাকম হংখিবহু করিগীনো?"

হেমনা হায়রকই, "পাউ চে অমদা থেংনখি, অহুননি।"

গুণীনা হায়রকই, "নহাক্না মহু কৈ থবত্রা?"

হেমনা শন্নগা হায়রকই, "অচা। মহুম্ব অমুক লুহোংবা কৌথিগত্রা?"

গুণীনা হংলকই, "কৈদৌবগী কৌরোইদোরিবনো? তিন্দু নত্তুনা পৃথিবীদা লৈবিবা জাতি খুদিংমক্তাদি লুখ্রাবী লুহোংবা চংবৈ"

"কান্নদবা ৱানি" হায়রগা মপান্দা থোকখিবদা, গুণীনা কৌশিল্লগা হাযরকই "অতোপ্পা ৱা অমগা লৈরি হেম।"

হেমনা হক্তিল্লক্তুনা লেপ্লগা হায়রকই, "করিনো?"

"নহাক্কী চহি কয়া শুরবগে?"

"তরাতিরুক।"

"চহি মতাংসিদা পুক্কি চুম্না সন্ন্যাসিনী ওইহুনা লেপ্লগত্রা?"

হেমনা নোককেৎ তৌনা হায়রকই, "অমুক কমদৌরুগদগে ? ইরাইবরুনি। নখোয়গী বুদ্ধিগুম।"

গুণীনা ভাইহাক মাগী মাইখোংদা য়েংহুনা লৈরগা হায়রকই, "অতৈ অতোপ্পা লম্বী অমতা লৈত্রব্রা ?"

"অমতা লৈত্রে গুণীদাদা, করিস্ম লৈত্রে।" হায়রম্নগা হেম মপান্দা থোকখ্রে।

না মা নোংমগী লৈশাং তম্নক্লিবা যৌবন্না হেমগী হকচাং কয়াৎ খুদিংমক মপুং মবৈ কাহল্লক্লে: মহাক্কী ধর্ম্ম বর্দ্ধনস্ম পূম্নমক অহুবু নমথংহুনা চৎপগুম্মী। গুণীনা পূম্নমক উরম্মী, অহুবু ইচং থৌনা করিস্ম হাম্বকবা ভমদে। হেক্ষদা অসিগুম্বা পোথক অমা লৌ মহুনা. ময়াম্না মহাকপু পুক্রিংদা কী-হদোইনা চৎনুরিবনি। মহাক্কী মমা কাওবনা মহাকপু কীনা লোয়নরম্মী, গুণীনস্ম কীনা চুৎলি। মহুগী মতুং ক্ষমা কুইনা লৈরগা নোংমা গুণী কোর্টতা চৎনমবা শেন-শারম্মী, অসিগুম্বা মতম অসিদা হেমনা চংলকুপা চেক-বুক লৌথোক্নুনা মথুত্তা পীরগা হায়রকই,"হল্লকপদা য়্যাহুতুগী লুপা চামত্তা পুৱিরকউ।

গুণীনা "হোয়" হায়রগা চেক-বুক অহু পকেটত্তা হাপচিল্লখ্রে।

হেমনা হায়রকই, "ভাইখো, ইযুংগী শিজিন্নবা শেলস্ম থোইমা লৈত্রে লুপা চনি, অমগুম্ম লৌথোক্পিয়রুউ।"

গুণীনা হাইফেৎ ভক্কুনা হংলকই, "লুপা চামত্তা অসি মহু ওইরবদি কৈদৌনুবনো?"

হেমনা হায়রকই, "লুপা অহু! ঐ হয়েং কাশী চৎকদৌরি-বনিনে!"

গুণীনা চৌক্কিদা ভেক কমথরগা হায়রকই, "হয়েং কাশী চৎকদৌরিবা? হীরম অসিদা কনাগীস্থ মত লৌরুবা দরকার ওইদে খনত্রা?"

হেমনা ঈকাইরহুনা হায়রকই. "নহাকী য়াথং কংলবা অহু ওইরবদি চৎকনি।"

গুণীনা হায়রকই. "হয়েং চৎকনি হায়না লেপ্লে, মহুদা অমুক ঐগী রা তাখিগত্রা? কনাগা লোয়নহুনা চৎকদৌরিবনো?"

হেমনা হায়রকই, "মানদা, নন্দা অহুগা চৌক্কিদারস্থ চৎকনি। ওসি অহিং নঙোন্দা হায়গে খল্লরিবনি। গুণীদাদা, চৎলুগে হয়েং?"

"করে, চৎলুরো।" হায়রমগা গুণী কোর্টতা চৎখ্রে।

সন্ধ্যা মতুংদা হেমনা শেল হাপচিল্লগা শো লোমরগা গুণীগী মনাক্তা চংলক্লে, হায়রকই, "হয়েং চৎপা য়ারোইদৌরি।"

"করিগীনো?"

"ওসি মুমিৎমুংবা মতুংদা বামুন ঠাকুরগী ময়ুমদা মাগী মমা নারে হায়হুনা টেলিগ্রাম তৌরকই। ঐনা থা অহুমগী তজব পীথোক্লগা মাবু ছুটি পীখ্রে, মহাক চৎখ্রে।"

"কনানা চাক থোংগদগে?"

"মী কংক্রিবমখৈ ঐনা থোংগনি। গুণীদাদা নহাক লুহোংনবা তৌরো।"

"করিগীনো ?"

"করিগীনো হায়বদি করিগীনো ? লুহোংলরোইদ্রে—কনানা য়ুম পুবিগদগে ? নহাকপু কনানা য়েংশিন-খে ৎচিনবিগদগে ?"

"নগুনা।"

হেমনা নোক্কুনা হায়রকই, "খঙজরে, ঐনা পুন্সি চুপ্প য়ুম পুদুনা লৈংগদ্রা ? ঐদি থবক তৌংবোইদ্রে ?"

"ঐবু য়েংবি-থিবিবদি খঙলে থবক নত্তেনে ?"

হেমনা মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "নহাক্না মরৈ য়েৎনরুবা ঐনা ডমপোৎ নত্তে। নত্তে নত্তে, মদু খাঙ্গ। 'এখোয়গীদি লৈশাবী অচৌবী শোয়দনা ফংগনি। য়েং-খোৎলগা লুহোংনবা তৌবিয়ু, মঙোন্দ ইমুং অসি শিন্নরয়ুগা ঐ কাশীদ চৎখিগে।"

গুণীনা হায়রকই, "ফরে, নঙস্থু লুহোংনবা তৌবো, ঐস্থু হেন্নংলগে।"

হৌজিক্কা হেম নোক্কম্বনি, মিৎকুপ অমগী মনুংদা মাগী হরাও-তয়াম্লম্বা পুম্নমক অক্ত স্বাই মাংখিবগুম্মী। মহার শকক্কন হঙ্গিল্লা হায়রকই, "অচ্চা, অদুম্না ফাগি কৌবা হৌনব্রা গুণীদাদা ? কৈদোংৈদম্থু অদুগুম্বা রাদু পনবিগম্থু।"

গুণী অমুক রা ঙাংবা ঙমদ্রে, মাগী মাইথোংদা য়েংদুনা চপ মুংনা লৈখ্রে। হেম হৌগৎতুনা চৎখ্রে।

খো অন্নি কাশীদা লৈরুরগা, গুনী নাবগী প্যাউ কংহুনা হেমম, ময়মদা হল্লক্লে। মহাক লাক্লমদবা থোক্লবদি অনাবা অকনবা ওইরম্বা মাটি। মহাক লাক্লগা সেবা-নুংবা তৌবদগী মহাক নাবা ফগৎলক্লে।

মপান্দা নোং কল্লা চুরি গুণীনা কমুংনা কমহুনা কাখল মনুংদগী মহুমক য়েংলি। অহুগা খল্লকই, হেমগী বা। অহোংবা অমা মাংগী মমিত্তা উরক্লে। হেম মহোশাদি লুমিং খুদিংগী নিয়ম নাইনা মহাকপু থুঝল্লে, হন্দক্তি মহু অমুক উখিদ্রে। মানদা থাহুনা হেমবু মহাক্লা কৌহনখি, মানদানা হল্লক্লগা হায়ররে, "ঠৌরাণী জপ তৌবি।"

পুং অনিগী মতুংদা হেমনা ক্যা মনুংদা চংলক্লগা হায়রকই, "ঐবু কৌবিখিব্রা?"

গুণীনা হায়রকই, "হোয়, ওাইহাক্তা কুম্মু।"

হেমনা হায়রকই, "অহুবু হৌজিকসু ঐগী জপ তৌবা লোইদ্রি।"

"পুং অনিদসু জপ তৌবা লোইদবা?"

"পুং অনিনা কৈদৌগদগে? য়ামদ্রবদা চিশিং তনিরক জপ তৌজগদবনি হায়না গুরুনা তাকপি।"

"গুরুনা তাকপিবা? গুরু কনানো?"

হেমনা হায়রকই, "ঐ হন্দক কাশীদা মন্ত্র লৌরে। ঐগী গুরু কাশীদা লৈবা সন্ন্যাসীনি। আঃ, মাবু উবদা সংসারদা

অমুক হল্লিংবা পোক্তে। কয়া কুইনা লৈরগা মাগী চরণ দর্শন অমুক কংজগদগে অহুদনি খঙ্গরিবা। খল্লিবনি, হয়েং হংচিংকী মপুংদা হল্লসিরা হায়না।"

গুণীনা ভাইহাক তুমিন লৈরগা হায়রকই, "হয়েং-হংচিংকী মপুংদা কমদৌনা হনগদগে? ঐদি হৌজিক কাওবা মপুং কানা কল্লি হেম, ঐবু কনানা য়েংবিগদগে?"

হেমনা হাইলেং ভোকম খঙদনা হায়রকই, "মহু করিসু নত্তে,—মহুবুদি মুমিৎ নিন্দা করগনি।"

গুণীনা হায়রকই, "মরু ওইমা মুমিৎ নিনি অহুদি নহাক লৈখিবা ভাবনি।"

"কয়ে, লৈরগা লৈখা হায়বহুনি।" হায়রগা হেম চৎল্লে, গুণীনা কৌশিল্লগা হায়রকই, "ভাখো, হয়েং-হংচিংমক চৎলো, অহুবু অমুক খা কঁয়া লৈরগা হল্লকদগে?"

"হন্দক্তি থুনা পাক হেক হল্লকপা ওয়োই। ঐভোম্বা নহাক্না থাগী লুপা চামা থাবিরকউ, মহুনা অহুম চৎনবা য়াগনি, মহুদগী ভাবদি য়ারোই।"

গুণীনা হায়রকই, "শেলগী য়াদি নত্তে, হেম। নহাক্কী লুপা চামগী মহুত্তা চনি দরকার লৈরবসু ঐনা থারকনি। অহুবু তশেংনমক নহাকপু অমুক হল্লরোইদ্রা?"

"কৈদৌবা অমুক হল্লকখিগদগে?"

"করিগুম্বা ঐ শিবগী পাউ কংলবদি হল্লকঞ্জা?"

হেমনা থম্মোয়-মৈশা লাংনা হায়রকই, "মদু করি রানো গুণীদাদা ?"

গুণীনা হায়রকই, "হায়বা ওম্বা নত্তে ইবেম্মা, অদুনা মতম লৈবিডেদা হায়দুনা থমচৌবা কে। ঐগী উইলান্দা মডোন্দা শেল পীজনবা থোরাং য়াউগনি ; অদুগা য়ুম অসিগা। করিগুম্বা মতমদা লমদম অসিদা লাকপা থোক্লবদি য়ুম অসিদা লেকউ, মসিনি ঐনা হায়জগদবা।"

হেমনা করি রানে অমা হায়গে তৌরকই, অদুবু মদু থুপচাম্লখ্রগা হায়রকই, "ঐনা হায়জরিবসিনি গুণীদাদা নত্তকী চিংনরুনিডাই কবিসু লৈতে। হৌজিক হবচাং শেম্বে হায়দুনা অদুম্না পংথন থল্লিবনি।"

"মদু ওইরম্বা য়াই." হায়রগা গুণীনা মপান্দা নোং তাবা য়েংলকই। হেম মাইথোং মকশিন্না মপান্দা থোকখ্রে।

সন্ধ্যা ওইরকপদা থোঙজিন্দগী য়েংলকপদা কা অদু মন্না লৈরম্বা উবদা হেমনা শাউদুনা কৌরকই, "নন্দা, বাবুগী কা মৈ থাঙ্গৎত্রব্রা ?"

গুণীনা ইমুংদগী হায়রকই, "ঐনা য়াদবননি।"

নন্দা চেল্লক্লবদা হেমনা মডোন্দা পালং থাউমৈ চুখৎতুনা পুরকখা হায়খ্রগা অমম্বা কা মনুংদা মাদুনা গুণীগী মখোঙ ময়াদা কমুংদা চংশিন্দুনা কম্লরে। নন্দানা কাদা থাউমৈ থাল্লখ্রগা চৎখ্রবদা হেমনা মখোঙদা মপ্পুৎনা থেংলুবমক্তদা মহাক্না মখোঙ শৎ চিংশিনখ্রে। হেমনা মৈশা লাংলদুনা হায়রকই, "ঐবু নখোঙ অমুক নোংহল্লরোইদ্রা ?"

গুণীনা হায়রকই, "করি কান্নগনি ইবেম্মা, নহাক্কী গুরুনা থিংবস্মু য়াই।"

হেমনা খওলে মহুদি, লাকপদগী নহাক্কী খুয়া-উফুল লৌথ্রি, অদুনা গুণীনা রারৌরিবনি। অদুবু পাউখুম পীবস্মু ওমত্রে, তুমিন্না লৈথ্রে। ভাইহাক লৈরগা হায়রকই, "গুনীদাদা, ঐঙোন্দা শাউবিবিত্রা ?"

"ঐনা করিগুম্বা নুমিত্তা নঙোন্দা শাউবা য়াউথ্রত্রা' হেম ?"

হেমনা থম্মোয় পুওমত্রদুনা খুদক্তা হায়রকই, "কৈদৌঙৈদস্মু শাউখিদে—অদুবু ওসি অদুগুম্বা রাহু হায়রিবা করিগীনো ?"

"করি রাবুনো ?"

"উইল তৌবগী রা, অতৈ রা কয়া অমস্মু,—ঐনা হায়জরিবসিনি গুণীদাদা, নহাক নাবা ফব্বগনি। করিস্মু চিংনরুনু।"

গুনীনা নোককেং তৌনা হায়রকই, "ফররোইদ্র হায়বগী ঐ য়াম্ম' কীরে হায়না নহাক্কা থনত্রা ?"

হেমনা পেহৌ পেহৌ তৌনা হায়রকই, "নহাক্কী খুযা-খাদা তুজগে, অদুগুম্বা রাহু হায়বিগনু। নহাক নাবা ফত্রবদি ঐ কমদৌনা হিংগদগে ?"

"নঙ চৎপ্রগা ঐ কমদৌনা হিংগদগে ? অদুনা, কবিগুম্বা নঙবু ফাহুনা থম্মব্দি, করিগুম্বা চৎহন্দ্রবদি—"

হেমনা ভাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা হায়রকই; "ঐবু ফাহুনা থম্মগা নহাক্কী করি কাম্নবা ফংগদগে ?"

"কান্নবা!" গুণীনা অমুক মখা তাথবা ওমন্নে, নুংবংনন। লৈপ্রে। মপালদা নোংলি চাউনা জম জম চুরিবা মখোলনা কাঞ্চলদা হৈরৈ। মরক মরক্তা হাংলিবা থোগুদা খঙুহুম হুমজিল্লকপা নুংশিংনা থাউমৈ মুখুৎকদবগী হেক হেক তৌরে। মখাদা মীনাই-শিংনা লাংবা ময়েক শেংকাগুনা তারি। অদু ওইরবসু মখোয় অনি তুমিন্না লৈ। গুণী অঙাং ওইরিঙৈদগী থোইদোক্না পুক্লিং নুংশি-চাউরকই, থোইদোক্না পুকচেল কাবা ওন্নকই। মহাক্কী অথাং-কনবগী পল মহাক্না য়াম্না চেকশিন্না থারকই, অদুবু সুলোচনাগী আশীর্ব্বাদকী অরোইবা রা অদুনা পল অদুগী শীথোংদা মুমিৎ অদুদগী হৌনা ঊচিনা হুৎপগুম হোরক্লুনা তুকেংগী ঈশিং মনুংদা তত্তুনা য়ুশিল্লক্লুনা পল কনা শাংনা-কান্নরকদৌরম্লবনি, কৈদৌঙৈ করম্বা মতমদা পুল্লপ নিংথায়বকদগে হায়বা অরেপ্পা লৈরমদ্রবনি। তরং-মালংদা তাউনা মপালগী প্রকৃতিগী মাইকৈদা য়েংদুনা অমুক্তং মহাক্না হৌবদগী অরোইবা ফাওবা রাশিংদু খল্লুনা য়েংলকই, অদুবু মাগী লায়না চেল্লবা হকচাং, শোঙ্গরবা মকোক্না করিগুম্বা রাকম অমত্তা ময়েক শেংনা খঙবা ঙমদবগুম্মী।

হেমনা খঙহৌদনা হায়রকই, "গুণীদাদা, তুমিন্না লৈরবদি কৈদৌয়ে, করি খনবিরিবনো?"

"করিসু নত্তে, করিসু নত্তে, ঐগী রা নঙোন্দা হায়বা য়াবা নত্তে—মঙনা ভাব তাম্নোই, অদুবু করিগুম্বা অমিত্তা নঙগী পুকচেল হোংলক্লবা অদুগা মতম অদুদা ঐ হিংদুনা লৈরবদি—লাকউ।"

হেমনা খরা হন্দোকুম্না কম্লগা হায়র্রকই, "ঐ পুম্নমক ভাব তারে। হে লাইবক! ঙাকপি-শেনবিবনা ঙনশিন্নুনা শারাকি অমগ্নদোরবা। মমৈথংদা নহাকমক্তা ঐমু নরক্কী কোমদা চিংথবা পাম্বিবব্রা ?"

গুণী ঙসাইদগী মোন্দুম অমদা ঙাইহুনা লৈরক্লিবনি. মহাক্কী মমিৎ ঈ কারক্লে; হৌগৎহুনা কম্লগা হায়রকই, "অচ্চা হেম, ভাব তানা রা ঙাংউ! হায়রিবহু করিনো?"

হেমনা নোংথাংমুক য়াংনা ফুক হৌগৎলগা হায়রকই, "ভাব তাহুনা হায়বিবনি! নহারা নাকোইননা হাযরিবহু ঐন' শেংনা নমাংদা হায়রিরসিনি। নহাক্না ঐবু মাংহনবা পাম্লি! লুখ্রাবীবু অমুক হন্না লুহোংবা হায়বদি করিনো গুণীদাদা? ঐ অহুক হাক্না অঙাং নপ্তে ধর্ম্মগী মখিংদা অধর্ম্মগী লম্বীদা খোঙদাগদবা। ঐ নহাক্কী শেল পামজ্রে, আশ্রয় পামজ্রে, করিস্নু পামজ্রে, ঐগী ইপুরোইবগী য়ুমদা চৎলগা য়াইশিং-রাইশেংহুনা চারুগে, মহুনা হেম্না কৈ, অহুবু লন-থুম অসি ঐঙোন্দা দরকার লৈতে। কত্তবা রাখল অহু ঐঙোন্দা পৌরক্কবা ওইসন্নু! নুমিৎ অহুদদি নহাক্কী বুদ্ধি অসি কদায়দা লৈরম্বগে? নুমিৎ অহুদা মতৌ অস্নুম্না হায়বিবা য়াজ্রা?"

ঙণীনা হৌগৎহুনা কম্লগা হায়র্রকই, "হেম, ঐ লানথ্রে, ঐবু ঙাকপিয়ু। ঐ অনাব্বা মীনি—য়াকম অসিস্নু অমুক্তা খপ্তৌ?"

"খঙরে। নহাকপু ঙাকপিবা ঙসি নঙ্গবস্নু নিনিগী মতুংদা ঙাকপিগনি, অহুবু নহাকা মরি অমুক থম্নরোই। ঐ হয়েং মকম

অহুমক্তদ্রা হনপ্পগনি, নাপল তৌনা থোরকখিবা মকম অহুদা। নহাক্নস্থ ঐবু ঙাকপিয়ু গুণীদাদা, ঐ চৎলে।”

হেম চৎপ্রে, গুণী চপ য়ুংনা কমহুনা লৈ—বক্সনা খায়রবা উজাওনা লৈবা মতৌ অহুগুম! নুংদা পুম্নমক চাকথেকখিহুনস্থ মওং কয়াদা লেপতুনা লৈবা মতৌ অহুগুম! মহাক্কী হিপথজনবা শক্তি অহু ফাওবা অমুক লেমহৌদবগুম্মী।

## তরেৎ

দুর্গাপূজা অমুক য়ৌরক্লে। অমুক ঙম্না থোঙনাও হাংদোক্লগা হেমনা নোংপোক্তা ফাওরক্লিবা কোরৌহনবগী ঙাঙ্রানবা মশেক মঙালদা য়েংহুনা, তুমিন্না লেপতুনা লৈ। লৈকাই অসিগী কদায়দনো ধূপ-আরতিগী নিল-খোংবা মখোলগা শরৎকী পুক্লিং নৌহৌবগা য়ানশিন্নখিহুনা মহাক্কী মশা ‘পুম্বহু তপ্না তপ্না ঙনিক ঙনিক্লক্লে। খঙহৌদনা মহাক্কী মমিত্তগী মপী শিন্থরক্লে। মতম কুইরক্লে মহাক্লা গুণীগী মরা-মপাও অমত্তা তারক্তবা—মহাক্লা মপুক্লিংদা খল্লকই, কনানা খঙগনি ঐগী গুণীদাদা কদায়দা লৈরমগদগে, কমদোনা লৈরিবগে। লাক্লমদায় মতমহুদ গুণীনা কপতুনা হায়খি, “হেম, নুমিৎ নিনিদগা লৈথখে—শাউহুনা চৎখিগনু।” মপুক্লিং নুংশিবগী মিৎকী পীরাংগী মমল হেমনা নুমিৎ ‘অহুদা’ করিমত্তা পীখিদে।

নুমিৎ অহুদা নাবনা মশা কনা শোন্দুনম্ম গুণী লম্বী ময়া ফাওবা থোরক্লগা হায়রকই, "হেম, নহাক্কী পুক্কিং লৈতাদবনবু ওইরবস্মু মরম অমদগীবু ওইরবস্মু মওং অমা তৌরে—অহুনা হায়জন্নিবসিনি. হঙ্গিন্দুনা নোংমতা ওইরবস্মু লৈরকখো।"

হেমনা মমাদা হাপখিদে, গাড়ীদা কাখৎহুনা কর্মখি। গুণীনা গাড়ীগী থোঙ্নাও ময়াদা চংশিল্লগা অরোইবা হ্যাঙ্কবা ওইনা হায়রকখি. "হেম, নহাক্না তৌরিবা অসিনা নপুন্সি চুপ্পদা তাশোন্না খিনবগুম থোকপা য়াই—ইশাগীদমক্কা হায়বা নত্তে ইবেম্মা, নহাক্কীদমক হায়রিবনি, ঙসিগী ওইনা গাড়ীদগী কুমথরকখো।"

মতুগী পাউখুমদ হেমনা শগোলগাড়ী-রাক্সাদা গাড়ী থোনবা য়াথং পীখি।

হেম হঙ্গিনলক্লগা কমুংদা হিপ্লরে অমম্ভং কনা কুইনা কপতুনা মকোক্কী মশাম পুম্মক মপীনা চোৎহল্লগা তুমক্রে রাখা অসিগী মমম অমম্মু লৈ তৌর্থ চৎকে হায়না লেপতুনা মহাক্না ভরা মীনাই থ হুনা রুমগী সরকার (কেশিয়ার)-দা লুপা য়াখথক পীরকউ হায়রল্লুই। সরকারনা বাখ্ৰমচাগী য়াথং নত্তমা শেল পীবা য়াদে হায়রকই হায়না মীনাইনা তম্লখি।

হেম মনাও-লুপাগা থোইমা ঙাংন-শক্লদে, করুমা লেপতুনা হায়রম্মী, "ঐনা পীয়ু. হায়রদা লুপা য়াখোদঃ কাওবা. সরকারনা পীবা ঙমদব্রা?"

মনাও-লুপানা খুমমী, "ঙমদে: ইতৈমদি গুগ্গী শেল্প চাবদগী হেন্না অধিকার লৈতে—শেল পৌবা য়াদে।"

হেমনা হায়রম্মী, "করি চৌণ ম্যকগে, ম্যাকবগে; মচু ঐ খুঙই ইনাও-ইবুংতো ! মহাক্কা শেল-থুমগী মক্তা খৎসবা, কেশ-নুং তৌনবা ঐ পামদে। অদুবু ঐবু উপায় লৈতবীদি হায়নদি খল্লুমনু। পীবিংলগা পুরক্নুনা পীরো-লাও, অদু নত্রবদি মতোন্দা হায়বিহৌরিবসিনি, য়ুম অসিগী চেক অমমম হোন্দুনা গঙ্গাদা লোইনমক থাদজখিগনি।"

মথুগী মতুং তাইহাক লৈরগা শেল য়ৌরকই, অদুবু শেল লৌশিনখিদে, শাউদুনা মাঙোল ময়াইদা চাইথাইদুনা লংথোক্লগা কা থোঙ লোনশিন্দুনা হিপখি, নুমিৎচুপ্পা করিস্তু চাদে, হৌগৎতে, মপুক্লিংদা কনাবুনো মিংশিংদুনা কপ্পি।

অয়ুক পুং তরেৎ তাক্রে, মতম অদুদা মিৎকপ থোক্নুনা হৌগৎদুনা ঈরু-মাইথঙবগী পুজাহ্নিক লোইশিল্লগা কল্লি, অসিগুম্বা মতম অসিদা মীনাই নুপী চংলক্লগা পাউ পীররে, "মমৌ-ইবেম্মা, নখোয়গী নংমগী মী মরি-মঙা পোৎ-চৈ পুদুনা লাকই।"

হংয়নবিচৈমক্তদা মানিদানা চংলক্নুনা খুরুম্নবে। হেমনা মহাক্কী মশক উবমক্তদা পুম্নমক কাউথোক্নুনা চেনশিল্লগা চেজেৎ কোন্দুনা অঙাংগী মতৌগুম কপ্লক্লে। ওরাংদগী মহাক্কী মপী কংলক্লিবনি, ওসি খঙহৌদনা মানদাবু উবদা মহাক্কী রানা থিংলক্লিবা পীরাং অকনবা ঈচেলগুম শিন্থরক্লে। মানদাবু মখাগী কাদা চিংদুনা পুশিল্লগা হায়রকই, "গুণীদাদানা চিঠি ইদুনা পীরকপ্রা, ঐতোন্দা পীরকই।"

মানদানা হায়রকই, "মহাকুদি চিঠি পীরক্তে।"

হেমনা থাজবা ওমদবগুম্মী, হায়রকই, "পীরক্কবা ?"

মানদানা হায়রকই, "পীরক্কে, ঠৌরাণী !" হায়রগা কপ-খোরক্লে।

হেমদা খোঞ্জেল কল্লগা হায়রকই, "কোয়া কপপু—হায়া পাউ তমখো।"

মহাক্না কপ্লা কপ্লা হাযরকই, "তম্মিংঙাই করিস্নু লৈতে। মহাক চংখিবগী হেক মথংগী মুমিত্তগী অমুক অনাবা হৌই, অমুক কৈ, অমুক নাই, অমুক কৈ, অমুক নাই—হনখিবদা মশক উজবা ফংগনি, অস্নুয়া থাজবা লৈত্রে।"

হেমনা হায়রকই, "মহুগী মথা তস্মু।"

মানদানা হায়রকই, "অহুগী মতুংদা বর্দ্ধমান হায়ব্রা কদায়-দগীনো পাউ ফংহুনা মন্দোল থোকই হায়ব্রা কনানোমা লাকই, অহুগী মতুংদা খুড়া-ইবুংঙো, অহুগী তুংদা খুড়াহুনা পোকপা মনাওমুপা, মৌ, মচলনুপী, মচলনুপীগী মপুরোইবা, হৌজিক্তি কনাস্নু অমুক লেমহৌবা লৈত্রে। মুমহু অহাংবা মচেৎ অমতা লৈত্রে।"

"ঐনা লোইনমক তাম্নোকনি—অহুগী মথাদি ?"

চাহুনা থজুনা কমহুনা লৈরি। বাবু মথক্তা অহুম হিপতুনা লৈ, ডাক্তর য়েংদে, মাইবা কৌদে, হিদাক চাদে, অনাবগী চিঙ্গাক চাদে। অঈং-অশা ওল্লবদি করকনি হায়না তাই, অহুবু মাবু কন্নামা পুবিগদগে ?"

হেমনা হায়রকই, "নখোয় কৈদৌহুনা লৈ ? মন্দানা পুহুনা চত্রিবা করিগীনো ?"

মাগুম্মা লাইবক্তা পুংচুমা তঙকল্লুনা হায়রকই, "মাদমি মাবুকী-মমম কুইরবা মীনাই, মাবু খুত্তাইদগী মচানুপা অঙম্মা ফুনুনা ডাক্তাকেপিত্রে—অহুক মচাং মানা য়ু থকই—কল্লি করিগুম্বা সুমিত্তা শাথীনা ইরাং হেক হেক তৌরে. কীবনা. কনাদ্দু মপ্তান্দা থোক্লদে—মাবু ঐখোয়গী বাবু কাওবনা কীরিবনি।"

হেম্বনা ভাইহাক তুমিন্না লৈরকপা হায়রকই, "মানদা, মা অমা লেংনা তম্লু,. ঐগী গুণীদাদাবু হিংলারোইদ্রা ?"

মানদানা হায়রকই, "করিগী হিংখদি ঠৌরাগী, লায়েং-খোয়েংদুনা হোৎনরবদি শোয়দনা কনাজি—মিথুবু মতৌ অমুমা হুন্দোক্নুনা থম্লবদি কয়াবু কুইনা হিংখিগদগে ?"

হেম্ন ভিনিন অথুরাম মমিং উইনিজুনা কমহনা লৈ, অদুগী মতুংদা হৌগৎলক্লগা হায়রকই, "মানদা, নখোয়গী হনখিনবা লেজ লৈরব্রা ?"

"কৈদৌনা লৈতনি ইবেম্মা! খণ্ডবিরিবত্থুনি, বাবুনা লুপা অমগী দরকার ওইবদা লুপা অমা পীদুনা থাবিরিবনি—ঐখোয়গী ভাড়া ঐখোয়দা য়াওহি।" হায়রগা মহাক্কা ফিজিদা পুক্সিনা মৈরি উৎলকই।

হেমনা হংলকই, "কৈদৌদৈ চৎকদগে ? কদোং ?"

মানদানা হায়রকই, "হোয়, আজ্ঞা-খেম্মা, হয়েংমক চৎপা তাই—মাগী জী ইথক্তা ওাইরবনি, অইভেদি মীয়ৌ ওাইজনি—কনাদু কুইনা খাংবা ওয়া মত্তে। ইচোল, খুড়া, মচানুপা, মম্মৌ, মচানুপী চপ মাইয়—বিধাতাগী য়াথং মথুং ইনা মখোয় অঙিবু

ছাঁচা অমতদা হৈরকপগুম্মী। ঐগী থরাম্নদি য়াম্না [illegible] হায়রম্রা কয়িনো, অদুনা হৌজিক কাওবা থাংদুনা বৈরিবগী—অভয় হায়বা অত্তাংদুনা ঐবু নোংমা তাম্নদুনা ফুগদবগী 'তৌথি—থাবুদা তাক্লুনা মতাং অদুদগী হিংহৌই !"

হেমগী মমিত্তা ঙৈ হৌনা চাক্লক্লে,— হায়রকই, "হায়া চৎখিগে। ঙসি ডিমর করম্বা মরমদা হনগদগে খত্রা ?"

মানদানা হায়রকই, "পুংখায় অমগী মতুংদা অমুক হনগনি, ঐ ঘাটতগী খঙলক্লবনি ?"

"অদু ওইরবদি মতুমক্তদা চৎলগনি। নহাক গাড়ী লৌরুরো চৎলো।"

"নহাক চৎকদ্রা আক্তা-ইবেম্মা ? ঙসিদি অকপা নুমিৎ নত্তে।"

"করবা নুমিৎদি। থিম্বরনু—গাড়ী লৌরুরো।"

নুমিৎতুগী নুমিৎলুবা মতুংদা মচানুপা অভয়গী চাক থাংদোরক্লগা মমা মনাক্তা কয়রে, অদুগা মচানুপানা নুচি অনি চাগদবগী তক্লরি। মতুগী নাকলমক্তদা অহমগুবা মরোলদা কাননবা সিঁড়ি লৈ। শকথঙনবা হেমবু উবদা ঙক্লুমা মপ্তোলনা হংলকই, "নহাকপু কনানোনে ইবেম্মা ?"

"ঐ মীরৈবাক মচানি।" হায়রক্লগা হেম মথক্তা কাথংল্লে। অভয়না মহাক্তী অঙকপা কংনা ফজবা শকম উবদা কৈশালগী মতৌক্তম য়েংদুনা লৈহৌই।

হেমনা গুণীগী কাদা চংলকপদা উয়ে, মহাক কল্লাংলোমদা ওনশিন্দুনা হিপদুনা লৈরি। তুমদল্লো তুমত্রা থওবা ওমদে। মোন ময়াদা শো চবুল তাহুনা লৈরম্মী, হেমনা অহানবমক্তদা মহু মাঁক ফিজিদা কিশিনগ্রে। টেবিল অমগী মথক্তা অহাংবা হিদাক-লিক্লি অনিথক লৈরম্মী, থাদংদুনা য়েংই, লেবেলদা তুমিং তরামন্তানিগী মমাংগী তারিখ থামম্মী। থোদোক পূর্ণমক্তু মহাক্লা ময়েক শেংনা থওলে। অদুগী মতুংদা য়োংকী উপু হাংদুনা চেক-বুক লৌথোক্লগা শিজিন্নখ্রবা শরুকশিংছু কুপ্পা য়েংলগা গুণীগী থুৎইগা চাশিন্নদুনা য়েংলকই, অসিগুম্বা মতম অসিদা মন্দোল অম্ম কা মনুংদা লংলকপদা ওকপনা থম'থেংগ্রে। লাউ-খোংদুনা হায়রকই, "উপু হাংলিবা নহাক কনানো?"

হেমনা হায়রকই, "লাউরিবা করিগীনো, মহাক তুম্বা কায়গনিনে।"

মন্দোলনা অমুকন্থ লাউ-খোংদুনা হায়রকই, "করিগী লাউরোই?"

গুণী তুমমদে, মমাই ওন্থোরক্লে, হেমনা হায়রকই. "ঐনা হাংত্রবদি কনানা হাংগদগে? নহাক্লা?"

গুণীনা য়েংলি, মখোয় কনানম্থু মহু উরুদে, মন্দোলহু তমথীবা কংনা কিংগৎলক্লে। গুণীনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "হেম, য়োরকপা কয়া কুইরক্নগে ইবেম্মা?"

"য়োরকপদা ওাইরি। মওোন্দা তাব তানবা তাকপিয়ু— ঐনা মহাক্কী উপু হাংজুবদা মপালগী মীনা ইমুংদা চংলক্লগা লাউ-খোংলগদবা নত্তে হায়বা।"

গুণীনা পুরমক তার তারে, অহুনী মতুংদা লোকুনা হায়রকই, "মরি অহুনী মতুং ইমা অমুক কুইরবগী তুমদা উপু হ্যাংবা লাকপা তাইরিনিনে ?"

হেমনা চেক্কী চেনা মখীং থিনা থিনা খুমকই, "হুঁ।"

মন্দোদনা হংলকই, "মা কনানো গুণী ?"

"ঐগী ইচনুপি।"

পাউখুমদি লাবকা হেম মতুংখ্যাও চুমরে। অহুগী মতুংদা মমিং লৌখৎচনা অহুত্তং মহাকী মাইথোংদা য়েংলম্লগা মঙ লুকথকুনা লৈরে।

মন্দোদনা হায়রকই, "কদায় অমুক কুইবসি-পুমকদি তারক্কিনা ? করম্বা মওংগী নচলনো ?"

গুণীনা মা অমিগী পাউখুম লৌথোকুনা শম্নপা হায়রকই, "থংনহুনা চৎখিবনি—মাদনা ঐগী পুমমক্কি ইন্দোল।"

মন্দোদনা থাজবসু তৌরমদে—ভাব ভাকসু ওয়মদে, উপ্না তপ্না চৎখ্রে।

মহাক চৎপ্রবদা গুণীনা মতোন্দা থোইনা য়েংলুদনা হায়রকই, "শিরমদায় মতমদা রাখল অসি করিগীনো ?"

অহুবু মসি হায়দোকলুরগা মহাকী মাইথোং উরুবদা নুংশা থীরক্লে। গুণীগী মাইথোং অইক্লেৎ তাইখ্রে—মহাকপু খুদক্কা কনাগুম্বা শাউরবা লাইনিংবগী অভিশাপনা মিৎকুপ্পা নুং ওলহনখিবগুম্বী।

গুণীনা কীখি-কীরুনা কৌরকই, "হেম !"

হেমন্না খুন্নক্কে, মশা লেং-ওৎতে। মমিৎ কুপ্তুবমখৈ লৈমায়দা য়েংহুনা ফমহুন্না লৈ।

গুণীনা খোইদোক্না নুংশাখিরক্তুনা কৌরকই, "হেম, ঐগী রা ত্তাওনে।"

হেমনা মহুগী পাউখুমদা শাংলবা নুংশা মপী অমা হোন্দোক্নগা চপ য়ুংনা লৈ। গুণীনা ফমুংদা কুম্নিগুম্বা মওং অমদা হৌগৎতুনা ফম্লে, অদুগী মতুংদা কাংখোলদগী কুমথরগা তপ্না তপ্না য়াম্না রানা হেমুগী মাংদা চংশিন্দুনা লেপ্লবমক্তদা হেমনা খঙহৌদনা কুম্থহুনা মখোঙ অনিদা মমাই লোৎতুনা কপখে,রক্লে, "ইরাল লৈতনা ঐঙোন্দা ময়াম পূম্নমক্না দখি পীবিরি—নহাকুস্ পীবিরগনা, মসিদি ঐনা মঙদা ফাওবা খনঙমজদে।"

গুণী চঙক্লখ্রে। ইঙেনগী অতিয়া শিন্না মংবা নোংগী মতোগুম চোয়জায়নরবা অমুবা শম্নাংনা মহাক্কী মখোঙ অনি কুপশিনখ্রে— মঙোন্দা য়েংহুনা মহাক ঙাইহাক ঙপ য়ুংনা লৈ। অদুগী মতুংদা তপ্না ফমথবগা হেমুগী মকোক্তা মথুং য়েংখমহুনা খোঞ্জেল ঈংনা হায়রকই, "নঙবু করিগী দখি পীগদৌরিবনোনে হেম, ঐবু নুংশি হায়দুনা ঐনা ইশাবু ফাওবা দখি পীজদে। মসি দখি নত্তে ইবুংগী ইবেম্মা, চহি মবি য়াম্না রাবক্লবগী তুংদা শিখ্রিবঙেগী মমাংদা ফংলিবা শাক্তি অসিনা অরোইবা নুমিত্তা ফংঙমজবা পোৎশক অদু ঐনা নঙোন্দা পীরমগনি—চৎসি ঐখোয় কাশীদা চৎপ্রসি।"

হেমনা মমাই লোৎতুনা কপ্না কপ্না হায়রকই, "চৎসি, অদুবু মসিবু নহাক্কী অরোইবা য়াথংলা! মসিবু ঐনা খাংজবা ঙমগনা?"

গুণীনা হায়রকই, "ঙমগনি। সংসারদা নুংশিববু খ্বাইদগী অরাংবা থাক্তা থাঙ্গৎনবগীদমক্তননি কায়নবনা গুপ্পগী নহাক্কী মতৌগুম্বী মপাল নাইদনা মতিক-ময়াই লৈবীগী থোঙজিন্দা লেপতুনা মতম পূম্নমক্তা মথুৎ তিংথোক্লবিবা, মহাক্না থরায় পান্দবগুম্বা পিক্লবা নুংশিবগী শঙদা অহেম্বদা চৎপা নত্তে—মসি খঙবা ঙম্লক্লবা মতম অতুমক্তদা খাংবা ঙমগনি। পেন্নাইদ্রবা অপাম নুংশিমক্তা অথোইবা প্রেমগী থরায়নি, মসিগী মত্তে মক্তনা মহাক্না কাব্য কয়া, মধুর কয়া, মমল নাইদ্রবা পীবাং কয়া পৈশিন্দুনা থনম্মী হায়বা খঙলক্লবা; করিগীনো রাধাগী চহি চাম্মা চুপ্পা কায়না-মৈশানা বৈষ্ণবকী থরায় ওইবিবা, করিগীনো প্রেম-মিলন অচ্চ ফংদবতনা নিংথিনা মপূং ফারিবা, মৈচাক্তদা মধুর চেল্লিবা, চিংনবা লৈতনা মসি লৌশিনবা ঙম্লব্বা মতম অদুদা খাংবা ঙমগনি হেম। হৌগৎতুনা কম্মু—চৎলসি, ঙসিমক ঐখোয় কাশীদা চৎগ্রসি। নুমিৎ থরনি হিংলিদৈ মতম অসিগী অরোইবা সেবা নহাক্কীনি, ঈশ্বরগী আশীর্ব্বাদতগী অশোয়-অঙাম য়াওদনা নহাকপু পূন্সি চুপ্পা অচুম্বা লম্বীদা শান্তিদা থনমগনি।"